অইবা —থাংজম বীরচান্দ

অফোঙবা — সত্যব্রত ওরফে সেতু, শিখোং।

মথুম য়েকপা —প্রোফেসার থোইদিংজম তোম্বী সিংহ

ব্লোক শাবা —মীতমশঙ্ এনগ্রেভর্স, ইম্ফাল

অহানবা ফোঙবা —রিপব্লিক ডে, ১৯৭৩

কোপী —১০০০

মমল —রুপা ৩·০০

ছাপা নম্ফম —ডি বিজয় প্রিন্টিং ৱার্কস
পাউনা বাজার ইম্ফাল।



National flag may flatter
White may change colour
But *Gandhiji* is our Father.

Oh Father ! Lead me there
Where ism has got no place
Everything done for justice.

Here is a present for Thou
Mine is not the tale of Chou
But '*Hare Krishnagi Mamou*'

Fiction is the story.
Characters imaginary.

— *The Author*

# হরে কৃষ্ণগী মমৌ

## ১

মীওইবা ঐখোয়গী নুঙাইবা হায়বসি কদায়বু কোবগে ? খরনা হায়, হবচাং ফরগা লোইরে। কনা অমনা ঙাংলরি, শেন পায়ববুনি। নুংাইবা হায়বসি নিংবা থুংববুনি হায়নবসু য়াওই। অতুগা নুঙাইবা হায়বসিদি স্বর্গদদা ফংবা পোৎনি হায়তুনা শিবা ঙাইনবসু কোঙ্গায়নি। সিসেরোনা হায়রম্বদি রাখলনা শান্তি ওইরবদদা নুঙাইবা পুন্সি হাযবতু ওই। অমসুং নুঙাইবা হায়বসিদি কোলেরীজগী রাখলদনা ঐখোয়না কদৌনুংদসু শেম্বা ঙমদে, নমতুনা খক নুঙাইহনবা য়ারোই। তৌবদি মসি মী মীগী মোৎ হায়বতুনি। অদুম ওইনমক মহাত্মা গান্ধীনা হায়বগুম নুঙাইবা হায়বসিদি ঐখোয়না তৌখিবা দার্ণ অতুগী মতুংইনবনি, লৌশিনবা (ফংবা)

কনবগী ব্লাদি নত্তে। ব্লাফম অসি চুম্বা তাই। ফুরালাংপম কৃষ্ণদাস শর্ম্মাগী মমৌ চন্দ্রাবলীনা মচিন্না থোক্লা হায়রি ঃ

—ঐ ইনাক কৈরাক খুম্বা ইমুংগী অমত্ত পোকচবী মমোমনি। ঐগী ইপুরোইবা ডিঃ এমঃ কলেজগী প্রোফেসার অমনি, মশক ফজে, নহানি, মতোমতা পোকই, ইথরায়না তাজবা নিপা অমনি। মানস্নু ঐবু মথরায়মক্লি খন্না হুংশি। ইকুবোক্কী হোটেলনি মখা দুকানগী উষা সিনেমা হোল মনাক্তা মমায় নোংচুপ ওনবা 'শ্রীকৃষ্ণ হোটেল' হায়বদু। ঐখোয়গী য়ুমনা নাগমপালগী কাংজাবী লৈরক মচিন্দা শারিবা দলান অদুনি। ঐখোয়গী লৌ লৈ, জীপ লৈ, স্কুটর লৈ। ইপুরোইবনা ঐবু লুন-চান্ন তৌবিবদা নত্তনা ইনেম-ইকুনা লুনা তৌবিবগুম অতোপ্পা মৌবু তৌবিরমগনি হায়বা থাজদে। হাকুমগী চীলড্রেন ডে-দা ফার্ষ্ট ওইখিবা গোপী হায়বা অঙাং অদু ঐগী নৌনা ফংজবা ইচানিপানি। ঐনা ইশা থাগৎপদা তারগদরা ? ঐবু খাইপানাগী মৌশিংগী মরক্ত খাইদগী শক ফজবীনি হায়না কৈরোই লৈকাইগী মীনা থাগৎপী। অদুবু ঐনা করি পাপ লংজখিবননো, ঐনা য়ুম হেক পাল্লকপদগী ঙসি ফাওবা হুণ্ডাইবা হায়বদু মচেৎ অমা ফাওবা ফংলকত্রি।

মীনা হায়নৈ, উনশানা য়োম্বা মীগী পুক্লিংবু করমনা খংউবা ঙমগনি। চুমই অপঙবা মীনদি মীগী পুক্লিংগী ঈহুন খঙফম থোক্তে।

নৌজরিবী চন্দ্রাবলীনি। অদুবু মচা পোক্লবী মৌনহানি। ঙসি ফাওবদা অয়ুক্কী সূর্জ্য দেবগী পুজা, হুতি খুদিং. তরু-তনান ঈরুজথোক্লগা চন্দোন ফজনা থিনবা, মৌগী লৈতেং মশম পুনবা, ফীরুক খুম্বা কাউদরি। মনেম মকুগা মায়োক্লনা ব্লারী শাদরি।

মপুরোইববু হঙ্গোইনা কিনা চৎলি। পাউথুম খুদিংদা জ চিখদরি। ব্রা ঙাংবদা অনৌবীগী ব্যবহার করি ওইরবনো, ফগনি, তাজরে, মায়-পাবুং, ইমা ঠৌরাণী··· ··· ···ইথা থাদোক্করি। নমহায় অমদি মশাগী ওইবা মোৎ ফোংদোকতুনা ব্রা থক ঙাংদরি। ব্রাফম তা-নবগী মওংনি। মনেম মকু অমদি মপুরোইবা শ্যামকহ্নাই ফাওবা ফনা খোয়রাং-খোইশাওনা হল্লক্রবা ফাওবদা চন্দ্রাবলীবু হেক উবদা লেন্ন নুংশাগী মঙালদা তুম্বগুম থম্মোয়গী শান্তি ফংনরি। মতোমতা পোকপী ওইবনা কে-না য়োক্লকপগী তোনানুবা হায়বা ব্রাফম অসি চন্দ্রাগী মফমদা অরানবা ব্রানি। ইমুংগী থবক্ত মৈনানী। শুমাং, মাঙ্গোল, য়েনখা নাপী মকা অমত্ত তাদে। ঈরাং-পালাগী ব্রাখল মঙোম্দ চঙদে, লাইনিংবিনি। একাদশী খুদিং ব্রত্ত তৌই। চাক-এঙ্খাং থোংবদা নৌংমা ফাদোক মনেমবোক্না মেনখৎলুবা থোক্লবদি অজ্ঞা কৃষ্ণনা ব্রা ঙাংদনিংঙাই লৈতে। মীকৌ-মীরাক্লা ফজরিবা! চন্দ্রাবলীগুম্বী মৌ অতাংবীনি।

অহুবু অস্তুক্তি ফরগা মাগী ফত্তবা অমা লৈরে। মহুদি মতোমতা কা মহুংদা নত্রগা অচিকপা মফমদা পুখ্থায় অমা ফানা লৈবা য়াদে। কোইরাওনরবা মমিৎ অনিহ্ন মপিনা পিক হেক্ত থল্লি। হিক্ল-হিক্ল হেক্তা কপ্লমই। মসি লৈমিন্নরিবা কৌবনিনা মনেমনা খঙদবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। মনেমনা খঙলবনিনা মকুবোক্কী নাকোং য়ৌখিবা 'হায়বসিস্তু মশানা তারবনি। অজ্ঞা কৃষ্ণনা শ্যামগী মমা রাধিকাদা হায়রকই ঃ

—উম। হোয়নহায় মমা। মী খাইগী মতৈ-মনাওদোনা নোংমা ফাদোকস্তু নিপামচাগা ইমোগা ফাগী-জোগায় তৌনবা উদে, নোংমা ফাদোকস্তু কুম্মৈ য়েংবা চৎমিন্নত্রি। ঐখোয়গী করি

অকায়বা লৈখ্রে। ' য়ুমদা লেঙদনা লৈবা হায়বত্থুদি মমা নংনি। নংনা করি হায়খিবা লৈ ?

—অত্থুনি মপা। ঐনা হেন্না মম্মে। ঐগী য়াদি মপানা খঙবীরিবত্থুনি। ঐনা করিবু অকায়বা হায়রুগদগে। অত্থুগা ঐখোয়না থোইদোকপা অকায়বস্থু তৌখিবা লৈত্রি। মখোয় অনিগী মোং হংদনা ঐখোয়না নমত্থুনা লুহোংবীবস্থু নত্তে। ঙসি ফাওবদা মখোয়না হায়বদা ঐখোয়না য়াখিদবা লৈত্রি। অত্থুবু করিগীনো চন্দ্রানা অহিং-অহিং কপ্লিবসিবো।

অনি তরা থোঙ্কা খন্নৈ। লায়খায় তাবা ঙমদে। মচা শ্যামগী মরমচং-শাজংতা কুপ্পা য়েংশিল্লকই। লমফৈ চংপগী পাউ তাদে। মওংস্থু উদে। মতম কায়না য়ুমদা হঞ্জিল্লকপরা, চন্দ্রাদা শাওরংননা য়েংবা মিৎয়েং, চাক ওইনবা, চন্দ্রাদা থোইদা-রক্তবগী মওং রাধিকানা খক উখিদরি তাখিদরি। অত্থুগা শ্যামগী ইঙ্গিৎ য়াংমদা চন্দ্রানা থবক তৌখিবা, চন্দ্রানা মপুরোইববু মীয়াইখিবা··· ···অসিগুম্বা য়াফমস্থু খক থেংনখিদ্রি। ফমাংগী কৌনাফক্তা রাধিকা চিন্তা তৌদুনা ফমই। কাংখলদু লাওনা হাংদোক্লগা অজ্ঞা কৃষ্ণনা ঠৌরাণীদা মুন্না য়েংলগা রাখল তৌরি।

অহিংদা চন্দ্রাবলীনা হিক্ক-হিক্ক কপ্পগী খোঞ্জেলদি তত্তনা তারি।

অজ্ঞা কৃষ্ণগী য়াথং লৌরগা ঠৌরাণীনা শ্যামনা কলেজদা চংখ্রবা মতমদা মমৌ চন্দ্রাদা হৈজবী বিদ্যাপুষ্পা পুথোকচরগ। অহিং অহিংদা কপ্পগী য়ারম হংউরে। অমুক্ত নত্তে কয়ারক ; অশেংবা হায়রকপা কৌবা লৈতরে। হংদা জিল্লুরগা চন্দ্রাবলীনা খুমলকই :

—ইমা ঠৌরাণী ঐদি কদৌবগী কপকদৌরিবা। ঐবুমুক হুণ্ডায়না থম্বিবা মৌবু মালেমসিদা লৈরমগদরা। ঐগী সেবাদা অজ্ঞানা নোংমতসু পেন্দবা উৎপিদরি। ইমা ঠৌরাণী ঐদি কদৌবগী কপকদৌরিবা।

মচা শ্যামকহ্নাইদা হংউবদদি শাউত্নম শাউজিল্লকই :

—মী কপ্পিংঙনা কপচববু মশাদা হংউদনা

নোংমা অথেঙবা অহিংদা শ্যামগা চন্দ্রাবলীগা রাবি শাবদা খোঞ্জেল থবা রাংথোকখরে। মহু অশাউবা মিকুপ্তা রমনা শৌগৎখিবনী। মমা রাধিকাগী মিকপ থোকপগা চান্নরে। মচাগা মমৌগা ভৃক্ষম কাদা অথেঙবা অহিংদা রারি শাববু লুমহনা তারুবা হায়বসি হৌনদবা লমচৎনি। অহুবু মমৌনা শুতি খুদিং কপ্তনতা লৈবগী মরম খংনিংবগী লাংতক্লবা কোক্লবগীদমক রাধিকা তপনা হৌগৎলে। শ্যামগী কাগী থোঙ মপান্দা শ্বর হোন্দবমখৈ নপ্তনা লৈরুরে

—অজ্ঞা, ঐবু অসুম্না কয়া কুইনা ঙৌহনা থম্বিখিগদগে।

—খাঙবদা কললু চন্দ্রা, মতম লাকখিগনী।

—চহি চুপ্পা লাকখিদ্রবা মতম অহ্ন পুন্সিচুপ্পসু লাক্লরোই।

—ঙাইঙমদবা তোগত্নু চন্দ্রা। খাঙবা কনাতনা মায় পাকপনি। মতম অমা লাকখিনি মহদা ময়াম্না হায়রক্লনী নখোয় কদৌরি নখোয়গীদমক নতেং পাঙবিরগে, হায়নিংবা হায়রো।

—ইশাগী রাফমবু ইশানা ফোংদোকচদনা কনানা ফোংদোকপিরনী। হায়নিংবা রা হায়নবগীদমক চিন্ পাল্লিবনী।

—ঐবু পাঙদবা তাহনগত্নু চন্দ্রা। হাক্সা থৌনা ফবীসু শারক্লহু। ঐসু নংগী থৌনা য়েংনিংলকপা কুইরবনি। নহাকসু হুপীমচানী, ঙাইঙমত্রবদি থাংচেৎ মচি লাংওদনা।

—ঈ নৌরিঙৈদদবু খাংচেৎ শেৎপনি, খাংচেৎ শেত্রবসু ইচীন্ প্যাঙরি।

—ফৈ। হায়দোকউ। হায়দোকপা তারবদি মথাক থম-হোৌবা য়ারোই। হায়দোক্লমদাইদা অসিমদি নিংশিংউ। ঐবু চিকপদা নত্তনা ঐগী শাগৈ জাৎ তুম্না চিক্কে খল্লবদি হায়দোকপদা করিসু কায়দে অত্তগা ঐনা নংবু হুংশিবসি মীরাইবগীদমক্তি নং পাপতি শোয়দনা পুগনী।

—মীনম্বা ঐনা কযা কুইনা অচম্বা শাগনি। ঐনা হায়-দোক্কদৌরিবসি অজ্ঞাগীদমক্কি, হুংশিবগীদমক্কি, অচুম্বগীদমক্কি। অচুম্বা ঙাংবদা ঐখোয়না অসুক কিরিবসিবু করিগীনো।

— মত্তগী মরম লৈ, অত্তনবু মতম ঙাইরিবনি কান্নবা ফংলোইদবদা থৌনা উৎলবগী অর্থ করিনো। মতাং চাদনা মেলৈ লাংউরবদি নং নচা গোপীগদি শোয়দনা কায়নরগদবনি।

—মরমদি। ঐনা পোকচবা ইচাবু করিগী ঐগা কায়নগ-দৌরিবা। ঐনা চৎপা তারবদি ইচা পিবিত্রবসু ঐদি হুরাল্লগা পুখিগনী।

—ফৈ থোক্লগা খঙবা হায়বত্তনী। অত্তুবু রা ওইনা হায়-দোকপগা থবক ওইনা পাঙথোকপগা অনিসি য়াম্না খেন্নবনিকো চস্রা।

শ্যাম চৌক্রিদগী ফুক্ হোগৎখ্রে। চৌক্রি মফম লেঙ্বগী মখোলত্ত তাবদা ঠৌরাণী রাধিকাহ্ন মাগী কাদা চৎখ্রে।

নোংঙাল্লে' মমা ইবেমা রাধিকানা মৈ ঈশিং খঙদনা তখৎলক্লে। খুম্নরোই হায়ন থনখ্রবা শ্যাম য়ুমদগী চখোকপগী

থোদাং লোখ্রে। হায়দোকনি হায়রম্বী চন্দ্রাবলী রাখল তায়োন-নখ্রে। রাফৈ ঙাংলগা নোংমগী মতম লেল্লি। মমৈদদি রাফম অহ অজ্ঞা কৃষ্ণগী নাকোং য়োরে। অজ্ঞাগা ঠৌরাণীগা রা তাম্নবা হৌরে

—তারিবরা মপা! রাধিকানা হায়জৈ। থাজদবা তৌবিহু। ইমৌ ইবেম্মসি গোপী পুরগা মপামদা চেনখিগদৌরি। ইশু ইচুংঙোসি চেকশিন্না শেন্নববা য়ারেকো!

—মমা নংনা ঙসি ফাওবা মরম খঙবা ঙমদবসে ঐ চুংঙাইতে। ইশু সনাবুদি ঐগা শাগোন্নরগে। ঐনা হোটেলদা চৎপদা ইশুগা লোয়নরগনি। মপাগা মমাগদি কায়নদবা য়াদবা মরম লৈদ্রুনা কায়নরবগু। মচম্মু থক্ ওইথোক্কে ইশুগা ঐগা কায়নহনবদি ঈশ্বরনাদ অথক্ ঙমগদরা!

ইং কুমজা ১৯৬৯গী নভেম্বর থানি। অজ্ঞা কৃষ্ণগী ইমুং মহী হাইফেৎ লাঙলে। চুরে চুমন্নসি, চাউরে চাউমিন্নসি, চুংঙাইরে চুংঙাইমন্নসি অদুগা অরা অনাদাদ শরুক থক্ য়ান্নরোইসি হায়না রাশক্ রাতেম্মুনা চাহ কুন চুপ্পা ভারততা লম্বা লৈহন্দনা হাইনা চুন্না পাল্লম্বা রাজনিতী দল ফাওবা অনি থোকখ্রবা তাঙ্গানি। ভারতকা লৈমায় থুংনা হোরম্বা গান্ধি পাম্বিবু চুংশিবগী মমিংদা য়াম্থৎলগা রাজঘাটতা পৃথিবীগী মাশিংবু উননবা পৈশিনৃবা হোৎন-বদা মরেঙ্ তন্ত্রবা অমদি লৈবাক প্রজাগী মোৎনি হায়দুনা নেহরু চার চুন্নবা ভারত পুম্ববু খোইদোকৃপদা ময়াঙ্ কংগ্রেবা ষণ অঙেবা পাবোৎ অহ ফাওবা নাম্মা নাম্মা য়েম্মোৱখ্রবা মতম অসিদবু অজ্ঞা কৃষ্ণগী ইমুংদবু শান্তি লৈবা ওইথোক্কে। মথোয় ইমুংগী মী মঙানা শাবা সংস্থান্ অহ কাংবু অনি থোকপগুম্নে।

শ্যাম কহ্নাইগা চন্দ্রাবলীগা অমা। অজ্ঞা কৃষ্ণগা ঠৌরাণী রাধিকাগনা অমা। মতম শাংনা ইমুংগী সাসন্ পুরক্লবা অজ্ঞা কৃষ্ণনি। মেম্বর মরিমক্কী চুম্-শো ওইরিবা গোপীবু খুংম চেৎনা পায়শিনখ্রে। অহনা হৌজিকমক্তি অজ্ঞা কৃষ্ণগী কাংবুনা ফিবম চেৎলে। অজ্ঞা কৃষ্ণনা গোপীগী মপান্না ইমুংদা জয় ওইজরবস্থ মশাগী ওইনদি মায়থিরবনি হায়বসি মশানদি য়ানিংঘ্রি মরমদি মায়থিবগী অর্থ কৃষ্ণদাস খণ্ডদার।

২

গোপী চহি অনি চংলক্লে। মমাগা লাপথোক্লবা য়ারক্লে। মপুবোক্লা অহন্‌বা মমল য়ামলবা মফি শেৎচিনবিরে। সনা শিবিরে। মরাইবক্তা শিন্দুর নমশিনবিরে। হুতি খুদিং হোটেলদা পুত্থনা চৎলে। লামলক্লগা গোপীনা চাননবা হোটেলদা থোরাং লাঙলে। কুচুদা পানুবা নত্তনা পুপ্‌ পুপ্‌ লাউবা অঙাংনি। মীপুম খুদিংনা মাবু উবদা কল্লকপা পোকই। অহনা অজ্ঞা কৃষ্ণনসু মগুনিপাবু কোইপু পুনিংই। অঙাংনিনা নিঙাই তৌরকই। অজ্ঞানা মনমদা পোখৎলি। মচা শ্যামকক্সাইবু অমুক্তসু পোখি- ত্রিবা অজ্ঞানা অঙাং নাহোং শাবা করম্বা মতমদা হৈখিবা অঙক- পনি। মগু-মপু ওম্বোক্লসু পক্লজৈ। করম্বা ঈশ্বরনবু তমলকপা।

অজ্ঞা কৃষ্ণগী শবান মুক্তিস্থ লেমদবা নত্তে। নোঙ্গী পেল্লি। মরেপকা মঙালগা মঙালনা লাকচে। মহাদেবগী পুক্তানি। শম ভেম্না কক্ই। চিথাক্ চাউনা থাকই। চন্দোলগী রাদি হরে কৃষ্ণগী চন্দন্ হায়নরিবনি চবাক্ চবাক্। শ্যামগা য়েংনরুরবদি ওস্থোক্লা খেম্নে। শ্যামদি মপা লোদে। মশা পায, রাংই মনাতোন তুমই। কুচুদি অনিমক মুদে। অজ্ঞা কৃষ্ণদি নাখাং তেক্তক তৌই।

মতমগী ঈচেশদা তাউবা মীওযবনি অজ্ঞা কৃষ্ণনা জাতী বিজাতী থিদনা মীপূম থূদিংবু পিজ-পিথল্লগা শেল তাল্লগনি হায়বসি কনানস্থ থাজরমদে। মহৌশা মহাক গোবিন্দজীগী পুজারী ওইরমই। কছার জিলাদা লৈবা লক্ষিপুর পুর্নাগ্রাম কৌবা মৈতৈ খুল অহুগী প্রজাশিংনা হায়জরবদগী মা লক্ষিপুরগী পুরোহিত ওইখি ময়াম্না মশী মুন-ইংখোলপী লৌচা থুংই। প্রজানা থগ্না ব্রাহ্মণনিনা সিধা থিল্লকপা এনছাং নাপী, চেং হরায় থুম-থাউ মমৈদদি য়োম্বোক্নুবদি থক্ফম্থ লৈরমদে। ষষ্ঠি পুজা, কর্ণভেদ, শ্রাদ্ধ, ফীরোই, শুভ-বিবাহ ... ... থোরকৃপদা লক্ষিপুরদা ব্রাহ্মণ মতোমতা ঙায়বনিনা মানা হায়নিংবা হায়বদা য়েৎপিনবা লৈরমদে। মীদা য়েংলগা হমুংগী ফিভম খঙদোক্লগা কর্ম্ম চাউহল্লি, পিকশন-হাল্ল। শ্যামগী মমা রাধিকা কছার জিলাগী জয়পুর খুলদা লৈবা ব্রহ্মচারী মযুম ভগবানদাস শর্ম্মাগী মচা নুপীনি। যুম পাল্লবা মতুংদগীদি কৃষ্ণদাস হুঙাইবা মী অমা ওইরে। লৌ, শমপঙী, শেল, শন, মথং মথং য়ামথৎলকখি। মমৈদদি মহাজন অমা ওইরকখি। মসিনা মশাগী চেকশিঙ্গবা অমদি শেন তানবা কনবগী রানি ধর্ম্মগী মরমদদি কৃষ্ণদাস বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অশেংবা

মুর্ত্তিনি মানা লক্ষিপুরদা লৈরিঙৈদা মাগী চন্দন সপ্লাই তৌবদদা গনেশচন্দ্র ছুকান্দার অমা ওইবা ঙমখি হায়নৈ। নোংমদা ঈরুজবগী মশীং খঙ্দে। হঙোইনা ইকায়সিংঙাইনি। মৈতৈ নত্তবা জাতি শোরুরুবগী রা নত্তনা মাযোরুরুবদদা ঈরুজে। লাইমিং লৌরবা মৈতৈ খুদিংনা মাবু উবদা মকোক্ নোম্না খুরুম্মে। লক্ষিপুর খুনয়াদা চেল্লিবা বরাক্ তুরেন্দা কৃষ্ণদাসনা ঈরুজবা চৎপদা তু:বেল লৈরাইঙ্ফনা নিংথিজনা কুৎশিল্লি। মামুক্ শেংবা মী অতাংবনি। অঃবু ঙসিদি 'শ্রীকৃষ্ণ হোটেল' ফম্মে। মাগী হোটেলদা চীংগী, মুসলীম চংবদা মমিৎ শুক্কোকৃপা উদরে। ঈরুজবগী মশিং হন্থখ্রে। মসি মতমগী য়াওন নত্তরা?

শ্রীকৃষ্ণ হোটেল চাক্কীদমক্ মমিং চৎলি। এঙ্খাং হাউই চাক্ পুক্ থগ্না চাবদা মমল কন্দে 'অ ঙৌবা' অতৈ হোটেলনা তানবা ফংদে বোবা অমা স্পিসিয়েলনি। কৌথা মতমদা কোথা, কোবাগী মতমদা কোবা, খজিং অতেকৃপা ফংলগনা খজিং বোরা। মতম মতমগী শক্লোন হোৎবা বোরাগীদমক্ অমদি থুম মোরোক্ চূরবা অঙৌবগীদমক, কেলাচনাগীদমক্ কাংজৈবুং ময়াদা লেপশুবদা হঙ্গোইবা মীওয়শিংনা, কথুলোংদা চংলমদাইদা অমদি হন্দোরক্পদা শ্রীকৃষ্ণ হোটেলদা হাজির ওইরি।

প্লেটতগী 'অঙৌবচ্ছ' চামচ অমনা কোৎলগা পাখঙ্ অমনা হায়রকৃই: কারগা স্কুটরনবু ইম্ফালসি রাই চাইরে লায়রবা মীদি মপাল থোকপবু য়ারক্লোইদোরি।

বোরা চারিবা মিয়াই চল্লবহনা হায়:— ফৈ কদোগে। চাওখৎলকৃইবনি।

পাউথুমহুদা নহাক্ত পেন্দ্রবমাল্লে। থুম্নকই:— চাওখৎলকৃপা নত্তমাল্লে। চাউথরকপা ওইগনি।

—করম্না ?

—সাহিত্যগী খোঙথাং। প্রজাগী পেন্দবগী খোল্লাও। মৈতৈমচানা অচৌবা ফম ফংবদা ল্লারকৃপা। ছাত্র-ছাত্রীগী ঈরাং। থবক্ ফংদবগী সমস্যা। চাবা থকৃপা ফংলক্তবগী ল্লাথোক্। শুপ্নগী খুদম অমত্তনসু মত্থমক্ তাকচবনিদা।

—মতুদি পেন্‌বা হৈতবগী ল্লানি

—মচা মশুদনা খোবোম থম্না চাবদা মমা-মপা ওইবনা য়েংবদা পেনবা ঙম্বনি। ঐগী শরুক লমলানবনা হুতি খুদিং চাবসিদি অপঙবা ঐদি পেন্‌বা ঙমদে। কার অমদি স্কুটরদা পেনবা তারবদি ঐখোয়গা, বৃটিশশিংনা মিংশেল মচেৎ, চানিক্ পরেং অমসুং য়ু লিক্লি থরগা শামতু জহাজ মপোৎ মপোৎকা ওন্নবদা পেনখিবা রেড ইণ্ডিয়ানশিংগা করিব্ খেন্নরিবগে? চাকলেম্ চাবদা হরাওবদি মিনাইদনি ঙাম্মোক্ পিঙরগা থেম্বা য়াবদি অঙাংদনি। মশাদা পান্দ্রিবমথৈ খঙদবনা অপঙবা। মণিপুরগী হৌজিক ওইরিবা অবস্থা অসিদা লোনগী কার অমদি স্কুটর তোংহনা মালং ঈচিক্ থেম্বদা মালয়া নুংশিৎ থেনেরমগনি হায়বা থাজদে। লোন লৌরগা শাবা ফুরা দলান্দা পোখাবদা স্যুইট্ হোম্‌গী শুঙায়বা ফংলমগদবা মান্দে। লোন করম্বা মতমদা শিংবা লোইবা, করম্না কার স্কটর অমাদি বিলডিংগী ইজ্জৎ ঙাকৃপা হায়বা রাথল অসি নত্তনা অতৈ অনৌবা প্লাশ্নিং ছুটি লৌথিবা য়াই। মশাগী মনিং ঙম্ববু মীঙোঙ্গা পীথোক্লগা ওফিসারনি হায়হুনা তাই পুন্নরিবসি, তাই অহুমক্না মশাগী ফাঁসিগী থৌরিনি হায়বসি খঙদবা কনা লৈরমখিগদগে?

—সরকারগী অসুক ফজখ্রবা থৌরাং থৌশিল পুম্নমক্সি মণিপুরগী নহারোলগী মফমদদি উৎতা ঘি হৈরেদনা।

— ঐখোয়বুদা বদনাম তৌবিন্থু। ভারতকী ওইবা মিৎয়েংদা য়েংবিয়ু। নক্সলাইটকী মঙ্গবু করম্বা ত্থকান্দা য়োনবগে? রিবোলুসনারী হায়বা গুলী অসিবু কনানা শাবনো? পেপর রার্কপুদি ফজেনে! প্রচারসু থুমই অতুনবু দেশ অয়াম্বনা শান্তিগী রাফম থন্নবদা ইণ্ডিয়াবু লেকচরগীদমক বার্ত্তন তৌরি। অতবু শান্তিগী লৈবাক অসিদা মফম মফম থুদিংদা ওশান্তি থোকইবসিবু করিগীনো? মসিগী মরমদি থৌরম্না ফজরম্বা তারবদি থৌশিল শোয়রম্বা তাই। ঐগী মাগী প্রচারদা ঐ ফৈ হায়বসিদি মশানা তাবা রাফম্ব থৌরমদি লমলানবনা শীনবসু কায়দে থবক্তি লোকেল মেন্দনা পাঙ থোক্কদবনি।

বোরা চারিবা নিপা তন্তসু মৈতৈমচান। মণিপুরগী ডিপার্টমেন্ট থুদিংদা থবক তৌরিবা মৈতৈমচাশিংনা করি রাখল থল্লিবগে হায়বা মা থঙনবা নত্তে। মাগা রারি শারিবা নহা অংগী পেঞ্জদবগী পঙঙাং ঙাংজবত্থ তেনশিন্নবা হোৎনরি:— লোকেল মেন হায়বগী অথদি কারনো?

— মণিপুরদদি মৈতৈমচাবুদা লোকেল মেননি হায়না থনবিরিনি ভারতকী প্রজা পুম্বা লোকেল মেন্নি। এম এল এ অমদি মিনিষ্টর তিন্নরগা ক্লাস টু দং পাস তৌরগা এল পী গী ওঝা ওইরিবশিংসি লোকেল মেননি হায়বা তারবদি ইকায়নিংঙাইগী মশক্কি।

—ইবুংঙোনা হায়রিবত্থদি সরভাইবেল ওফ ডি ফিটেস, থবক্ হৈবা মীদা থবক শিন্নবগী রানি।

—লৈতালনা শাবা মণবু মো খোঙহনবা থক্ য়ারোই। কাক মচাবু রাহোং মকোন্দা থমজিল্লিবসিবু করিবু কান্নগদগেনে।

রাহোং ওনববু য়াগদরনে ঐখোয়গী পেন্দবা ময়াম অসিবু নমফু সাসমা মুখৎপা ঙমগনি হায়বসি ছাত্র ঐখোইগী রাখলদদি থাজবা থয়া য়ানা থোকই।

অহলণ্ডমা মায়না খুমলকই :— অত্থবুদি মখোয়স্থু খঙ ইনা।

—খঙলবদি কদোরিবা। মপুক ফবা মীগীদি হৌজিক্কী মতম অসিদদি শরুক্ থুংদে হায়বগী য়ারা ?

—য়াবু য়ারকত্রবদি সরেন্দর তৌবা মশানা তাবনি। য়ারিবমখৈদি থরা ওৎখিগে নৈখিগে হায়বগী তৌবনি। য়ারি তেল্লিল্লসি।

– ধমকিনা মীগী থম্মোয় জয় তৌবা ঙমলোইদা।

—অত্থদি মখোয়না হেন্না ভাব তারিপোৎনি। লমল্লানবা মীগী হৌনশা, ওইজ-ওইথক্ থরা মতাঞ্জনা। চৎলমদাইদা মাগী মপোৎ-মচৈ থরা ময়েপচাথিবা মশানা তারবানি। ইপোৎ মশক্ত খঙজিনসি ঐখোয় ইশাদা চেকশনসি।

খেচি, গোনবা হোটেলদা শান্নরিবা য়ারিসি শিংজুনি। টেবল অমদনা :— চৎনরক্‌ইবা ঈরাঙ মরক্‌সিদা ইচল হুপী লুহোংবা ঙম্মোয়দোরে। থবক মচা অমস্থু তৌরিবা কৌবনিনা করম্না নিপা ময়ুমদগী শেল লৌরুগদগেদো। হৌজিক হৌজিক্কী চাননবা ফাওবা লৈতে। অউনপোৎকী উপু কাংথোলদি অমদা চান্নদগী তাবস্থু ফংত্রে।

সুট তাই বাবু কাংবুনা করি হায়রি :— ভায়গীদি টাটা অহুম শুরেদনা। ফরেনে। নিউ মোডেল কারহু হেক্ য়েরকপগা এম্বাসেদরহু ঐঙোন্দা পিরো। য়ুম মচা অমস্তুং শাবনি হায়ড়না তৌশিল্লবসিদা লিশিং য়াখৈ হেন্না ছাইজিনখ্রে। য়ুমদি তংথাইদমক

চল্লি। অঙাং অমা ডাক্তর তমইবনি হায়ত্রনা তৌরিসিনা শেল থারকউদা হায়হনা লৈরে। ঐদি ভায়, মীরক্ তিনবৃবু ভম্মোইদৌরে

প্রজা অয়াম্বনা খুদৈ ফাওবা মপুম শেংত্রে। চাক মবুক্ থন্না চাবা ফংত্রি

ময়াদা মনম নম্বা কাংবনা, য়ু য়োনবা কাংবুনা দলান শাগৎ-নবকপসিদা কল্লরি। অহুন্নদি ওইরগা ভায় নঙোম্দা পৈশা কয়া য়াওবিদি মহৎই। থাইজিন্নরগা খরচ তৌথোকসি অসিনি। প্রজাগী শেল প্রজানা খোমজিনবনি। মরন পুথোকচরগা ভাও-জবনি। অংবু পুলিশনা কোয়তান তান্নবসিদা হুঙায়জদবা মীওয়সু য়াওরি। অমনা শোম্বাংননা হায় :— য়ু অসিদা নেসনে-লাইজ তৌরবদি ফগদবনি। সরকারগী ইনকমসু মরাক্চগদবা। রম্ হুইস্কিসু মঙাওই। করি হায়গে ভায়!

মখল মথেলগী মীওয় তিল্লে। রারিনা ননা রোগোম্নি।

গ্রূপ গ্রূপ ফমলিবা ময়ামহ্ন রারিগী বিষয় অমত্তা মান্নদে। অদুবু নিংবা থুংদবা অমদি লৈত-লাইবগী রারিনা মশীং খরা য়ামই লাইরিক্ ইবা পামজবা কাংবুগী রারিনা :

—কুমসিদি ওজাগী লাইরিক্ অমত্তা থাগৎপিত্রবরা?

—থাগৎলুদনা করি কান্নগনি। অফবা লাইরিকপু থন্‌বা ওইরবদি থাগৎপসু ময়াবনি। মখোয়গী গ্রূপতা য়াউদবা, হায়জ চৎচবা পাঙদবা ঐখোয়গী লাইরিক্তি থন্নবদি লায়রদনা পাবা ফাওবা পাবিদবমাল্লে। মণিপুরসিদদি ইশাগী মতম ভহাক্ লেন্নবা চে কলমগী থবক্ পায়খৎকদবা ফাওবা ভনসিল্লক্রে। মতুদা মাঙখিগদবা মতম, শেন অমদি এনারজী অহুগী মহুত্তা খামেন্ন পামবি অমা থাবনা ফৈ।

— অদোমদা ঙাক্তস্তু খন্দোকৃপিগনু ওজা। চুমই, রানোম-স্তবদি রিভিউ তৌবিনবা মী ফাওবা থরা তাঙ্.বগুম তৌই ফত্তে, পাবা য়াবা লাইরিক নত্তে হায়না ইবিরুবা মী ফাওবা হায়জবা দরকার ওই অত্তম ওইনমক্ তাবুত্তুংদা চহি কুমজা কয়া শুম চাত্থনা পৎস্তুরবা লাইরিক্ কযাস্তু সাহিত্যগী গুণবু চঙ্.খোন্না ময়াওরমলবদি নিংশিংনরকই। লৈত্তুংদা ফুমলগবু সনাগী মগুণ মাঙ্.লবাদ ঙরাংগী ঙারেন ঙসি চাবা হাওফম থোক্কে। মৈতৈমচা অমা ওইনা ঐ ইশার্মাক্ত হন্দক্ মরক্সিদা লাইরিক ইবা মী মশীং হেনগৎলক্পসি থাগৎচরিবনি। মৈতৈলোন্দা ইবা লাইরিক্ মশীং য়াম্বগী দরকার ওই। ময়ামগী মরক্তা অফবস্তু মরাইনা অত্তুম য়াউজরক্কনি। চাংদম্নিংঙাই য়াউদনা থাইদগী ফবা হায়বসিবু করম্না থনূবা ঙমগদগেনে? মত্তোমতা চেন্‌বা লমজেন্দা মানা ফাষ্ট ওইবা হায়বসিদি মশানা তারবনি। নিংহন্নবিবগী মহুত্তা অফবা লাইরিক্ থবা পায়থৎপিয়ু ওজা!

— নারক্তা শাৎপী লৈরাং য়েংবিনবা লৈতনা মাঙবা অনৌবা রাফম নত্তে। বিলাত্তগী পুরকপা লৈ চারহ ঐখোয়গী ক্রং ক্রং লাওনা কংলবা গুমাংদা নম্শিনবদা মতোন্ চোংলকতবস্তু য়াই। বেঙ্গলদগী পুরকপা মালদোইগী হৈনৌ মক্কত্থস্তু কলম্ শেমবিগ্রবদি থাবদা থক্ হৌরোইদা ঐখোয়না কোবিলিয়াবু মশা থারগা চুন্না রাংথৎহনবগুম লাইরিক্ ইবা নহারোলগী মফমদস্তু অফবা লাইরিক থোরক্কবগীদমক্ মখোঙ্. শোম্বিবা অমদি মশা-মরেং থরা ককথৎপিবগী দরকার ওই।

—মত্থস্তু থন্নবা য়াবা রাফমনি। অত্থবু সরকারগী তরগুগী অমদি সাহিত্য পরিষৎনা লাইরিক্ ইবা কয়াবু চহি খুদিংদা স্বাগত্. তৌরিসিদি!

- তৌদে হায়ৱজবগী য়া নত্তেদা। কেমন্ থঙ্লগা পরিক্ষা য়াঙবা কাংবুগা লনাই লাইরিক্ পাজরগা পরিক্ষা থাবা মীগদি করম হায়না চাংদমরুগদগেদো! তৌববুদি ঐখোয়না পাঙদনা অমদি হৈত্তদনা তৌরিবনি। বেকিং লৈতবা মীগী জষ্টীস লৈত্রবা লৈবাক্সিদা হিংফমসিবু কদায়দনো!

হোটেল হায়বসিমক্তবু চাফম্ থকৃফম্নি। চাগদবা থক্কদবত্তু চারগা, মত্তুগী মমল পীথোক্লগা ফুক্ ফুক হৌগৎলখিবা মসিনা হোটেল মপুগী পামজবনি। কোথা শুক্তনা সিট কপ্নিনবসিদি হায়বা ঙম্মদবগী রনি অনিমক্ত অফবা অমত্তা নত্তে। অত্তবু কৃষ্ণদাস হৌজিক্তি শাউদবা ঙম্মে। মানা খল্লি,—হোটেলদা মী কয়া পাকনি লোইনমক শোয়দনা চৎখিগনি, লেঙদনা লৈহৌগদবদি পৈশাদনি। অঙনা মা পাপ্পি পুজা তৌবা লেপ্তে পাপ্পি অমদি গোপী শেন্নবা হায়বসি মাগী মিকুপ থুদিংগী লৌদাংনি অত্তবু ইন্নক্ মরক্তি পৈশাগা মরুপ শান্নবদগী গোপীগা তোৎন তিন্নবনা খর্রা হেনবগুম তৌরে নোংমগী শাংলবা মতম্তু তেম্না লোম্নবগীদমক্ কৃষ্ণদাস সিনেমা হোলদা ফংম্নম্তু উরে। মীনা ফোংনা হায়নরক্রে,—মখোয়গী মশু-মপুসি ওম্মোক্নম্তু চান্নজেদা!

চন্দ্রাবলীনা মমানি হায়বগী পোঙজবদা মঙাম্নরে। গোপীদি তুমবম্তু মবোকা তুমম্রে। মাগী লেবা সেবীসু মপু-মবেম্না তৌরে। চারে মপুবোকা চামিন্নরে। মমাগা মপাগদি ভাবক্ ওইরে। চন্দ্রাগী রাখল তয়াং-তশোয়রে। ইমুংদা অসিগুম্বা অহোংবা লাকপা অসিদা হান্নরা মপাম য়োনিংলবী চন্দ্রাগী মফমদদি মাবু ভানবগুম থোক্লে। অত্তগা শ্যামকহ্লাইনদি অসুম্না খল্লি:—মসি ঐখোয়না মায় পাকপগী অহানবা লমজিংনি।

থৱায়গা হকচাংগা মরী তৎনরবা চন্দ্রাবা শ্যামগী নাক্ত লৈবসি কৈতুম শঙ্দা লৈবগা অম্মা ওইরে শ্যামগী মুংশিবনা মাবু চেৎনা পুন্সুনস্ নাগী থম্মোয়বুদি পেলহনবা তুমরে। মৌগীদি মপুরোইবগী ময়ুম্বা স্বর্গনি অমসুং মপামদা লৈবদি মরক্তা লৈবগা চপ্ মান্নে হায়বসি ওন্না তৈনরে। মপুরোইবা শ্যামবু থম্মোয়গুংদা চেৎনা কোল্লগা চন্দ্রানা মওল মওল থল্লকই মমৈদা অজ্ঞাওবীগুম হায়রকই:—ঐ তুমিন্না চেন্থিবা নত্তনা উপায় করিস্নু লৈতে

—অদুবু গোপীনা মাগী নিংজবদা অয়েৎপা ওইরে। গোপীবু হুন্দোক্লস্ মা পামদরি গোপী হুরানগদবসি মঙোন্দদি ওন-থোক্কা শুনা থোক্লে। উপায় রাৎলে হায়বা মশানা থঙজরবমক্তদা শ্যামগী নাকোংদা হয়িংথোই শারি। হোৎজিক্তি শ্যামদি রাথল অসিগী রাংমদা লৈখরে। হোৎরবা কয়া কাউনবা হোৎনরগা লাকদোরিবা পুন্সিগী লম্বেলদা নানথুদনবা মুং থাবা, লাক্লরি চম্ উয়ান্দস্ কে-নরি। চন্দ্রানা শ্যামগী মফমদা ওইনজদনা কনাগী মফমদা ওইনরুগনি অদুবু শ্যামনদি ইরায় লায়না হাংদোরক্লে:—নংনা চৎনিংলগা হেক্ চৎখ্রো।

—ফরে ঐ চৎখ্রগে।

চন্দ্রাবলীনা কপ্পা-কপ্পা থুমখি।

## ৩

বামোন গোপালমুক্ হুণ্ডায়বা মী লৈতে। মা মঙায়রে মৈতৈ লৈবাক্ত হুংঙায়রিবসি। মীগী অল্লাবদস্সু শরুক য়ারুদে। মাগী অল্লাবস্সু থওইদে। মাগী হায়বধু ফৈজোম্ তোমান শেৎকনি। চন্দোন্ পাল্পা থিনগনি। অহুগা থকনি। অসিদনি। ইমুংগী চফু-উয়ানদা মিল্লাং মহুম শাল্লবস্সু মাগী থল্লচত্তি থক্ ল্লাত্তে। মানস্সু থৌল্লাং তৌজে। মীনস্সু অহুম লাল্লক্‌ই। নহারোলগী চাক্ চানবদা বামোন গোপালবু থিনল্লকত্রবদি অহুগুব্বা চাক্‌চামবা অহু মপুঙ্ ফাত্রবনি। পেক্ অমত্তুং য়োংশিল্লগা সংথিং ল্লোক্‌কা থিদল্লক্‌পদি কবোক্ পোক্‌পহু ঙায়। লোয়শঙগী পণ্ডিত ফাওবা মনাক্ নক্‌পা ঙমদে।

মাবু বামেন লৈকায়দগী তাঙ্খোকত্রিবসি মাগী য়ুথক্ ফজবদ-গীনি। য়ু ঙাওবা মী ওইরবদি নহান্না মকোক্সু কায়রনি। লৈস্নু লৈহল্লরোইদবনি। ঙসি ফাওবগী মন্নুংদা থক্চরবস্নু মীগী মফমদা অকায়বা রা ঙাংত্রি। নত্তবা লমচৎ চত্রি। মীনা মাবু চৈনবা মরাল থক্ লঙ্‌জখিত্রি। চাকচা ইথক্ লুদে হায়নরবস্নু অথম্নবা এঙ্খাং খোংনরক্পদা মচুদা খঙ্‌দে, রসতা খঙ্‌দে বামোন গোপালগী মিং তত্তনা শোন্নে। মাগী ফত্তবা হায়ববু মশা লু-হেন্দবগী রা নত্তে। মরৈ খরা য়েৎকনবগী রানি। মাগী মরাল হায়ববু বামোননা য়ু থকপা অসিদনি।

বৈষ্ণব ধর্ম্মদা থরায় লপচবা গুরুজনশিংনা বামোন গোপালনা তত্তনা নত্তবা চিঙ্গাক্ চা-থক্তনবা হায় রারক্ই। মাগী অাত্মা-নদি খুন্নিংই:—নখোয়না ঐগী খরচ্ ছুনবিরবরা? করিগীনো নখোয়না ঐগী চিঙ্গাক্ কক্কদোরিবা? নখোয়না পাপ্না লম্বিদা নখোয় চচ্চখো। ঐনা ঐগী লম্বেলদা চচ্চগে। লমথাং অসিদা অহুক্ লম্মাংনবগী রাদনি। পন্থংফমদদি ঐখোয় পুন্নগদবা ঙাক্তনি।

অহুবু মচোংপাক্ মাইদবা ব্রাহ্মণ নত্তে অহল্লা হায়বদা মরক্ লুপ্পা তাবা ঙমই। নহারোলনদি করম্বা নিংবা কায়খিবদগী ব্রাহ্মণনা শোকহেদবা চিঙ্গাক্কা থরায় লুপইবনো, থঙ্‌নিংবদগী অহুনা হংই: —করিগীনো অজ্জাদা মহী ফাম্নিবসিবো?

চহি য়াথে তানথৎলরুবা বামোন গোপালনি। মচা-মগুগী মেপা লাংদবনা নহা ওইনা উরবনানি। মোপা পাব্রবা মতমদা মানা পাউথুম পিরকই: - চাহৈদবা চিঙ্গাক্ অায়ুর্‌বদ্নি এত্তোইহেদবা থবক্ তৌরম্নগদবনি।

ময়াম্মা থম্নে। গোপালগী হৌখ্রবা পুন্সিদা নিংবা কায়বা অমা শোয়ঁদনা লৈরমগনি। অদুনা মানা য়ু থক্‌ইবনি। মৈচাক্‌ অদু থাঙ্‌বা ওম্নক্ত্রবা মতমদা মা মী হাৎকদৌরিমাল্লে। ময়াম্মা থম্নবদু মাস্থ ভাব তাই। মানা খুমই :— চুমই। ঐ হৌজিক্‌ মী হাৎপা হৌরবনি। মীশিংসি তুম্না হাৎকদৌরিবনি। অদুগা ঐদি চিঙ্গাক্‌ নত্তবা জীবদি থক্‌ হিংশা তৌরোই। হৌজিক্কী সমাজ অসিদা থৌদাং মচা অমত্তং পাঙ্‌থোক্লমগে হায়না থল্লবদি হিংচাবগী শক্তম লৌগদবনি। নত্রগনা তীন ওইগদবনি। য়েৎখায় থুগায়বদা অকিবা পোক্লবা অমদি মথৌ পাংথোক্লবা হোৎনবদা মিৎ নাকোংং চেজেৎ উইশিন্দুনা পম্থুংফমদু য়োনবা হোৎনবগী অখাঙ্‌ কনবা রাংপা মীনা সমাজ সংস্কার করম্না তৌগনি, নোংমা-নোংমগী মরায় চায়থরক্লবা ঐখোয়গী সমাজ অনিগী খুদমসি ঐরা, পং-কোৎলা ?

মশাদা থৎন-চৈনবগী রাখল চেন্দ্রবা বামোন গোপালবু নহা পুন্নমক্লা হুংশি। মোইরাংখোম্‌, কৈশামথোং অমদি মহাবলী, করিগুম্বা শুভদিনদা কৈথুদা বামোন গোপালগীদমক্‌ উ গী ফান মচা অমদি থাক্তুনা লৈরবনি মাবু য়ুনা থক্‌খিদনবা ওমইবমথৈ লৌৎমজে। অদুনা মানা ঙাওবা হায়বসি কদাজিৎনি। ঙাওর-মনা-অম্মদি হেল্লা খুদোং চায়। তুম্না-তুম্না কৈথুদগীবু ওইররসু, মহাবলীদগীবু ওইরবসু নোংঙাম্প্রিঙৈদা,মাগী ফমুং য়োবা হায়বসি শৌয়্রবনি। অয়ুক হুংথিলদা থক্তবা অসিমক্তনসু মাগী মল্লপ সঙ্গ য়াম্বনি। হুমিৎ অদু নোং থিৎলি-থিৎলি চুবনা কৈথুগী শান্তিখোয়গী ইমুংদু চিক্‌ই হায়বা য়াই। কবুইনি হায়বগী পাউ-খোকপিগদবা মঙায়রে। মশক্ত মতৌদা ব্যবহারদা রাঙাংদা সন্ধ্য

য়াচংবদা মহারোলনা কৈথেল কারবা থোইনা ঙক্লিংঙাই লৈতে। ময়ুমস্থ শাৎ হাইগৎখরে। সনাস্থ শাবা লোইগদৌরে। বামোন্না মাগী মখুৎ চাবিবসিদা শান্তিগী মাইথোংঙ পুনিমাগী থাজমুক্ ঙান-থোইরে। চীং তম্গী মরক্তা শন্দল থাবসি শান্তিগী থম্মোয়দদি তা-শোন্নি। অতুনা মাগী খুজিগী মখোলগা লোয়ননা হিদাক্কী গ্রাসত্তু অমগী মথংদা অমা শান্তিনা বামোন গোপালদা লাপ্সিল্লকৃই। গোপালগী মমান্নবা অহুম অহুস্থ মাগী মতুং ইনবদি লেপ্তে। মপাঙ্ অহুম অতুগী মথুংদা অমদি ঙসিদা ফম্মিন্নবনি; অসিগুম্বা টেবলদা পুকচেল খোইজেল তিন্নদবা মীওয়গা ফম্মিন্নবা হায়বসি থৎন-চৈনবা থোকৃপগী লোফম্নি নেশ পান্নরক্লবা মতমদা হান্নগী অমেঙবা ব্রাহ্মণগী শব্দতু মাঙ্খ্র। খোন রাউরপ চথরক্লে। অনৌবা মরূপুনা অসিমক্নি হায়রকৃপা :- বামোন্না য়ু থকৃপসি মাংদরা?

রাহংসি তাবদা গোপালনা শক্ তাখৎলকৃই :- মাংবা শেংবগী রাসিদি ঐখোয়না শেমবা আইন্নি। ঐখোয়না তম্বিবনি। ঐখোয়দা তাক্লক্কদবা নত্তে। অফ-ফত্তুগী রাদি অঙাংদনি থঙ্দবা। ব্রাহ্মণ নত্রবস্থ রাখল থনবা ঙম্নবা মীদি থঙ্ফম্ থোকৃইনা।

অহল ওইরবা হেড ক্লার্ক্ বাবুনা মরক্ থৎলকৃই :—হুম্! রারি লক্ষ্ণ চৎখিদৌরে। হুঙায়বা রারি চথসি ব্রাহ্মণ হায়বসিবু কনানো।

হরায় থরাক্ কাংঙোইতু প্লেট্ অমা ময়ামগী মমাংদা থম্লগ শান্তিতু মোরা অমদা ফমথররে।

—ব্রাহ্মণ হায়বসিদি অরাংবা থাক্কী মীনি। সাধারণ মীওয়-বনা বুদ্ধি চম্মন্নরক্লবা মতমদা লৌশিং তাকৃপিবা ঙম্বা, পুক্লিংনা ফংঙমত্রবা কয়াবু তম্বি তাকৃপিবা ঙম্বা ওজা অতু ব্রাহ্মণনি। ভিক্ষা

চত্তনা অফংব থরনা পেন্‌বা ঙম্লিবা অমদি অরৈবা থরহ্ মীগী পেন্নবগীদমক্ কথোক্‌পা ঙম্বা মহাপুরুষ অদুবুনি। ব্রাহ্মণবু উরগা কোক্ নোম্ন ব্যবহার তৌনরিবসি মখোয় লায়নি হায়বগী রা নত্তে। ঈশ্বরগী শক্তি লৈবগীঙাকস্ নত্তে। মীওয়ববু মখোয়গী জ্ঞানৃতনা সেবা তৌবা ঙম্বগী অমদি ময়ামগী সেব চঙবদা নিংহন্নদনা মায়-রোং য়াবা ঙম্বগীদমক্কি। অদুনবু মখোয়না মীয়ামদগী ব্যবহার, ইজ্জং ফংলিবনি। ব্রাহ্মণগী মথৌদি থঙনা চান্নবা মন্নাপ মপাংবু, মীওয়ববু সেবা তৌবনি। অদুদগী অমনা, ময়ামগী সেবা তৌহনস্ পৃথিবীগী অরঙ-অপান্ অমদি মনা-মথুমগী আশা থাদোকত্রিবমথৈ মচস্ ব্রাহ্মণ অশেঙবা নত্তে। হিন্দু ধর্ম্মগী মমায়দি ব্রাহ্মণনি। অদুম্বা অমদি ঈশ্বরগী ওইবা জ্ঞান্ থিবদা ব্রাহ্মণগুম্বা অতৈ জাতী লৈতে অসিমদি চাউথোক্লা হায়বা য়াই অদুনা মখোয়বু ঐখোয়না অরাংবা থাক্ত থমইবনি। হায়রিবসি জ্ঞান্ লৈবা ব্রাহ্মণগী রানি। ঐগুম্বগী রা নত্তে। হৌজিককালগী ব্রাহ্মণদি সাধারণ প্রজাদগী হেন্না তোল্লবনি। কলিগা ব্রাহ্মণ কাক্কা সামান্নং কাক্‌পু করি কান্নবগে? কাক্ লৈতবা লমদস্ নোংঙান্দবা লৈতে। অদুনবু অজ্ঞা কৃষ্ণনা লক্ষিপুরদা লৈবা য়ারক্তহনা ইম্ফালদা হোটেল ফম্নরিবসিনিদনা!

বামোন গোপালগী রা লোইজ্রি। য়ু ঙাওবা নহাহনা ব্রাহ্মণবু চৈবা হৌরকই:-মৈতৈমচাবু লৈখা তানা নমথরম্বসি ব্রাহ্মণনি। সনা কোম্নুংগী ফিদম লৌরিবনি হায়হনা লম্-লম্ খুদিংদা লৈকাই খুদিংদা ব্রাহ্মণ মাঙ্গাইহনা থমজিল্লরে। জ্ঞান চংথোম্না লৈরবা মানি হায়হনা লাইগী মিংদা লৌচা, সিধা, ইখোল, য়ুম, মন্দির, াগুব পুম্নমক্ পিশিল্লে। য়োৎপাক্, থাংজো ফাওবা পায়হন্দবমথৈ

লাইরিক্ পাননবগীদমক্ থম্বিরে। অতুগদি ঈশ্বরগী পুজারী ওইগবরা হায়রগা সৈতানগী সাথি ওইরক্লে। ষষ্ঠি পুজা, যুম-শেংবা, কর্ন ভেদ, অষ্ঠি, শ্রাদ্ধ, ফীরোই থাম্ কয়া থোক্লা খায়-দোক্তুনা মৈতৈবু নোংম-নোংমগী লাইরা তানহল্লে। মী অশিংবগী মরাইবক্তগী শরা-মচেৎ লোবগী আর্থনা করি! মণিপুরদা পোক্লবা মণিপুরদা চাউরবা মীগী তীর্থ স্থানবু মীরমদা করম্না ওইরিবা? মীরমদা ঐখোয়গী শেল চৎখিনবগী লম্বেল শেম্বা নত্তরা? মসিগী মহুত্তা মখোয়না ঐখোয়দা করি পী! লানৃবিবা! বা, মীওয়বসিবু ব্রহ্মণনা লানৃবিক্রবদি শিবা ওম্মরোইদরনে! অজ্ঞা বামোনৃগী খোঙ্বী মচুম পিথক্লগা মৈতৈমচানা এপোলো তোংহনা থা-দা চৎলুবা ওন্নবা বর পিবিবা অমদি হরিনাম্ শোলহনবগী মপান্দগী ঐখোয়না হাইড্রোজেন্ বোম্ শাবা ওম্বগী শক্তি পিনবিবা, ওসিগী মৈতৈমচানা থাজরোইদবগী মরম করি নৈ? জাতীগী একতা থুগায়রবসু ব্রাহ্মণগী খুজিলদগীনি হায়বদা ঐ য়াদবা ওয়্নোয় জাতা মশেনগী মরক্তা থৎননবা কক ব্রাহি শাবা কাংবুস থিক্ তৌগ্রিবা মথৈ মালেমসিদা শান্তিগী লম্বি খরা থাপ্লি। অঙানবদা মকোন্দা লোৎপা অমম্বদা বুধি লৈবা লমহুইবু ঐখোয়না স্নাগী তাংবলদ কুনহনবসি চুমত্রবজাৎনি। তাংবলথক্তগী অহিং খুদিংদা লমহুইন লাক্লা লাক্লা খোঙ্বসিমক্লা মৈতৈমচানা পায়খৎলকৃপা থবব খুদিংদা ওমঙ্গল ওইরবনি। ব্রাহ্মণগী হুৎসি মৈতৈনা শিল্লবদত মৈতৈগী মাঙ্খ্রবা সনা লৈবাক্ মনিগী লৈফম্ মণিপুর ঐখোয়গী ওইবা ফংগনি।

—ধর্ম্ম লৈব, মীনা হায়বদা থাজগন্‌বা, মীরা লোবা মী হায়বসিমক্তবু অপঙ্বনি হায়বসি ভাব তানরক্লবদি ফরবনিনে!

হেড ক্লার্ক বাবুনা হায়রক্ৃই ঃ—মতুতস্‌ু নঙ্গি। খাখল য়াম্বা থনূবা মীদি মথৌ পাঙদবনি। মখোয়ত্ত অঙাওবা মথল অমনি। মী অমা ওইগে নিংলবদি নেশা অমা চাগদবনি।

য়ু থক্ৃপা মীগী খানিদনা। মায় ঙাংবমখৈ ব্রা ঙাংনবা। ঙহাক্ লৈরগা নেমথথিবা, ফাগি তারক্ৃপা। করিস্‌ু লৈতবা মরমগীদমক্ মতিং শোক্ৃপমখৈ থৎনবা। হস্থরক্ৃপা মতমদা ইকায়-নরক্ৃপা। খম্বরুরগনা মপি ঈরা চেনূবা মখৈ কপ্পা। বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা মণিপুরদদি ব্রেন রাস তৌনবা খুৎলায়াসি কালৈদনি। কালৈনা ব্রেন রাস তৌবদা শেংবা ঙমত্রবা মী অত্তদি হৌজিক্‌কী মতমসিদা সরকারগী য়েক্লবা ওইরগদবনি। অরোনূবা থম্বা, চিক্লা ঈঙনা মীগী ডিফেন্স ভৌনবা চান্স পিদনা থবক্ পায়খৎপা মীবু সরকারনা ফাগদবগী হোৎনরি। হোসিয়ার! লাইফম কয়াদা মিলিটরীগী কেম্প শাজিনূত্রবা মতমসিদা নিংথৌ মনাই চুমত্রিং কাংবু অরা ঈপাক্ক তারেদো। হৌজিক্ বামোন গোপালগী ফিভম লুয়ে। মা হৌজিক্ মীচেনূ ওইবা য়াথিগদরা?

অঙাওবা মীদনবু মানা ঙাংনিংবত্ত অপনূবা লৈতনা ঙাংবা য়াবনি। প্রজাদি য়াদে। প্রজাদি ব্রাহ্মণগী মনাইনি। ধর্ম্মগী কারাগাড় মনুংদা, আইননা চেৎনা শো লোন্সিল্লগা, চুপ্পি পায়বা কাংবুগী রাশাগী শাসন্না রারক্ৃইবা প্রজানি করম্না মনিং তমগনি?

বামোন গোপালনা পাঙথোক্লিংবা মথে অমা পাঙ থোক্লম্লগা য়ু থক্‌নুনা সমাজগী মিনোক্ থাঙগে থল্লম্বা থাংঙমদা মৈচাক্ ওইরম্নে। অহানবদদি থল্লমই—মনা পঙশিন্নগে মমিৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা থাঙগে। অচুম্বা থবক্ তৌবা মী হায়বসিমক্তবু য়েল-হৌন্ডেদা ব্বারগা পোলোইদা নুঙায় হায়বসি থাজরুবদগী তৌরুবনি।

হৌজিক্তি তৌখিবা থবকী ফল লাক্লে। মা বামোন লৈকাইদ। লৈনিংঙক্তরে। থৌ কয়া তৌহনসু মাগী মরাল কোকপা! য়াগনি হায়বা থাজরক্তে। ময়ুমদা হল্লকপদা মতোমতা অঙাওবগুম চোইরোল লোনবা হৌরক্লে: চন্দ্রাবলী! নসুংলাংদগী ঐনা হুঙায়বা ফংবদনী রাবনা শংক্‌ চাম্মা হেল্লে। নহাকী রাখল অসি ঐনা করম্বা মতমদা কাউবা ঙম্লকখিগদগে! ঐগী থৌদাং পাঙ. থোক্লে হায়হনা ঐনা লায়না খন্দোকলুই। গোপীগী মশক ফাওবা য়েংবা লাকপা ঙমদবসিদা ঐ পোথাফম খঙদ্রে। ঐনা চুমই হায়না খন্‌খিবা শঙব্‌ হৌজিক্‌ করিনা প্রমান তৌগদগে! ইস্‌ পাপ্‌!

ময়ুমগী তাংলায় শচীরাণীনা তেংথারি। য়ু থকপা মপুরোইবগী মশাইগোন্দা বপ্পা মতম লেল্লি কয়ারক্‌ থেমজে থকপসিদা লেপ্পিরো। গোপালনসু কয়ারক্‌ রাশকুই থক্‌ থক্লরোই। মশানা খঙ জৈ মা চহি অঙাং নৎশিল্লক্‌ত্রে। ধর্ম্মগী লম্বিদা মথাঙ. থাংজিনবা যারবনি। মশানা ফত্তে হায়বা খঙজরবা চিঙাক্‌ মশানা থাদোক্লিংজ্রিবা করিগীনো? গোপালনা শচীদা হায়:—পাপননি খঙদ্রে, লাইবক্ননি খঙদ্রে পুন্সি তঙ্খায় লেনানিংরবা ফাওবসিদা হিমুং অসিদা অঙাং উবা ফংদ্রে মসি নহানমুক্কী মপোক্কী কর্ম্মফলননি। মসিদা নংগী শুংঙায়তবা তৌরুগনু। লৌসু লৈতা, তলব চাবা থবকসু তৌহৌদা ঐখোয়না ইফালদা হিংগদবসি করম্নো! মাগী ময়ুম ইংখোলদা তাংহনা লৈগদবগী শরুক চৎলসি। মহাজনগী শেন খরা পুরগা কারবার মচা অমত্তং তেক্‌ তেক্‌ তৌরুরসি। মথৎতদা নংগী নিংবসু থুংলগনি। ঐগী লমচৎসু শেম্লগনি। লম থাপতোক্করবদি চন্দ্রাগী মরা মপাউ

তাঅবদি মাগী পুঙমঅবা ৱাখলসিবু মাঙ্খিবা য়ায়।

শচীৱাণীনা হায়ৱকই :– মীগী মচাদি মপুকচেল চেৎপনিনা কৱিসু কাঙ্থোক্লক্লোই। য়ু থক্পা হায়বসিদি ৱা য়াম্না ঙাংই হায়নৈ। কৱিগুম্বা চেকশিনহৌদবা মিকুপ্তা অজ্ঞানা চীন্ পুখথিবা থোক্লবদি – হায়বসি থনুবদা ঐদি মিপাইৱে। চাৱম্ থক্লম্ থঙ্ দনবগীদমক্ মীগী নিংবা থুংনবা হোৎনবসিদি ঐদি পামজদে। ঐনা নহান্না হায়জদৱা? কৱিগুম্বা থংনৱক্কুনা ৱাফংনৱক্পা তাৱবদি ঐদি য়াৱোইদবনি।

—য়াৱোইদবা মগ্নামগী মৱকসিদা ঐদি কৱম্না য়াগদৌৱি? ঐগী ৱাখলসি থজিক্তদি হকচিক্ লাংহল্লবা! অনৌবা বুদ্ধি লাক্-প্ৱা য়েংসি।

– শোয়দনা লাক্কনি অনৌবা বুদ্ধিদো! ঙসিসু চন্দ্ৰাবলী লাক্লমই য়াম্না কুইনা ঙায়ৱমই।

—কৱি হায়ৱমই?

—মা বুইনা লৈবগী শক্তি লৈৱকত্রে। বুদ্ধি অমা তৌবিৱো হায়ৱম্বনি

—নঙ্দি কৱি হায়খি?

– অজ্ঞানা তম্বিবা অত্তদনি হায়জখিবা। থৱা খাঙ্খো।

নিপা ঐমক্না অসুক্ নিংহন্নৱক্লবদা হুপীমচা গাদি কৱি ওইৱম্লগনি? ঐমক্না অসুক কিৱক্লবদা মানা অজ্ঞা কৃষ্ণগী মনাক্তা কৱম্না হিংলমখিগণী? অত্তুম ওইত্তনসু মানা হল্লক্পগী ৱাফমদি ঐখোয়গা তান্নফম্ থোক্কে। মত্তদি মশাগী ৱানি। ঐদা নত্তনা নংনসু মাবু হুংশিৱমগনি হায়না থল্লি। মাগী অনা-অয়েক্ থোৱক্-পদা ঐ লৈৱি। ঐনা ঙম্বা ইতেং পাংগনি। অত্তুগা মানা মপামদা

হল্লক্পগী ৱাদি ঐ তাবা ফাওবা পামদে। শ্যামকহ্নাইগী ৱাদি কৱি হায়ৱ ?

—মপামদা চৎলো হায়ৱমাল্লে।

—মানা শ্যামবু ফাবা ওমজত্রবদি ; ঐগী উপায় কৱি লৈ! পুন্নমক শ্যামদা লৈৱে।

## ৪

ফুমিংপুন্দি চুমই, লৈপাকপোকপনি হনুমান ঠাকুর খুরুম্বা চৎলুগে গোপীবু থম্বিরমউ হায়বা মমোগী রাক্ষস অহু কৃষ্ণদাসকী মফমদদি মরো লৈনা থোক্ই। মরমদি গাড়িগী রা য়াউদে। চাক্ ঊশিংগী থোরাং তোঞ্রিঙৈদা ভস্তানা মহাবলী য়োথোক্উবগী রা হায়রগা চন্দ্রাবলীনা চাক্থুমদা এঙ্গাং মথেল লোঙ্থৎলম্বন্থু উবদা রাধিকাস্থু ভক্ই। অহুবু মথোয়গী চিংনবা অহুদি মমোদা তরং তরং উৎপা পামদবনা তুমিন্না লৈবা তারমই। লাই খুরুম্বা চৎপগী রাক্ষস অসি শ্যামকহ্নাইগা তানরমগদবা মচুন্দি খঙ্ত্রে। শ্যামদি নোংঙানবদগী মফী শেৎলগা থোক্ত্রে। লাই খুরুম্ববু ওইরবস্থু, কুম্মে য়েংবগীবু ওইরবস্থু মহোশাগী মহোশা

গোপীদি মপুবোক্তা লোয়ননা চৎমিন্নখ্রে। চন্দ্রাবলী মাঙোল উখোক্লেন্দা মচানা চৎখিবা মাইকৈ য়েংহৃদা লেপহৌই। অয়ুক্কী পুং মাপল তারকপদা রাধিকানা চাকশঙদা চঙ.উবদা চাক্ খিবা লোইরম্লে। রাই-রম নিংথিজনা শিৎচিন্ খোমজিল্লম্লে। চাইতেং-কোত্তা য়াওরিবা ঈশিং অশাবহুস্ মনিল কারি। চাকুঙন চাবদা মতম শাংজিল্লক্লবনিনা রাধিকাসু চাইথবা থোকখ্রে চন্দন থিনবা লে ইরংনা চাকথুমদা চংলকপদা চন্দ্রাবলী চাকথুমদা লৈরমদে। মাগী পুখমহু থাংদোক্লগা মমৌবু চাক্ চামিন্নবা কৌশল্লমই। চন্দ্রাবলীদি থুম্লক্তরে। মহাবলীদদি মতোমতা করম্মা চৎকনি। চৎলমখিরোই হায়বগী রাখলদা রাধিকানা মৌবু নম্কো কৌরমই।

ফনা হৌনা কৌরবা ফাওবদা থুম্লকত্রবহৃদা রাধিকাহু চাক চাবা তোকতুনা মমৌবু থিবা তারমই। অহানবদা য়েংই য়েনখা। মথংদা মমৌগী কা। অহৃদগী মফি মরোল মশীং শুবরা থিরকই। উপুগী শো শ্যামগী মোন মখাদা লৈরমই। ফনেক্ ময়েক্ নাইবা রাৎলে। হেনবেগ, শেন্দল, লীক্, ফুরিৎ ......মথং মথং লৈরমদবা উরক্লে। ড্রেসিং টেবল মথক্তা মেকপকী মপোৎ মচৈ ইচায় চায়না লৈরম্বহৃ উবদা রাধিকা মপান্দা চেম্থোরক্লে। কোম্থোং রাংমা লাম্থোকতুনা সরক্ য়েংউরে। হঞ্জিল্লক্লগা অরাংগী ইংবুঙো কৌরগা হায়রমই :– হোটেলদগী অজ্ঞা অমুক্ত কৌরু। হৌজিকমক্ লাক্তবা য়াদে হায়য়ু!

গোপীগা লোয়ননা কৃষ্ণ থুংলরে। চেন্ন চেন্না লাকপনি। মর মপী হোল্লি। মরম তাক্তনা হৌজিকমক্ হায়বা রাকম্ অহৃদা মমৌগী ফত্তহুংদা থোক্লবরা চিংনরুই। অশি অনাগীদি ওইরমদ্রে।

মরমবুদি মমৌগীনি। মমৌ মাঙংখ্রে। কৃষ্ণদাসনা খর হোন্নরগা হায়রকই :—করম্বা তাল্লক্ত চংখ্রিবা! মমা নংবু কদৌহৌবগে?

মতৈ-মনাও খংনক্তনা করি ফল ফংগনি? চন্দ্রাবলীনা মাঙ-খিবদি পুং অমা কল্লপ তৌরে। গোপীবু রাধিকাদা শিন্নরগা কৃষ্ণদাস হোটেল তম্না জীপ থোরক্লে। হোটেলদগী শ্যামদা টেলে-ফোন্না পাউ খঙ্হনখ্রে।

শ্যামনা খুম্মকৃই :—লাই খুরুম্বা চংকনি হায়রম্মবদি লাই খুরুম্বা চংলম্বস্থ য়াই

টেলেফোন থম্লগা শ্যামনা,—অশোয় অঙাম য়াউদনা মযুম য়ৌখ্রবদি হুঙায়খ্রনিদা লম্বিদা খুদোং চাদবা থোক্কবা ওইসহ্।

অহুমকপু পাউ অত্ত তাবদা শ্যামগী মায়থোং মকশম্মবদি নত্তে। প্রোফেসার গোকুলচান্দ শ্যামগী মনাক্ত প্র প্রব চংশিল্লরুগা হায়-রকই,— ভায়হোয়গী অঙাং মমা মাঙ্খ্রে হায়হনা থি-নহৌই। ভায় পাউ তাখ্রিবরা?

—পাউ ফংজরে।

—অত্থগা হৌজিক ফাওবা ভায়না নঙ্থরমইবসিনা করিনো?

—চংখিফম খঙবা মীবু থিরুফম খোকপরনে ভায়? কৌরু-বদি য়ায়।

—ও অত্থরা। ময়াম্না য়াম্না রানহৌবহৃদা হায়জবনি।

ছুটি লৌরগা শ্যাম কলেজদগী চংখ্রে। লম্বীদা,—তৌফম থোকপা তৌগে হায়না খঙবা থবক অহ পাংথোক্লগদা ঐগী মায় পাকপা হায়বহ ওইগদবনি হায়না খল্লম্বসি লাল্লগদরা? প্রচার য়াওদনা জয় ওইবদি ঐতগী য়ানি। লৈবাকনা শক খঙবিরোই, অসিরা। করে হৌজিক ঐ থোনা ফবা মী অমা

ওইরগে। মন্থদা ঐগী করি ওইজবা ফংগনি ? মীগী রাস্থ থোইদোক্তে, ঐগী রাস্থ হোত্রে অহল-লমনগী ফিকম করি ওইগনি ? গোপালগী পুন্সিনা কমদোবা ! হৌজিক্তি ঐনা তৌরুবা থবক্কীদমক্ ইশাবু ডিক্ফেন তৌজবা তাই পুংলোনগী মতুংইন্না জগোয় শাবনা চুম্লে। ভুমিন্না লৈবদনা ঐগী পাউথুম ওইরগে।

মাইকৈ থুদিং থোরুরে। মহাবলীস্থ য়োরুরে কৃষ্ণনা চন্দ্রাবলীবু থিবা ফংদরে মমৈদা বামোন গোপালগী মযুমদ মাগী জীপতু চুমজিং থোজিল্লক্লে। অঙক্পনি, অজ্ঞ কৃষ্ণ রা ভাংকম খঙখিদরে। শূমাংদা উচুকুম লেপতুনা লৈরে।

বামোন গোপালগী শুমাংদগী থুনা য়াংনা থোরক্লগা য়ুমথং-নবা মীদা কৃষ্ণনা গোপালগী মরমদা রা হংবা হৌরকই। কনানস্থ মাগী মরমদা শুগায়না হায়রক্লে। অমথক্তংনদি খুমলকই। – বামোন গোপাল মতৈ মনাওসি কছারদগীনি কছার করি খুন্দগী না হায়বস্থ খঙদে কুপ্না হংবদা মখোয়না লৈরম্বা য়ুম অংস্থ ভরাদা রাইবা ওইরম্লে। মাগী মচিঞ্চাক মতাদ্রনা য়ুনথংনবনা থীবা ফাওবা গোপালসি বামোননি হায়নিংদবগুম তৌই গোপালগী মরুপ মপাংগী মরমদা অমুক্ হংই। লৈকাহ মচাগা কয়া তিন্নদে হায়বদগী হেন্না অকুপ্পা মরম খঙদরে। হংজিল্লরগা অজ্ঞ কৃষ্ণন-বুধি মমশিল্লক্লে। থম্থরুরগা হুংশা পিবস্থ পোক্লে। হুমিং তরং তরং থোক্লিবা অয়ুক্ অত্তদা অজ্ঞ কৃষ্ণ মংগা তাইবঙগা খেন্নবা খঙজিল্লকত্রে। চিংনবা মিংয়েংগা লোয়ননা গোপালগী শো লোল্লবা থোঙ্ অন্থদা মুন্না য়েংলমলগা কৃষ্ণ ইয়ার কি তম্না লাক্লে।

পেসিজরগী লিষ্ট য়েংশুবদদি খঙলে। গোপাল মতৈ-

মনাও মমৌ চন্দ্রাবলীগা লোয়ননা শিংচরদা চংখ্রে। অজ্ঞা কৃষ্ণনা অকাশতা য়েংখৎখিবা মতমদদি নোংমদোল খেৎনা পেসেন-জর প্লেন অহু কছার তম্না পাইখরে

মপুক্লিংদদি খোয়রাঙ্ খোয়শাউরে। শাউনিংবসু লোইরে। গতি লৈতবনা মখুৎ থেক্কুনা খাঙ লে। হুংথিল চুপ্পা টেলিফোন্না শ্যাম্ থিবসু ফংদরে। রাধিকা চাক্ য়াতোন্ তংবংদগী অমুক্ চা'নংবগী রাখল লৈতরে। কৃষ্ণদাসকিদি একাদশী শেংলে। চা ফাওবা নিংশিংখিদরে। মপুবোক্কা ফনা চ'ন্নংনসু চহি অনিদা ভায়বিবা গোপীনি। অঙাংগী হৌনশা নোংমগী মনুংদা মমা অমুক্ উদবদা করম্না থেপ্পা য়াগনি? অহুগীসু মথক্ত কেথোক্-মৌথোক্না য়োকপনি। মমা উন্ননিংবগী নিংঙাইদা রসগুলা অমদি শঙ্গোম্না করি তৌকনী? গোপী কপ্পা থেন্নদা হুমিৎ তাখিবা খঙ হৌদ্রে পিতাফমদা মপি তরং তরং চেন্না চেন্না তুমথব্রবা মশূগী মনাক্তা কৃষ্ণগা রাধিকাগা চিন্তা পুরি। চাক্ থোংবগী রা খন্নখিদরে। হুমদাংগী পুং তরা তাশিনখ্রবা ফাওবা শ্যামকহ্নাইসু হঞ্জিল্লকতরে। অজ্ঞা কৃষ্ণ ইমুংদা লৈবা ঙম্লগুরে। অঙাওবা মীগুম মপান্দা কোইচৎ চৎতুনা লৈরে।

ইমুংগী মী লোয়না হিপ্ন-তুম্নরম্মনি খন্দুনা হঞ্জিল্লকপদা সু-মাঙদা মপাবুং লেপতুনা লৈরম্বহ উবদা শ্যাম মখোঙ্ কারন্ চনবা থরা ফৈ। মপানা হংলকত্রিঙৈদা মানা শাউরপ্পা হংলকুই,—থিবা ফংত্রবরা?

—বামোন গোপালগা লোয়ননা কছার য়োখিরম্বা তারে।

—কছারবু য়োখ্রবদি ফরেনে।

রা মথা অমুক্ তারমদনা মাগী কাদা চংখ্রে। ফিভম্ শেমহনা

মফি হোংলিডৈদা মমাগা মপাগা ফুজিল্লক্লে। হংগদৌরিবা রাহংহু শ্যামনা থৈদোক্লবা হোৎনরক্ই, —বোঙ্গ তুমখ্রবরা ?

– চাক্লগা অমত্তা চাও হায়বা য়াদে কপ্লম্বদগী তুমখিবনি

—করি হায়নরুবদগী চৎখ্রিনো ? অসিগুম্বা মথোঙ. মরম খঙ.দবা থবক্ অসি ওস্থোক্লা পামখিদ্রেদা !

শ্যামকহ্নাইনহুম তখৎলক্ই। মচাগী ইচঙ. থোবা মানবা রাঙা° অসি তাবদা মপাগা মমাগদি হুইঙক্ য়েনঙক্ চারে। কৃষ্ণনা রাধিকাবু চিংনরে। রাধিকানা মতোমতা চিংনজরকই। মানা করি অকায়বা হায়খ্রবগে ?

—অত্তবু নিপামচা ! মমানা রা নঙ.থরক্লে হোৎনরক্ই।

– অত্ত অদা ঐ খঙদে ইমা ! মরী মখোঙ. খঙ.দবা নীগা করম্না ইমাহোয়না ভাই-শেন ওইরুরিবনো ? অজ্ঞা গোপালগী মরমদা কুপ্পা থিগৎপিয়ু চন্দ্রাগী লৈফম শোয়দনা খঙ.গনি। মরম লৈতনা পিক্লিবা মচাবু হুস্তোক্লমহ্না মমা অমনা হেক্ত চেন্‌খিবা হৌনদে। হয়েংদি অয়ুক ঙন্না হোগদবনি, এন সি সিগী পেরেট লৈ। ঐ পোখানবা তৌরগে।

—চাক্তি !

—চানিংদরে।

মানা ঙমহুনা তুমহৌরে। মমাগা মপাগা দণ্ডিনা থোরক্লে। সংসারগী রাখলগী মমি তাত্রিবা গোপীগী মাইথোংহু উবদা কৃষ্ণগী পিগী ধারা শিম্বরক্লে। মমৌ চন্দ্রাবলীবু কৌহ্না রাধিকা হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে। কায়নবদা পিরাং শিম্বনরিবসি হুংশিনবগী খুদম্না ? অমত্তা ওইবগী রাফম্না ? অদুগা থৈজুপ মহুংদা শ্যামনা থাঙ.লিবা মোন অহু পিতনা চোৎলিবসিনা করিগীনো ? মসিনা মাগী মরালগী

প্রায়শ্চিৎলা ? চন্দ্রাবলীগী রাখল তৌরুরগা শ্যাম মখা কৃক্ কৃক্ চিক্ই। খুতুম চেৎনা পায়শিল্লি। অদুবু করি তৌগদগে খঙ্‌দবনা মকোক্ খোত্তুনা খাঙ্‌ই।

অহিং চুপ্পা শ্যাম তুম্বা য়াদরে। গোপী কপ্প্‌বাইদা নিংই! অমুক্সু নিংশিংই চন্দ্রাবলী। মাবু ময়ুম শোয়দনা য়োরম্লগদরা ? মীগীদমক্সু রাবিরুরি। গোপালগী তুংগী পুক্সিনা কমদোবা। চন্দ্রা চৎগ্রবনি হায়দুনা মহাজনদা টেলিগ্রামবুদি তৌগ্রবনি। অদুবু পাউদি দ্দরি। শ্যামনা, রাখলদা মকোক্ ঙাওরক্রবদা হায়রক্ই, — লানফম ময়ায়দা বুদ্ধি মাঙ্‌লক্পসিদি ঐ মতিক-চাব্বা সেনানি! হৌজিক্ গীতা নিংশিংবগী মতম লাক্লে। সারথী শ্রীকৃষ্ণগুম্বা অগা দরকার ওইরে। শাস্ত্রগী মতুংইন্না লানফম ময়ায়দা থুংলায় থাবা য়াদে। ঐ চন্দ্রাবলীগা কায়নবা য়াদে। ইখুত্তা পায়রম্বা ঐগী ওইরম্বা থুংলায়বু ঐনা করিগী মীগী মখুত্তা অমুক্ চনহনৃগ্রবা ? ও, মাগী অনোবা শক্লোন অমদি পুক্সিগী পর্দ্দা হায়দোক্তনা হান্নগী শক্ফম হঙ্গিল্লম্লগদরা! অদু ওইরবদি সর্ব্বনাস ওইরেদকো!

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মঙ্গ্‌ল্তী কাংসি য়ৈথরে। কাকী খোন-জেলনা অগুক থুংশিবর্সিদি শ্যামগী মফমদদি ঙসি মঙায়রি। থুংশি মপাউ ওইরবোই নিংলুরে। য়েংখিবা মাইকৈ থুদিংদা চন্দ্রাদবু উরে। খোঞ্জেল থুদিংমক্ চন্দ্রাগী মপাউখোলতমক্ ঙায়থরে। মখুৎ ওইগী থুবাংনা মমায় মমিৎপু হন্না হন্না নোইরদুনা শ্যামনা অনোবা আশা অনোবা পাঙ্গল খোমজিনবা হোৎনরি। নোং ঙাল্লে। অয়ুক্ থুংথিল থুমিদাং মথং মথং লৈ। অদুগুম্না লৈপাক্-পোক্পা য়ুমশাকৈশা শগোলশেন মথং মথংসু লৈ। মথং মথং

হৌখি। ময়ুমদা হঞ্জিন্দনবা ফনা হোৎনজে গোপীগী রাখলনা ময়ুমদা খুৎলাম তোয়না কৌরি। মমা মপানা মখোঙ্ মখুৎ শিৎ তিংথোক্তুনা মশূবু কোন্দুনা লৈবত্ত শ্যাম উদা-খঙ্দবা নত্তে। অত্তবু শ্যামনা চন্দ্রাগী লৈফম তাকত্রি। শ্যামনা চাফম-থকফম খঙ্দনা ঙাওচৎনত্তনা লৈরকপসি মমা মপানা করম্না খঙ্লোয়। মচাগী অরাবা মমা মপানা করম্না য়েংহ্নুনা লৈগনি। হুমিৎ শিংবুম কয়ানি ফাওবা কছারদা চত্তুনা চন্দ্রাবলীগী খেঙ্গুস লীরুচো হায়বস্থু থওইনা তাসিন্নদবা, মা চৎতুনা থিরুগে হায়বস্থু থিরুহ্নু মখাপ্না, মমৈদদি অজ্ঞা কৃষ্ণহ্ মচাবু শাউদবা ঙম্লরে নমফুদা রাহং অমা হংলকই ঃ

--নং গোপীগা মমাগা ভশেংনা কায়নহনগে খল্লেদনা। দোষা য়াউদনা মৈ করম্না ঙাংনগনি? থাউমৈগা চৈংঙালগা খাদ-দোক্পবা হোৎনবসিদি ধর্ম্ম লৈমগ্রে ইমৌগী লৈফম তাকউ।

মমা রাধিকানস্থু হ য়ুজিল্লকই, —তৌগনু নিপামচা পুক্‌চেল অত্তক খাবা হৌনদে। ইমৌগা নংগা ঙাংনরকইব স কুইনে। নুথরাইনা খোইদাজ্রবস্থু মা গোপীগী মমানি। ইনুং অসিগী মৌন। ইমৌ অত্তগী মাঙ্লমচৎকী পুন্সিদা নংগী পেন্দা কয়া লৈরম্বদি য়াই। অত্তবু ঐখোয়গী ইমিৎনা উদে, ইনানা তাদে; ঙসি ফাওবগী মহুংদা ইমৌগী ফত্তবা থেংনগ্রি মনেম মকুদা ব্যাহার বায়জদবী ইমৌনি! নংনা নিপা হায়বহ্নুনি। মাগী মরাল কয়াহ্ন নংনা ঙাকপিফম থোকই। মমাগা মচাগা কায়নহনবা হায়বসি ফত্তে। মসি মহা পাপনি।

—ইমা, মা ঐগা খৎনরগা চৎখিবা নত্তে। শ্যামনা খুমই।

—মত কৈদৌঙুংদস্নু ওইথোক্লোয়। পিক্লিবা খোয়গী মচাৰ হন্তোক্লম্লগা মমা অমনা চৎখিবা হায়বসি অৱায়বা ৱাকম্ নত্তে। মৱম শোয়দনা লৈফম থোক্ইই। মতদি নঙ্দনা খঙ গনী।

—মৱম হায়বৰু ইমাগা পাবুংগৰ কিবদগীদমক্ত চেন্থিবনি।

—মৱমদি?

—মাদি ইমা অমদি পাবগী মমৌ ওইবা য়াবা হুপী নত্তে।

— হায়বদি, ঐখোয়গী ইচানিপানা পামজ্রবা গুপীনি অসিরা?

—ঐবুদি খঙ্না খঙ্না লোবনি। অহনা খাঙ্বদা খোইনা ৱানা থোক্তে। মানা মপামদা চেন্খিবসিগী মৱম খঙ্লকপদা ইমাগা পাবগনা মাবু অমুক্ হন্না হুংশিবিবা ওইথোক্তে। মাবু হু তৱেৎতগী হেন্না থারকনি।

অজ্ঞা কৃষ্ণ মমিৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌই। ঠৌৱাণানদি ৱাখল অমৱোমদা পুই। ৱাধিকানা হায়ৱকই, —নংদি তারিৱোই মানা হায়নৱিবসে! মচা মশু পোক্না লৈজৱবী মমৌ অসিবু মনেম মকু অসিনা ফৎমন্দবদগী হেক্ খায়নহনখিদা। ওন্থোক্লস্নু ধর্ম্ম লৈমনদে। মচা ফাওবা হেক্ মুনবিহৌই। ইনাক্ কৈৱাক্ খুনবা ইমুংদা লাইৱবা ইমুংগী নিঙোলনা মৌ ওইরুবা হোনদে। কৱিগী ঐখোয়বু নংগী পেন্দবা খৱগীদমক্ত অমুক থীনা বদনাম্ তৌহল্লিবনো?

—পুন্নমক্ অমত্তা নত্তে ইমা। মীনা অহুম্না পাউথোক্পিবা তারবদি ঐখোয়গী লাইবক্ ফবনি।

শ্যামগী ৱা তাবদা ৱাধিকা মথৱায় হুংঙায়তে। মৱাল লৈজদবী মমৌবু হন্দুনা ঙাংবা মা পামদে। চন্দ্রাবলীনা মচা উনিংবগী ৱাখলনা অঙাওবীগুম লৈৱমগদবহ খল্লুবদা মা কণ্ডবা

ঙমদে। চন্দ্রাবলীগী মরাল হুমিৎ থুদিংগী হংলি। মপাগা মমা-গগী রাহংগী মায়োক্ত অমদি মমা কায়নরবা মচা গোপীগী তুশোন নাওশোন্নবগী মতৌগ্ত উবদা শ্যাম্ পোথাফম্ লৈরকত্রে পিক্লিবা গোপীনা মমা কৌহুনা কপলুরগা ফুবীগদরা কিহুনা শ্যামদা তিঙক্ তিঙক্ য়েংহুনা লৈবহু উবদা শ্যাম মপুক্লিং হুংশিরকই। মচাবু চেৎনা কোল্লগা মপাল্লোমদা পুথোক্খরে। মচাবু পম্না পম্না শ্যামনা হায়রকই :

– চন্দ্রাবু নিংশিংলুরগন্থ ইমা। মাগী মরাল মতুংদা থঙ-লক্কনি। গোপীবু হুংশিবিরগনা মাগী মরালসি কোকপিনবগী-দমক্ শেম্ শাবিয়ু। ঐগীদমক্তি পুম্নমক্ ঐগী ইরালনি।

অজ্ঞা কৃষ্ণনা রাধিকাদা মুন্না য়েংলকই।

# ৫

সন্ধ্যা য়াচংলকপদা গোপালগা লোয়ননা চন্দ্রাবলীনা মহাজনগী শুমাংদা মুর্ত্তি ওইনা লেপ্লবহ্ উবদা মহাজনগ্ ভুট, লাইরেন ওক্লবহ্ ঙাইরে। মমিং কুপকনি হায়বা কাউই। ন্না ঙাংবা থোক্তরে। পুংপঙ্ পঙ্শিনখ্রে। চন্দ্রাস্ তরাম তরাম কৌরকত্রবগ্দদি ইমুংদা চংশিনবা ঙমদরে। মপান্দা লেপতূনা লৈরে। গোপালদি ভাবক্ত ময়া কারে। মহাজনূনা কোইলৈ লৈহ্না য়েংলকপহ্ উবদা চন্দ্রানা হায়রকৃই, —ঐনা লাকপদা অজ্ঞাদি যুমদা লৈহোদে।

—নখোয় হরান্দুনা চেল্লকইবরা!

চন্দ্রানা ইচঙ্ থৌনা খুমই, —মান্নি।

— করি মরমগী ? মহাজনগী রাহংস্থ তাবদা মমা তুমিন্না লৈ অঙাং য়াওরক্তবস্থ উবদা মমাদি সুংশা থীরে। মাসু হংনিংই। অস্থবু মপুরোইবনা য়্রা ঙাংলিঙৈদা মনাইসুবীনা করম্না য়া কাথংলুগনি। মথৌনি হায়বসু খঙ্দা নিপানা রা ঙাংলিঙৈদা মথোঙ্ মরম খঙ্দনা চক্ চক্ ঙাংবী সুপীদি কনানসু অরেম্বা ওইনা শীংথানদে। মপুরোইবনা অস্তগুম্বা সুপীস্থবু তত্তনা চৈ থাংই। মসিদি অঙাওবীনি। কৈরোই লৈকাইনা হায়নৈ অসুক মচিন্ কনবী সুপীদি ইমানা পোকপদগী উজ্রি। মরা ফাওবা হেক্ চাথোক্কে তৌইদা ! মী য়াম্না তিল্লগা রা য়াম্না ঙাংজনিংবী সুপীদি তত্তনা চোপ্পা নংই। অস্থনা মহাজনগী হাওসুবীদো গোপাল ওনখরে।

- নথোয়না তৌরকইসি করিনো ? ঐ মসিগুম্বা শাজৎ লমচত্তি পামদে। য়ুম পাল্লবী সুপী অমগী লমচৎ নত্তে। শামনা করি খল্লমগনি ; ময়াম্না করি হায়নরমগনি ! ঐনা নহান্না হায়রস্রা মসি নংগী থবক্ নত্তে হায়না !

— তাক্পিথিবা অপুম্বা ঙসি ফাওবা কাউজদ্রি। নচা মাখলনা তায়োন্নথিবনা ঙসি ফাওবা খাঙ্দ্রনা লৈজরকপনি অস্থবু হৌজিক্কি মসি নত্তনা করি উপাই লরিবগে ?

চন্দ্রাবল্লীগী মশক্ উবদা হরাওগদরা হায়রগা মহাজনদি তশেংনা শাউরে। হায়রকুই, — তৌগনি হায়না তৌরুরবা থবক্তা মায় ওন্দুনা চেল্লকুপসিদি ঐগী মায়দা কালি তৈশিনবানি। হায়য়ু, কনানা নংবু চৎলো হায়রকই ?

— কনানসু ঐবু তাল্লকুপা নত্তে। ঐনা লাম্নুবনা ইতোমতা ইকায়জরকই। অচুম্বগী মমাংদা অয়ানবনা কয়া কুইনা লেপ্পা

ঙমগনি ! পাবা ! ঐনা লঙ জখিবা পাপ অসিবু করিনা কোকৃপা য়াগদগে ? ইমা ! ঐ ঙসিগী চাক্ চারক্তি। ইমা, ঐখোয় গোপীছ কমদোৗরমগদগে ! মাদি য়াম্না নিঙাই চাউবনি। শোয়দনা কপ্লম্লগনি। থেম্বদা য়ারমক্রবদি করম তৌরমগদগে ?

—থবক্ হায়বসি থোকত্রিঙৈদা ব্লাখল তৌহৌগদবনি। হৌশ্রবগীদমক্ নুংনাংগদবা নত্তে। নংস্থ নুপীমচা অমনি ঙম্লগনি হায়ত্তনা লাইবক্ য়েংলুরবা নত্রা নংনা কপশিন লাওশিন্নরগা ঐ পঙথগদবা নত্তে। নং ইমুং অসিদগী থোকখ্রবনি অমুক হন্না চংলকপা য়াররোই। ইবুংঙো গোপাল, নংগীদা নত্তে ঐস্থ নঙ্গা শামিন্নগদবা ব্লারি কোঙ্গাই লৈ। অংবু মী উত্রি থঙত্রিঙৈদা নখোয় থোকখ্রো চৎমিন্নখরো বোরবিনগী অজ্ঞা বিবিষন্গী ময়ুমদা লরমউ শ্যামগী টোলগ্রাম ফংবদগী ঐনা পাউ চেন-খ্রবনি নখোয়গী লৈফম চাফম পুম্নমক্ মানা থোরাং তৌরম্লগনি। মনিনূ থোকৃপা য়াবা নত্তে। চেকৃশিন্না লৈগদবনি মমা নংনা কপইহনা করিগীনো ? মতম অমদা নংগী নচা ওইনা নথাচুংদা চাউখিবী ওইরবস্থ হৌজিক্তি মাস্থ নংগুম্বীনি। মীগী ওইখ্রবনি। মশক উবা ফংলিবসি নংগিদি লাইবক্ ফবনি। নখোয় থেঙ্খ্রনি চৎলো।

মখোয় শুমাংদগী অহুম হনহনখ্রে। ইমুং চংহনখিদে। মমাগা মচাগা ফাওবা শোক্ল-শন্নহনখিদে অসিগুম্বা মহাজনগী থোদোসি উরগা মমা ওইবী মানা কয়া কুইনা কপ্পুনা লৈগনি। ময়ুম পানখ্রবী হুপীনা মপামদা মাগী স্বত করম্না কয়ামুক ইচঙ্ থৌনা তাম্লবা য়াগনি। হুংশিরবী মমাগী মনাক্তা ওইনজহনা গোপী কায়নবগী মৈচাক ঙহাক্ থাঙ্জগদবস্থ মহাজননা তাম্বোকপিরক্লব-

তুদদি চত্তবা য়াদহুনা চৎখ্রে। চন্দ্রাবলীগী পুন্সি, কায়দোংফম থঙ্জবী নোংলৈনা মহুম হুমদোকপিগ্রবী চেক্লাগী মপোক্ ওইরে। কোয়না পাইবা ঙম্বগী শক্তি লৈরকত্রবা মতমদা মালেম থঙ তারক্লগদবনি। হুঈ হৌদোংগী মচিঞ্জাক্ ওইরগনি। অসুক্ তোপ্লি মপাঙ লগী কায়নববী চেক্লাচা!

হুপীগী রাখল অঙকপশিংগী মরক্তা অমনি। মপামদা চৎলগে হায়না চপ্ য়ুংনা খল্লকপা মঙমদা মপুক্তগী তাবা মচা ফাওবা নিংশিংদবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈ। মপাম য়োবা ফাওবনা ইমুংগী মী তান্নরক্কদরা হায়বগী রাখলদা অরাম্ খোরাংবা ফাওবা পোক্লে। মপাম হেক্ য়োবদগীদি মপুবোইবা নিংশিংলক্লে ইমংগী ওইরমগদবা ফিভম উবকই। মপাবোইবগী ময়ুমদা লৈহৌরবা মচাহুগীদমক্ হুমিৎচুপ্পা কপ্পুনদা লৈবা ঙমই গ্লাস থাঙ্গৎলুবদদা, চাকলুক্ মপান্দা ফম্বদা, মচাগী রাখল মিকুপ অমগী মহুংদা য়োরকই। মবুক থন্না পিজ পিথক্ তোঠনা হুঙায়না তুমখুল তাল্লম্নগদবা মচাহ করিনত্তা চাদ-থক্ননা কপ্পুনা লৈরমগনি হায়বগী রাখলদা চাকলুক্ মপান্দা ফম্নগা মপি তরং তরং শিন্থহনা কপহুনা লৈবা ঙমই পিক্লিবা অঙাংনা অহিংগী পুং তরা ফাওবা তুম্দনা লৈবা হায়বসি থাজবগী রাংমদা লৈবা রাফম্নি। অদুবু নোংয়াই চবুক্ লোন্খ্রবা ফাওবা মচা কায়নরবী হুপীদি মিশেল থাঙহুনা মচাগী রাখল তোঠনা ফম্বা ঙমই। খোম্লাংনস্থ মমা অমগী মফমদদি মচাবু নিংশিংনবগী ঘড়ী অমনি চন্দ্রাবলী অতৈ রাখল তুংওইনখ্রে। হুমিৎ খুদিং পুংজা খুদিং গোপী লৌবিরুচোদা হায়হুনা লৈরে। পোষ্টমেন্না চিঠি পুরক্তবগীসু পংশাউদা শাউরি। সড়কলোমদা য়েংহ্নতা লৈ। মশম মনা হাংখিদরে। মফি

অফমা শেং খিদরে। অচিকপদা মতোমতা ফয়গা রাখল থন্বা অগ্গা কপ্পা। মসিনা মাগী মশিঙ্গাং ওইখরে মমৈদদি মাস্ত ভাগ ভারক্রে। ফোংদোকৃবা অরাবসি খাঙ্ডনদনা য়াম্র। অদুনা ফোংদে কপগী মত্তাং ওইরে। কুমলায়নানা চহি কয়া পত্তুনা লৈরবা অনাবা মীনা শিজরগে খন্দুনা চানিংবা পোৎ অফ-ফত্তগী রাখল থাদোক্তুনা চাশিনবগুম অমদি ময়া পোম্বা মীনা চিক্পনা খাঙ্বা ঙম্নকএবা মতমদা মতোমতা অগোম্বহু অফঙবা খুৎলায়না থিনগাইজবগুম্ চন্দ্রাবলী মখুত্তা কলম্ পায়খৎখরে। চেবাংথক্ত মাগী শক্তম য়েক্পা হৌরক্লে। মানা ইবা চিঠি অহু ডাকঘরগী উপু মহুং য়োম্রবা মতুংদদি মশাহু চেং থৈবগুম নিক্পা হৌরক্লে। মমিৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবা হৌরক্লে। হৌজিক্ত চন্দ্রাবলী চপ চাবা লাইনিংবী ওইরে

গোপাল, মপুন্জি চুপ্পগী ওইনা ইস্ফালগী রাখল থাদোক্লে। মহাজনগী মরুম থুপ্পা কারবার তেক্ তেক্ তৌদুনা মপুন্জি লেন্নবা হোৎনখরে। চন্দ্রাবলীবু শেন্নবগী দরকার ওইরকত্রবসিদা মথোয়স্নু মথোয়গী লম্বেল য়েংজখরে। চন্দ্রাগী চন্দ্রানা থোকপা। মথোয়না মথোয়গী। চন্দ্রানদি বামোন গোপাল মতৈ-মনাওবু মঙোন্দগী থক্ লাপথোকহন্নিংদে। মহাজনস্নু মচাবু থাদোকহন্নিংদে। অদুবু মীগীদমক্ কনানা কয়া শাংনা মতম মাঙ্বা ঙম্নগনি? চন্দ্রাবলী নাইতোম্ তাহৌরে নাইতোম্ তাহৌরবী চেক্লা লম্মাংনবা হৌনশানি। মপা লৈ থাপ্পা পাম্বোমদমক্ তিংলি। অপোক্পী মমা হিংলি থম্মোয়হুংদদা মচাবু চেৎনা কোল্লি। মচা ফংই মথাহুংদগী মুনবিহৌরে। মপুরোইবা ফংই কনা? চন্দ্রাবলীনা মতোমতা হংজরক্ই, — মসিবু ঐগী করি ইরালননো?

মশানসু হংজে মাগী মরাল। মচিন্নসু ততুনা হায় মাগী মরালনি। মশাগী ফিরেপ ফাওবা মশানা লেপচবা ঙমজদে। কয়াদা শোঞ্জখ্রবা হুপীগী মপোক্কো? মপুরোইবগী মতুং ইনবা ফাওবা দং দং চচ্চবা ঙমদ্রি। মখোয়সিনসু ততুনা লাউরি। নিপাগা হুপীগা করিদা খেন্নরিবগে? খেন্নে খঙনা খঙনা হংলিবনি। করিনা পাউখুম পিগনি?

মখোয়সু তায়। কৃষ্ণ হায়বা রাইহে সিগী মমাংদা ইবি রাধা। রামগী নাম্ শোনবদা সীতা হান্না শোন্নরি। মখোয়সু নিপাদোনা শম্ তেন্না কক্পা য়াই। নিপাগী ফিজেৎ শেৎলে। নিপানা তৌবা ঙম্বা থবক্ হুপীসু ঙম্ই। গান্ধীজীনসু থাজে—অখাঙ্ কন্বা মীগী পোম্মিৎ উগনবা, খজিক্তং তাকপদা হৈগনবা হায়বা শক্তিসিং অসি নিপাদগী হুপীদনা হেন্না ঈশ্বরনা পিনবিরকই। অচূম্বা ওইনা হায়নরি। হুপীবু অরাংবা থাক্তা থম্লিবা সমাজ অহু চাওখৎলবা সমাজনি। হুপীবু ব্যবহার মতিকচানা তৌবিন্দ্রবা লৈবাক্ অহু লৈখা তাগদবা কুইগবনি মসিনরা নিপা হুপী চপ মান্নে হায়গদৌরিবসে। হুপীবু লুনা চান্না তৌবিবা হায়বসি হৌনশানি হুপীবু লুনা তৌবিবগীদমক্ নিপাগা মান্নবা তারবরা? মত্তুগী রাদি, শন অমদি মাগী লৌবুকপু পুজা তৌনিংঙবা লৌমা অহু কৈ থন্না কৌ হাপ্পা ইনাক কৈরাক খুনবা মশিং য়ামলগলোই। মশাগী গাড়ীবু তকথোক নাম্থোক্লিংঙ্রবা, গাড়ী শেম্বা তল্লবা ড্রাইভরনবু করম্না চাওখৎকনি? ঐখোয়গী হুঈ পে পী হায়বা অমা লৈ, মী চংলকপা খুদিংদ খোংই হুরানবা চংলকপদা তান্নতুনা চিকই, ইংখোলদা শন চংলকপা তাম্থোকই। কয়াদা হুংশিখ্রবা পোপীনো! শন পাবোৎকা লৌমীগা, গাড়ীগা গাড়ী

ওনরগা ঐখোয় পোপীগা গভর্নরগী গেট পুরিবা সনত্রিগা চপ-
মান্নরগদরা ? ইংলণ্ডদা লীগা হুঙ্গীগা করিবু খেন্নবগে ? হুঙ্গীনাও
মচাবু শুনা চান্না তৌরগা লৈতোন লেক্‌ই হায়বাসনা অচুম্বা ওইবা
তারবদি ঐদি হংদবা ঙম্লোই। হৌজিক্কী সমাজ অসিদা নিপাগা
চপ মান্নরবী নুপীশিংসিনা করিগী নিপা ওইনা পোকত্রিবনো ? নুপী
ওইনা করিগী পোক্লকইবনো ? মসিগীশু চাউরবা মরম অমা
শোয়দনা লৈরমগনি। নিপাগা নুপীগা রাইট মান্নে হায়বগী মতাং-
দদি মণিপুরগী য়ুমথোং খুদিংদা নুমিৎ খুদিংগী রাথোক ওইরি।
নুপীনা খুমই ঃ অঙাংবু লোয়দরা, ফৌবু শুগদরা, ইমুংগী মকুপ
মতাসিনা থনানা নোয়খগনি। মসিদবু ঐখোয়না কদায়দগী শেন
খোরুবা থবক্‌ শুরুগদৌরিবনো ? পৈশাদো পুশিল্লকও শীনবীগে।

মবুদ্ধি ললোন্দুনা নিপানি হায়দুনা শেন্‌ তান্‌বা চৎথ্রে।
ময়ুমদা থা খুদিংগী শেন্‌ খাউজাও খাউজাও থারক্লে। নুপীতু মরিক্‌
মকোন্না তেক্‌থরে। নিপাতু লমদা লৈবগা ময়ুমদা লৈবগা লমদনা
খেল্লে ; নুপীনা হায়রক্‌ই ঃ—নংগী অপাখ্বা নুপীতুগা পান্নহৌরো
ঐ চৎলগে। নচা মখৈসি লৌজহৌরো !

নিপানা য়ুমশঙ্‌বা ওইহৌরে। নুপী কৈথেল থোকখ্রে।
শেন্‌ তান্‌বা। পোৎ লৈবা। চেংনা মথায় অমগী, এনশাংনাপী
ঙানা লুপা মঙাগী। খরা লৈরগদি কানিয়াগী দুকান্দা চংখিবদগী
পুং অমা হন্না থোরকত্রে হায়গনা কৈথেলগী মীয়াম্না নুপীতু ফারে
হায়নরক্লে। নিপা-নুপী রাইট মুন্নরিঙেদা চহি অহল ওইশিনখ্রে।
ময়ুম-মকৈ য়োম্বোক্লম্নগা চীংয়া তময়াদা জীবিকা থিবা চৎখরে।
সহর মন্নায়দা লম্নানবা ঙাক্তা ঙায়হৌরে।

মৈতৈ অহলশিংনা অসুম্না হায়নৈ ঈশ্বরনা নিপাদা পিরক্‌পা

থৌদাগা হুপীদা পিরকপা থৌদাগা চপ. মান্নে। হুপীনা মাগী থৌদাহু পাঙথোক্ক্না নিপাগী মতেং পাংবা। নিপানা নিপাগী মথৌ তৌরগা হুপীবু শোগৎপা। অহুগা পুন্সিগী লম্বীদা নিপাগা খুৎশন্নহুনা চৎমিন্নবা। হায়বদি থোং মান্নগদবনি। ষণপোৎ খোইরিবা অমদি ষণগাড়ী চিংলিবা ষণ পাবোৎ অদো অমনা অরনি অমনা তি-তি নি। অহুবু অয়েংবা ঐখোয়দদি চপ মান্ননা উই। নিপা-হুপী থোং মান্ননা পুবা ইমুং অহু হুঙায়না উবনি। হুঙায়বা ইমুংগী য়ুম্মুরেনবী অহুনা মপুরোইবহুবু লাইরবা ইমুংগী হুপীনা মাগী নিপাগ্রদা সেবা তৌ দগী হেন্না লুনা চান্না তৌবনি। মহৃগী আর্থ থিজিনবা ফৈ ঈশ্বরগী মিৎয়েংদবুদি নিপা হুপী চপ্ মান্ননা উই নিপাসু হুপীসু হিংনবগী লম্বিদা অধিকার চপ. মান্ননা লৈ হায়বনি।

লাইরিক হৈবী হুপীমচা ওইহুনসু চন্দ্রাবলীদি নিপাগা চপ. মান্ননা থবক্ তৌবা ঙমগনি হায়বসি থাজদে। ঈশ্বরগী থৌদা য়াউদনা মীওয়বনা থবক্ অমত্তা পাঙ.থোক্পা ঙমদে। হুপীগী ঈশ্বরদি মপুরোইবনি হায়নৈ। অৎনা মপুরোইবগী য়াথং ফংদনা চন্দ্রাবলীনা নিপাথোক্লা থবক্ অমত্তা পায়থৎপা ঙমদরে। তৌফম্ খঙ.দ্রবা মীগী হৌনশা কপ্পুনা মতম লেপ্লি

মমাগা রা তাম্নবদা চন্দ্রানা হায়— শ্যামদসু চিঠি ওইনা হায়জখ্রে। মসিনা মাগী অমত্তা ঙায়রবা আশানি। রাফম অহুদি অসিনি।

—অনিমক্কী মনাক্তা পোথাফম্ ফংদ্রবদি অহুমশুবা অমগী মনাক্তা চৎপা তায়!

## ৬

কৃষ্ণদাসকী ইমুংদা লৈরিবা মী অহুম্মক্ মোৎ তিন্নদরে। পুন্না ফম্মিন্নদুনা রারি শামিন্নখিদবা কুইরে। চাক্ চাবা ফাওবা তোঙান্-তোঙান্। নিপা মখৈন। য়ুমগী মখাদ। ঙহাক্তবু লৈনিংদরে। য়ুমশংঙবী রাধিকা মতোমতা লৈবদা হৈনদবা পোক্লে। মমৌ লাকত্রিভঁদা মতোমতা লৈরমই। ইমুংগী থবক্ মতোমতনা লোইশিনখি। মহুনা মহৌশাগী রানি। নিঙোল অমা নত্রগা মৌ অমা লৈরম্নগা চৎখিবা হায়বসি ইমুং অহু পুমহাং হাঙ.হৌরবোই নিংই। রাধিকানা মেনখৎপদা রানা থোক্লে। হৈনৌজোম য়ুম্বাল ওইরবা মতাং অসিদা মমৌ চন্দ্রাবলীগী মুত্তি থুংলরে। কছারদগী এরোপ্লেন্না পুরকপা পোষ্টমেন্না থিল্লকপা চিঠি অহু

কৃষ্ণদাসনা ফংবা মিকুপ অদুদা ফাক্তোকতুনা পারে। পুথক্তা অমুক্ য়েংই। সহি তৌরিবদু অমুক য়েংই। ইফালদগী শাজিনব। চিঠির। অমুক্ চেক্ তৌই। চিঠিগী মরোল অদু মথং-মথং পাথরকই। অমুঙা লোইনা পাবা ঙমদে মরম্ভা তোয়না লেপই মগী চংখিঙৈদগী হোটেলদা মমায় ওন্সিল্লরবা কৃষ্ণদাসনি চিঠি অদু থুপচিন্দবমখৈ মখুংনা পায়রম্বা ময়ুম য়োরক্লে রাধিকাদসু মরোলদু তাহল্লে। কৃষ্ণদাসতি চিঠিদু পাবদা মখোল নিক্লে। মমিৎ ঈ কারে। রাধিকানা হাৎরকই। কনখা মচোংপাক্ নাইদবা মচানা ইশিল্লকইবা চিঠানো, অসুম্না করেন কথাইনবা হৌনব্রা?

অশাওববু ফাধরগা কৃষ্ণদাসনা হায়ঃ - মসি নিপাগী লাক্লগা খঙগনি।

অজ্ঞাগা ঠৌরাণীগদু থবক্ মনা-অমত্তা শুদনা শ্যামকহ্নাই হঞ্জিল্লক্পা ঙাইহুনা লৈরে। চন্দ্রাবলাগী চিঠি অদু করম্বা মৈনা ওইরুরবনো? শ্যামকহ্নাইগী ইমুংদ পোকথায়গদবা সেকেণ্ড খরদমক ঙায়রে।

হুমিদাংগী পুং নিপাল তাখ্রে। গোপী তুমথখিবদা ঙায়রি। শ্যামকহ্নাইনা হঞ্জিনখিবদা মপাবুংনা চিঠী অদু মঙোন্দা লান্সিল-লকই। রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদে। মমানা মপাগী তুং ওইরপ্পা লেপ্লগা মঙোন্দা তিঙক্-তিঙক্ য়েংই। মপাদি লেপ্পদা থক্-থক্ নিক্লে। চিঠী অদু পাদ্রিবৈনা শ্যামদি ভাব তারে। পাদ্রবসু য়ারে। মানা মতম লাকখিনি হায়বদু ঙসি ওইরে। ঙসিদি মা চেনগে খন্দ্রে। নিপামচা থৌদাং য়েংবদা তারে। শ্যামনা হংলক্ই ঃ —মসি কৈদৌরবা?

—ইরিবা পুন্নমক্সি অচুম্বরা ?   —কৃষ্ণদাসনা।

কৃষ্ণদাস অমদি রাধিকা শ্যামদা মমিৎ কুপ্তবমথৈ য়েংলি। মমা অমদি মপাবু য়েংলগা শ্যামকহ্নাইনা খুম্লকই ঃ

—চিঠী অসি চন্দ্রাগী খুৎইনি

—বিষ্ণু বিষ্ণু !  রাধিকানা লাই শোল্লক্ই।

—নিপামচা। কৃষ্ণদাসনা অমুকস্তু হংলকই ঃ —ইরিবা মরোলসি চুম্লেকো

—মশানা হায়জরবনিনা চুমম্মনি।

—হরে হরে !  হরে কৃষ্ণ

শ্যামগী পাউখুম অদু কৃষ্ণদাসতদি মকোক্তা ব্রজনা তাবগা চপ মান্নথরে। থোপ অনি থোক্লা খায়থ্রবোই নিংই। মমিৎ পাঙজৈ হায়বগী রাদনি। পুন্মম্ মমৎথ্রে। মখুৎ অনিনা মকোক্তা থমলগা নিঙ্গাংনা ফমথখ্রে। মমিৎ চেজেৎ উইাশনখ্রে; রাধিকাস্তু উনা শাবা মুত্তিগুম ফল্লাংদা ঙাঙ্গনা লৈখ্রে। মখোয় অনিমক স্বর হোনবা কাউরমলগথ্রা চঙনা শিবা হায়বদু অসিরা ?

শ্যামকহ্নাই মাগী কাদা চংখ্রে। থোঙ পোরোন থাজিনখ্রে।

পুং অমুক্ ফমলিবা ফমফম্ অমদি লেপইবা মওঙ্‌তুদা পঙথ-হুনা লৈরমলগা কৃষ্ণদাস অমদি রাধিকা মখোয়গী কাদা চংখ্রে। রাধিকাগী মফমদদি রাফম অসি থাজবগী রাংমদা লৈরি। মঙোন্দদি মঙদকা থোক্কদবা মাল্লি অদুনা মপুরোইবদা হংলি ঃ —কল্লি-নোনে হায়রিবসিবো ?

তথ্মায় অমা শিরুরবা কৃষ্ণদাস জ্ঞান থরা থরা লাক্লে। মানা লক্ষিপুরদা লৈরিঙৈগী রারি নিংশিংবা হৌরক্লে। মশেন-মরাং উরম্বা মহৌশাগী শকফম্ অমদি ঘটনা থরা ময়েক্ শেংনা উরক্লে;

ক'উখ্রবা রারি নিংশিংলক্পদা কৃষ্ণদাস চোইরোল লোল্লক্লে :
- মহুগী লমন্ শিংলিবরা ? অস্নুম্না লমন শিংলক্কনি হায়বদি
করম্না থাজফম থোকই। ঐগী ইচামক্সু শরৌ অসিদা য়াউরবা !
ব'রিগীনো মখোয়না ঐবু অসুক্ তাথিরিবসিবো। ঐঙোন্দা
লমন শিংবগী মরম করিনো। মচানা মপাবু হাৎপগী মরম
করিনো ? ও, ক'লি যুগনিকো।

হুংশিজববা মশুনিপাদা মুন্না য়েংই। মমিৎ কুপ্তবমথৈ য়েং-
হুনা লৈ কৃষ্ণদাসকী মথুৎ যেৎতু ভিংথোকই মশুবু নানগে
ত্তৈই। শোকপদি থক ঙমদে কৃষ্ণদাসকী মতৌহু উবদা
রাধিকানা ইশি-শিনা তুমলিব' ত ঙাং অহবু চেৎনা কোল্লগা
হায়রকই : —নত্তু, নত্তু। মনি দ ঐখ'য়গী ইশুনিপানি

থোঙ থোঙনাও চেৎনা লোন্সিল্লবা কা অহুগী মহুংদা
শ্যামকহ্নাই হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। চন্দ্রাগী ফমুংদা ফমলগা রাখল
তৌরি হৌজিক্ করি তৌবা তায় ? মসিনি মানা খল্লিবা।
টেবলগী লৈতেং ওইরিবা চন্দ্রাবলীগী ফোটোহ য়েংলগা শ্যামনা
হায়রক্ই : — চন্দ্রা ! নশাগী থবকনিনা নশানা খরা চেন্বা
তায়। নশাগী অপাম্বা নশানা হায়দোক্চবা ঙম্বগীদমক্ ঐনা
নংবু থাগত্তবা ঙমদে। নংনা হায়দোকনিংবা রাহু হৌজিক্তি
ফুমত্রবনিনা নং হুংঙায়রব্রা ? ঐগীসু থৌদাং অমদি পাঙথোক্লে।
অহবু অশেঙবা হায়দোক্লগা ঐখোয় অরানবা তাবসু য়ারি।
পুন্সিগী ওইনা কায়নবগীদমক ওইরবদি নংনা য়ুমসি থাদোকতুনা
চেনখিবা অমদি 'চঠি অসি ইরক্পগী আর্থ করিনো ? ঐখোয়
ফল খঙদনা অন্ধ হোৎলে। নংনা খঙহনবগী রাখলদমক্ তৌই।
খঙহললুরগা করি ওইরকদগে হায়বহুদি ঐসু খলহোদে, নংসু

খঙ্‌দে। মসিনা পাবা অমদি ইমাগী মফমদা নং ঐ চঙ্‌ঙনা লমন্‌ খুম্বা ওইনা থোকখ্রবদি করম তৌগনি? মখোয়দি লম্বেন অমত্তদা চৎপা মীনি। অউবা অমদগী অনিশুনা উবা ঙমলোই। অতুমকপু হায়বা হৌখরবনিনা হাড ফেল ওইদনবগীদমক্তা ওই-রবসু ইমাগী নাকোংদা অমদি পাবগী রাখলদা তম্বনা ঙংবগী পাঙ্গলদি লৈরগনি।

অহিংচুপ্পা রাখল তৌরবগী মতুংদা শ্যামগী বুদ্ধি অমা লাক্লে। থৌরম অমা পাঙথোকপা হায়না লেপ্লে। মসিনা শোয়দনা মপা-বুংদা অকনূবা শাফু অমা পিবা ঙমগনি। অমসুং মপাগা মচাগা কায়নব তানবসু ভাব তানা কায়নরগনি। অচুম্বা থিবদা শোয়-দনা অচৌবা লম্বি অমা ওইরগনি নোংঙানবা ঙায়ঙমদনা শ্যাম মফি হোংখরে। ইমুংদগী মপাল থোকখরে।

মিকুপ অমা ফাওবা তুম্বা য়াত্রবা অহিং অহু কৃষ্ণদাসনা চুরুপ বিড়ি থকতুনা লেল্লে হৌজিক্তি মতোমতা কিবা পোক-লক্লে মা শড়ক থোকপা হঙ্গোয়রে। মাগীসু থৌরাং লাঙ্‌-দবদি নত্তে। নোংঙানবদগী রাধিকাবু লৈকাইগী য়ুমথোং শুনা চৎহলল্লুরে মমৌগী মরিদা মীনা করি হায়নবগে। কনাদা পাউ অসি মমৌন। তমলনলবগে লৈকাই শিনবা থুংনা পাউ শন্দোকপা হায়বসিমক্তবু হুপীদগী মথৌনি। কৈথেল পাউসু হুপীনা চেনবনি মীরা ঙাংবদা মথৌ কাউবা, মবুক থনবা হুপী, লৈকাই খুদিংদা শরুক থুংদবা লৈতে। মসি কৃষ্ণদাসকী ধ্যানদা ফাওরকই।

হুপী কাক কয়াগী মনাক্তা খুদোঙ ফালল্লুরে' মমৌবু হুন্দুনা রা কয়া ঙাংল্লুরি। রাধিকা কছারগী নিঙোলনি। কমতীগী

ঠৌরাণী নত্তে। চথোক্তনা চথোরকপগী মরম অমগী মথংদা অমা পিরুরি। অতোপ্পা মমৌ অমা য়েংউবগী ৱা য়াওই। য়ুমদগী মপাল খক চথোকত্রবসু ফকৃচিল্লি হায়রুই। ইংখোল কোইবা ইমুংদা এঙ্গৄং হংলুই। ঠৌরানীনা হজিল্লকপদা অজ্ঞা ঙাইতুনা লৈরমই। চাক্ ফাওবা থোংদোক্লমলে। রাধিকাগী রিপোর্ট ফংবদা কৃষ্ণদাসনা হায়ঃ -হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ! লৈকাই তারমদবসি শ্রীহরিনা ঐখোয়বু কনবিববনি। মসিমক নৎলমত্রবদি থন্দুনা য়েংউ মমা। নংগা ঐগা হিংফম লৈত্রবনি। লৈকাইনা মনম অসি নম্নরকত্রিঙৈদা ঐখোয়বু য়ুম হোংহৌবসিরা?

হোটেলদা কৃষ্ণদাসনা চংউবদা মখোযগী মেনেজর অতুনা মৈতৈরোনগী খবর লান্সিল্লকই। খবর থরায় য়াওজবা অহলনি। য়াম্না হৈনিংদবা মওংদা হংলকইঃ — কবিবু য়াউবগেনে?

—মিয়েং অমুক্তা তাবিয়ু। লাইরিক খরদি পাসিনদিয়ুকো অজ্ঞা।

হন্দকী থা অসিদি কৃষ্ণদাসকী মফমদা অঙকপগী অঙকপা ঙাক্তা থোক্লে। খবর অতুদা য়াওরমলে। গান্ধি সেন্টিনরীগা মরী লৈননা মনিপুরগী নহারোল সমাজনা শিল্লাংঙনা হিন্দু ধম্মগী মরমদা এরিয়ান থিয়েটরদা সভা অমা ফমগদৌরি। ধর্ম্মগী মরীদা তর্ক তৌনগদৌরি। শাস্ত্র নৈনগদৌরি। গান্ধিজী অমদি ধর্ম্মগী মরমদা খন্নগদৌরি। সভা অসিদা য়াউবিয়ু হায়না নহারোলশিংনা হায়জরিবা অমদি ভাষন পিগদৌরিবা মহাশয়শিংগী মমিংসু ফোঙ-দোক্লি ময়ামতুগী মরক্তা ইরি। শ্রীফুরালাৎপম্ কৃষ্ণদাস শর্ম্মা, নাগমপাল। মমিংতু মতোমতা পাজরগা কৃষ্ণদাস কপ্পিংলক্লে।

মেনেজরনা হায়রকইঃ —অজ্ঞাবু লৈবাকনা শক খঙউ হায়বা মতাং লাক্লে।

কৃষ্ণদাসনা খুমইঃ —উম! ঐ মীমাং থোক্কদোরে।

## ৭

কছার জিলাগী লক্ষিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ ইচিল ইনাও-শিংসি ঙসি ঙরাংদা থুন্দাবা নত্তে। মতগী খুদমদি মৈতৈ খুল-শিগা থুল্লোন্নবা অসামী হুপা হুপী মৈতৈলোন খঙবা লৈ। চহি কয়াগী শঙ্কুম লৌরবা উ-রা, পুখ্রি লৈরক শুমাং অমদি মশীং য়ামশিনখ্রবা কুমজাগী শাফুনা য়ৈবদা নিংথায়রবা মৈতৈগী য়ুমশানা লেঙথ্রবা সাক্ষিনি মফম অসিদা শেংপদা রাই শংলবা লোংগীনা ফৈজোম অমদি খুদৈবু লাকচবা ঙমদ্রি। হকচাংগী মূর্ত্তি শেমগৎ শাগৎপদা কান্নরবা আসামগী চৎনবী ফিভেং শারিনা ফনেকপু মাঙহনবগী মহুত্তা বেঙ্গলী অমদি আসামী লৈশাবী ফনেক শেংপা য়াওরি। ঐখোয়গী মিৎসি ঙহাক্তং

উইসিনখিসি। ভারতকী রাংমদগী লাকপা মীনা য়েংবদদা অতৈ
জাতিদগী মৈতৈ জাতিনা তোপ-তোপ্না উরম্লগদরা খল্লি। ময়াম-
দগী মান্নদবা ফিজেৎ অমদি শক্তমসিগী মতুংইননা তোপ-তোপ্না
শক্তি অমসু লৈফম থোকপনি। মতুনা ওইবা তাই, ঙসি
ফাওবা লক্ষিপুর মুক্ত্র মীশীংগী হায়রুরবদি অতৈ জাতিগা
য়েংনবদা ওহ্নোক্লা য়ামদে অতুবু মীনা লাকচবা য় দবগী রাফম
অমদি লক্ষিপুর, মনিপুর বস্তিগী উল্লক্রবা ইনাম্লি। মী রম্লগী
মীনা মৈতৈবু ব্যবহার তৌই, অতুবু খ্বাইদগী ঙকপদি মনিপুর
বস্তিদা মৈতৈগী ওইবা ফুরা দলানদি ইরৈ-লৈতবগুমই। শূবা
নোম্বা অমদি থৌনাদা মীনা লাকচবা য়াদ্রবা মৈতৈনি। অংবু
মীরমগী মীনা হুংঙায়রগা ঐখোয়না লাইররিবসিনা করিগীনো?
মসিগী চপ চাবা পাউথুম লৈ। অতুবু হৌজিক্তি ইচিনসিনা
ফোঙদোকপা পামদ্রে। মরমদি ইজাতিগী অখণ্ড অহে- ওঝা
গুরুশিংবু মীরমগী মীনা উশিগুনবগী রাফম পনবা হায়বসি মৈতৈ
জাতিবু হুনবা ওইনা থোক্লগনি। অদুমকপু আমেরিকানা
পৃথিবী পুম্ববু উশিংলকত্রবা যুগ অসিদদি ইশাগী স্বাধীন্তা দরকার
ওইরক্লে! ইশা ইতোমতা কপ্না পুন্সি লেঙবদা নত্তনা চারোন
গুরোন ফাওবা কপ্না কপ্না মপুন্সি লেনহৌনবগীদমক মীবু পুজা
তৌখিগদরা?

লক্ষিপুর বাজারগী থরাইদগী চাওবা দুকানগী মপু ক্রোরপতী
আগা থীনুনা শ্যামকহ্নাইদা ইতত্তনা হায়ঃ-শ্যাম! ঐনা হায়বা
য়ানিংত্রেনে?

—ফনি ঐ লাকচগে।

মীনা রা হংলবদি পাউথুম পীবা মশানা তাবনি। য়াফমদি

থোক্তবা রাফমনি । শ্যামসু মাওয়বনিনা পৈশা পামদফম্ থোক্কে ; অদুম ওইনমক মহাজন আগা খান অমসুং মা ।

শ্যামনা করম্না আগা খানগী নিমন্ত্রণদা হরাউগনি উশিত্তু-বনি হায়রবগী রাফমদা খম্বরুরবদি শ্যামন খানগী য়া তাবদা শাউরোইদোবগী মরম লৈতে । অদুবু থম্মোয় শেংনা এগী কান্ন-নবগীদমক মীগী মতেং পাংবীয়ু হায়জবদা তথি তথি হায়গদবা মীসি সংসারসিদদি খরা তাঙনা থোক্লি । অদুনা শ্যামনা ইয়াং য়াংনা খুম্বা ঙম্বনি !

—ফনি ঐ লাকচগে ।

নোংমনা, আগা খাননা, -কম্পানীগা চে থাদোক থাজিন তোবদা ওঝা রামধোন খরা য়ানা থোক্লে অদুনা ইতেং খরা পাংবায়ু হায়বসি য়ানিংদ্রেদনা শ্যাম ? ৫ ত্রিক পাশ তৌরে হায়দুনা পোঙবগী রাখল্লোমদা চখরক্কদোরে। শ্যামনা খুমই :

—যনি ঐ শোয়দনা লাকচগে ।

মৈতৈ মখৈনা অজ্ঞা কৃষ্ণবু ব্যবহার তৌরগা, লক্ষিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ ময়াং পুম্নমক্না আগা খাঁনবু হল্লানবা ঙম্মদে । খাঁনদি মুসলীম ওইজরবসু মানা তত্তুনা হায়বা য়া অমা লৈ : ঐ লক্ষিপুরদা লৈবনি, লক্ষিপুরগীদমক হিংগনি অমসুং লক্ষিপুরগী দমক শিগনি অচুম্ অরানগীদমক্তি ঈশ্বর লৈরি । মশাগী লনাই ওইবা রাখল খঙ্গ্রিবৈদা মাগী লৈফমদুগী ইজ্জৎ থম্নবা অমদি চাওখৎনবা খল্লিবা মী অদুবু ফত্তবা মীনি হায়বা তারবদি হায়রিবা মী অদু অতৈ কনাসু নত্তে লম্নানবনি ।

মশানা পীনিংবা জবাব কয়া ইংলিসতা ফোংদোকচবা ঙমত্রবা মহাজন আগা খাননা শ্যামকহ্লাইবু কম্পানীগী চিঠিহু

পায়ংনা ভাইরমই। শ্যামগা তাথোক তাশিন তৌই। শ্যামনা ইবনা আগা খানগী পাউথুম্নি। কম্পানীনা খানবু খান সাহেব হায়না মিঙ্গৌ হোংলক্লে। খানসি হুকানগী রাদা নত্তনা কন্ট্রেক্টী থবক কয়াদা কছার জিলাদা খানগা লান্বা তৌগদবা মী লৈত্রে হায়বা য়াররক্লে।

নোংমা শ্যামবু উবদা খান সাহেবনা মাগী এ.স্বসেদরদগী কুমথরগা হায়রমইঃ -শ্যাম! ঐ হৌজিক শিলচরদগী হল্লকপনি। টিপাইমুক মনাক্তা ক্রোর মণ্ডা চংনা শাগদবা দামহু ঐঙোন্দা ফাওরে। ঐ হয়েংমক্ টিপাইমুক্তা চৎলগা থবক পায়খৎপা হৌরুরগনি হন্দক্কী থবক অসি নংগী নতেং য়াম্না দরকার ওই। নহাক লৈবগী ঐনা থবক অসি লৌরুরিবনি।

রাকম অসিগী মতুংগী আর্থ শ্যামনা ভাবনা লান্বা ফংথিদে। মাগী চিংনরপ তৌবা শক্ফম অমা উংলম্বা তাই, খান সাহেবনা মখা তারকইঃ -করিগীদমক ঐনা বারাক প্রোজেক্ট অসি লৌরি-বনো? নত্ত খরা ভক্তা থোকপরা? শেল তোংনগী রা ভাক্সু নত্তে। আসাম অমদি মনিপুর সরকার অনিসি মরী লৈননা চাউখৎ খোঙথাংদা খুৎশন্নহনা চংপা অসিদা ঐনা থোইদোক্না য়াওনিংউবসু লৈতে। চাওখত্তবগী প্রমান্দা শিংথানরম্বা চীং-খুংগী শূক্লবা উমং অমদি রাংলবা চীংদোন্দা জগৎকী অনৌবা য়াওলগী মঙাল বিজুলি পিবগী রাকম অসি ঐগী মতম কুইনদগী পামজরকপা আশানি ইশাগী অপাম্ববু ফংনবা হোৎনরুবনি।

অমদি মরৈবাক্কী চাউখৎ লম্বেল শেম্বদা তেংবাংফম থোকপা ঐনা করিগী সরকারদা নমথাক তৌহনা মীরমগী অফি-সারশিংনা মরৈবাক্তা রাজমহল শা-নবগীদমক, স্পেসিয়েল কন্ট্রেক্টর

ওইফম থোকপগে? ইশাগী ইরলবু ইশানা হুরানবা ঐদি পাংদে নহারুসু মহুদা সমর্থন তৌফম থোক্কে। হুন্দক্কী প্রোজেক্ট অসিনা লৈবাক প্রজা লিশিং কয়াগী কান্নবা পিগদৌরিবনি। মসিদা নংগীসু থৌদাং য়াফম থোক্করা?

নোরিবা শ্যামকহ্লাইগী থোপ্তা সমাজ অমদি মরৈবাক্কী ওইবা রাখলংমা চার কয়া হুপ্লিন্দুনা আগা খাননা শ্যামবু তিনফা কাকফৈনা নপ্পগুম্ নপশিনখরে। অহাওবা অচাপোৎ ফংলবদা অঙাংনা কপ্পা তোকখিবগুম শ্যামনা আগা খানবু নত্ত-মিৎয়েংনা য়েংবা ঙংখিদরে। দরকার ওইবা পুংফমদা তেংবাং পিরকপা মীবু মরুপ কৌবা তারবদি চহি লেঙ্গা নত্রবসু খানগা শ্যামগা মরুপ ওইখ্রে। অনিক্কা কান্নবা ফংনরবনিনা পাক থাদোক্লগনি হায়বা খাজদরে

তোয়না উন্নরগা শকখঙনরকপগুম, থবক্কী মর দা মরুপ শান্ন-রম্বদগী মখোয় অনি তায়না তিন্ন তোংনবক্কে। হঙ্গোইনরক্করে। অমত্তু ওইবগী রাখল পোক্লরক্কে। খুংশিনবগী থৌদাংদা ধর্ম্ম, জাতি, চহিগী রাকম্, সমাজগী চৎনরোল মমি শামখরে। খল্লবদা অকিবগী মশক্কি। খুংশিনবা হায়বসিবু জাতি অমদি ধর্ম্ম লৈখা তানবগী হু মখল অমরা?

খান সাহেবনা হায়: -শ্যাম! ঐ নংবু অমুক্কং চাক্কৌনিংই। নং হঙ্গোইবরা? কোল লীক অহনবদা মৈতৈগী এঙ্খাং বামোন্না বুজারী, করি কায়?

করি কায়— শ্যামনসু মতোমতা হংজে। মানা তমজ্জরকপা লাইরিক্কী লামায়দা মসিগী পাউথুম থেংনখিদ্রি। পাউ অমদি তাখি - অমাং অশেংগী রা পল্লুবদগী মমিং চৎলবা হিন্দুগী গুরু

অমদি ফাদোক্ তাখ্রে। অহুব্ মুসলীম হায়বা জাতি অসি হিন্দুগী ওন্ন-তৈনবদা চৎপা জাতিনি হায়বা অসিদি শ্যানা থক্ কাউবা ঙমত্রি। মসিগী মরমদা অচুম অরাব্দি মান্ন থিদবদি নত্তে

মীরা ঙাংনবা পাম্বা মমল লৈতবা সমাজগী শীওয়শিংনদি মনুংগী রারি থক্ থিরুবা ভৌদনা হায়নবা হৌরকই ঃ—বামন মচা অসিনা মৈতৈ ঐখোয়গী ইজ্জৎ পুম্বা মাংহনগদৌরে মচা অসি পোকপদগী আঙ্গা কৃষ্ণ অসি নোরক্ তাগদৌরি।

উম্, তোক্ঙা অসিগী মরুমদা অচুম্বা খরদি লৈরে। থুরুম, খুদৈ উরৈরোম শঙবা, ফৈজোমগী রা-দা নত্তনা মরু শিংনান্না কোকথোক্‌না শিখাক চাউনা থাক্তনা হিন্দু ধর্ম্মগী স্বার্থ ঙাক্-চরিবা ব্রাহ্মণ অসিগী মচানিপ'না খোংউপ থোংগ্রাউ শিজিন্নরকপা মৈতৈ, মুসলীম · চীংমী তিন্নবসি মৈতৈ ঐখোয়গী য়েরুবা অচৌবা অমনি হায়না লৌরগদরা?

মসিগী মরমদা লক্ষিপুর এল পি স্কুলগী ওঝা বাবাধোননা কৈরোই লৈকায়দা মথৌ অমা ওইন' প্রচার তৌরুবদা গাইত্রংদা শান্নংনা লৈরিবা হেমন্তবাবুনা বাবাধোনদা হংলকইঃ -ওঝানা খান সাহেবকী চুকান্দা কেরানী ওইরিবগুদি কায়দরা?

—ঐদি ব্রাহ্মণমক্তি নত্তেদনা। ঐগীদি কারবারনি।

হেমন্তনা মিৎয়েং চোইথোরক্‌পা লৈতনা মাগী খোঙ্‌মীত্ ইনখৎলগা হায়রকইঃ -এল পি ওঝাগী মমিংদা সরকারদগী তলব লৌথোক্লগা ছাত্র ছাত্রী করম্না লাইরিক হৈহনগদগে হায়-বগী রাথলনা তুংওইনরগা লম্নাই থবক্তা থরায় লুম্বা শেন তানব-সিবু কায়দবরনে?

—মতগী ৱাদি হেমন্ত ভায়! সরকারগী দোষনি। তলবনা হৈক্রুমনাদা য়োম্নগা পোৎ-চৈগী মমলনা শেঞ্জাও পায়বা মহা-জনগী খুত্তা শিন্নথোক্লি। চুপী অঙাং থাকপা ঙম্বা হোৎনবা হায়বসি নিপা ওইবা ঐখোয়গী ইথৌনি।

ইথৌবুদি মাল্লি চুমই। য়াই। অতুবু আইনদদি য়ারম-দবা য়াই। হায়রগা হেমন্তনা মাগী শগোল অতুগী মকোক্ত পায়রগা অমরোমগী সেনাহু তমতুনা চোংথোকই। অতুগা ঙহাক বৃইঙ্গ তৌরগা হায়রকইঃ -মশাগী শক্তিনা খুদোংচাবা লৌজবা মাবু মিহৌত্তনা মীগী মরাল থিবা হায়বসি পুকচেল পিকপা মাগী অচোবা মগুন অমনি হায়নৈ। অতগা মতু হিন্দু ধর্ম্মগী আদর্শসু ওইরমদবা য়াই। ঐখোয় মশেন অমনা অমবু ইস্কুনবা হোৎনব স তোকপা ফরে!

বামোন্না পাঙলগী ইমুংদা চংবা হায়বসি ইতোমতগী অকায়বা ওইবা তারবা? মসিমক্লা মৈতৈ জাতিসি নোংমা নোংমগী মরায় চায়থরক্লবনি।

উম মাল্লি। অতুমক্লা মৈতৈ ঐখোয়সি চাউথরবমক্লি। ইশাগী ধর্ম্মবু ইশানা অপমান তৌরগা করম্বা জাতিনা ঐখোয়বু ব্যবহার তৌফম থোকপগে। শ্যামবু বাবানা ৱারোঁদবা ঙমদে। লমদা মচী ফেংউরগা শঙ্গোন্দা কনবা শনসু লৈ। বাবাধোননা শংকৎ শংকত্তুনা মতুদা হায়রকই: -মসিগী বামোন মচাশি কমদোসিগে? খোইদো শাউগৎলেদকো।

লায়না খন্তোকই মতুনা, তম্না হংলকইঃ -করিগীনো অহক শাউবিরুরিত্তবো?

—শাউরবদি নোক্কদরাও? ঐনা কেরানী ওইরগা মানা

হিসাব য়েংশিনবগী করি মথৌ লৈ? মাদি চিঠী ইবনি। মানা লৌরিবা খুদোংচাবা ময়াম অসি ঐখোয়গী শরুকুগী লৌরিবনিনে। ঐঙোন্দা য়েৎপা মীদি ইকাইবা পিগদবনি। ঙরাংগী অঙাং মানা য়ুম্ব্‌দগী হেল্লেনে চাউরিবা। ব্যবহারনা লৈত্রিস্‌ মাগুম্বগী লেংনা খান সাহেবকা সিট অমত্তদা ফমিন্নবা হৌনব্রাও? ব্রাহ্মণ মানবু পাঙলগী ইমুংদা চাক চাবা হায়বসি খন্দুনা য়েংউনে, ঐখোয়গী ধর্ম্মবু মুথৎনবা থৌরাং নত্রাও? পাঙল তুপীগা কার তোংন্না চৎমিন্নরে। মহাজন লৈত্রিঙৈদা মীগী চৎনবী পদ্দা থুগায়ন্ননা তুপীগী কাদা চংন্ননা রারি শারুরে। করিগুম্বা মহাজন খঙলক্লবদি মথক্লায়বু মাঙ্‌লনিনে।

— হৌজিক ফাওবা মচাগী লমচৎ শাজৎ অসি অঙ্গা কৃষ্ণবু খঙ্‌ল্লিবরনে? মতু ইঙেল্লেনা হংলক্‌ই।

— করম্না খঙ্‌গনী? হৌজিককালগী নহারোলগী শাজৎপু মমা মপাদা খঙ্‌হনবা কনা লৈ? য়াম্না কুইরেনা মৈতৈমচাগী লমচৎ হোংলকইবা স্কুল কলেজগী কাদদি মা মঙাদমক্‌ ফমই সিনেমা হোল, কুম্মৈ মফমদদি ফম্ফম্‌ লৈত্রবা ফাওবদস্‌ লেপলি। লাইব্রিকস্‌ পাদে, মথৌস্‌ শুদে নোংঙানবদগী নোংয়াই ফাওবা সরক্কদা লৈ ফিজেৎনা ফংই, থাদা তলব চামঙা চাবা মীনা শেৎপা ফংত্রবা ফিজোলঙাও। শেৎলি নংনা চথোক্কদনা উত্রবনি। ঐখোয়না কা চাবগুম, মখোয়না য়ু থকই, শা চায়। মখোয়গী খরচ হুন্নবা হোৎনবদা মমা মপা মথৈনা চারা হেনবমথৈ থবক শুবা লোম্বদা লাইথুং থুংলে। মরৌ-মকৈ লম্নানবগী ওইখ্রে। নোংমা নোংমগী শেল থুমগী ফিভম ফৎচিল-লক্কবনা মৈতৈগীনি হায়বা মমল লৈবা পোৎ অমা ফাওবা লৈত্রে। নহারোলনা নিত্তি য়াউনরক্কবনা ঐখোয়না মীগী মীনাই

ওইরিবা নম্রাও? ইপা ইপুশিংগী হাক্তক্তা মৈতৈ মচাগী ফিভম করি ওইরগগে মীরমগী মীনা লাকচবা য়ারমব্রাও? অজ্ঞা কৃষ্ণদি ধর্ম্মগী মীনি ব্রাহ্মণ অমগী নীতি ঙাক্লা চৎপা অহলনি। মানা করম্না খঙ্গনি নীতি লৈতবা মচাগী মরমচৎ?

নাকল অমত্তগী রা তারগা চুমই হায়না খনবা মীসি নুপীগা প্রমান তৌবা য়াই। মরমদি ইঙেল্লৈনা হায়রমইঃ —ঐখোয়না ফংগদবা শরুক মানা লৌথ্রবদি করিগী তুমিন্না লৈফম থোকই? অজ্ঞাদা তাক্লগা মাবু চংহল্লহু।

বাবাধননা মঙক্ নোমই। থবক অহু পায়খৎনবা মা তাঞ্জা ঙাইহনা লৈরে। তে‌য়নবু নুম্মবদি নোংমদি শোয়দে থেংনবা। আগা খান টিপাইমুক্তা লৈখ্রে আগানা চিঠী তৌয়না ইরকপনা শ্যাম আগাগী নুপী বীবীসরাগী মনাক্তা তৌয়না হাজির ওইদবা য়ারমদে। শ্যাম অঙাং নত্রে। তুকাল্লোমদা খক্ চংলকখিদ্রে। তুরেল্লোমদগী কোইরগা ফাউজিনবা তারমই। মাগী চথোক চৎশিন্দা খুদোংচানবগীদমক বীবীসরানা ফাউনফম অমা শেমখরে

নোংমদি শ্যামনা বেঙ্কতগী শেন কায়রুরগা থিনবা চংউবদা বীবীসরা লৈরমদে। মখোয়গী মীনাইনুবী ফতিমা মবুক চেৎপী হায়বা ইনবী নুপীনি। বীবীসরাগসু মরী থোরক্লে। ফতিমাগা মারি শাত্রুনা ঙাইরে মতোমতা ফম্বা হৈনরক্তুহুনা শ্যামনা টেবল মথক্তগী ফোটো অহু থাঙ্গৎলগা য়েংউরে। ফোটো য়েংলিঙদা ফরিদা জলাননা হংলকইঃ কদোবগী মাগী ফোটো য়েংবরিনো।

শ্যামনা খুমইঃ ফজবা হায়বসিদি য়েংনিংইদনা।

—অহু ওইরসু মত পাঙল নুপীনে। ঠৌরানী নত্তেয়ে।

—য়েংহন্নিংহবদি ফোটোসি বুখা উপশিল্ল। নংসু পর্দা মরুমদা লৈয়ু।

—ঐবুদি হুকুমতু ইগুগে। কদোবগী পর্দা হাইদোকপিরিবনো ?

—ঐনা ?

—পঙ্শিন্নবিসে য়েংঙো। অজ্ঞা। ও শোরী। তামো তামো নং রা অমা হায়বিগে চেকশিনজো ইমানা রা অম হায়বনি।

—করি হায়রিবা ?

—ঐখোয় অনি নুংশিনরে হায়য়ে

ফরিদা জলান আগা খানগী নাইতোম পোকচবী মমোম্নি অয়ুক নুংথিল নুমিৎ ওইনা নুমিদাংদনা থাজগুম য়েংজবী ফরিদানি কুচুনগা ঙৌন' পোক্লক্লে পূলৈ ময়োন্দু ঙায়রে লংইবা। অতৌ রাদি থংব্রে। ফরিদাগী ১নাতোন, কোয়রাগুনবা মমিৎ, শবা অমদি কুচু য়েংলগা পৃথিবীগী মনুংদা মুসলীমনা মশক খ্বাইদ হেন্না ফজবা জাতিনি হায়বসি থাজবা পোকই ! শ্যামবু চিং দবগী মরমদগী ফরিদাগা শ্যামগা পুং কয়া মখোয় অনিদা রা শাবা য়াউখি। কনানসু ঙাংদে কনানসু থিরদে। আগা ফাওবা হায় — ইবেম্মগা শ্যামগা শারিবা রারিসিবু করিনে রারি লীনরিবজাৎলা ফরিদানা শ্যামদা তত্তনা হায়ঃ --তা ঐখোয় অনি জাতি তিন্নরম্মবদিকো।

—জাতি তিন্নরম্নগা করি তৌদোরিবা ?

—খঙদে, জাতি তিন্নরম্নবদি ফৈদনা।

মানা শেমজবা চা-গ শ্যামনা মথরায় তানা থকপগ উবদা হরাওজবনা ফরিদাগ্র মতুচুংই। মপুন্সিদা বুজারী ওইরক্তি,বীনি। হৌজিক্তি অককবা মতমদা এঙ্গাং মথেল লোঙবা ঙমলক্লে কুরিৎ খুদাং চোনবী মীঙোন্দা পিথোকখ্রে মতমগী চৎনবী জম্পর তুথৎ-লক্লে। মনাদা থ'শি পুর্নিমা, খুদাংদা খুজি অকুপ্পী, ঙকশমদা নেকলেস, পাম্বোম ফাবী, ওইগী খুত্তা খুঁদোপ। ফিকক খুম্বা হৈনখিদরে। কাজল অনৌবা লৈখ্রে। এসেন্সগী মহুত্তা চেংহি অফুৎপা শিজিন্নখ্রে। থাউস্থ য়ুবীথাউদগী হেন্না তৈখিত্রে। ঙা ফাওবা মতুম খরা চাওরবদি তুককৈচে হায়জিল্লক্লে। শ্যামগীদমক হৌবিবা মঙায়রে। আঙ্গেৎ ফাওবা য়াতোন তংখিদরে। চনম্ তিলহৌগী মহুত্তা হীং য়েন্নম্ শিজিন্নরে। বীবীসরাগী ঙকপা হায়বত্র থেংলে বীবীসরা মচিন থোরক্লেঃ — ইবেম্মসি শ্যামনা পুরা শেমখ্রেদনা।

নোংমদি ফরিদানা শ্যামদা হায়ঃ — ভামো চন্দোন থিনবা অমুক্তা তম্বীয়ুবা।

— ঙম্মোয়দবা থবক্তা ইচঙ্ থৌরককু মেম্মা।

— হৈনিংঙিনে।

লাইবক্তা সিন্দুর নম্নবী ফরিদানা খুমই অরাবিক্কী পড়া লোইশিনখ্রে। কোরান উমশিনখ্রে। পর্দা মরুমদা পুন্সি লেনগ-দবগী মহুত্তা স্কুলদা অমদি কলেজগী কা মনুংদা মরাইবক য়েংনিং-লক্লে। শ্যামনা ফরিদাদা হায়ঃ — খান আব্দুল গাফর খান গীতা পাই। মহাভারত, রামায়ণগী ৱারি খঙ্ই। মাবু মুসলীম নত্তে কনানা হায়বা ঙমগনি? ঐখোয়স্থ মহম্মদকী ৱারি তম্নকই। ঐদি বাইবলস্থ পাই।

নাকোইদা ৱারি শাগ্নে। ইঙ্গিৎতা খঙনৈ ! শ্যামনা ফরিদাবু হুংশিদবা শাক্লনা ৱা ঙাংই। ফরিদা কপকে তৌই। মমৈদা শ্যামনা হায়: —মেম্মা নংনা মুসলীম ওইরম্বসিনা ঐবু ৱাখল য়াম্না খলহল্লে।

লাইরিক মতিকচানা হৈহৌত্রবা আগা খাননি। মচানুপীবু লাইরিক হৈনবা থৌরাং তৌই। খবর মেগাজিন্না ফরিদাগী ফমুংদ ইচায় চাইনা লৈ ফরিদানা তত্তনা শ্যামদা নিংশিংজৈঃ — শরমীলা ঠাকুরনা টাইগর মনশূর আলিদা লুহোংখিবগী মরমদা ৱা ঙাংনবা লেপপ্রমাল্লেকো। হোজ্জিক্কি নরগীসকী মমিং নরগীস দত্ত কৌখ্রমাল্লেকো মনিপুরদদি মৈতৈ নুপী পাঙলদা ওংবা য়াম্না লৈ হায়নৈনা

ঈকজদনা চাক চাবা হৈনদ্রবী ফরিদানি। মাগী মুগা ফনেক মুগাগী চাদর লৈ। হিদাক কান্নরবা তুলসী মখোংগী শুমাংদা হৌই, অয়ুক্তা সুর্য্য দেবদা ভক্তি কংলগা পুন্সিগী মঙাল নিজৈ বরাক তুরেলদা মথাং ফাওবা কুমথনগা গঙ্গামুক্ পুকচেল শেংবা অমদি মপুক তপ্পা শক্তি নিরগা ঈকজৈ থেঙলবা অহিং অমদা শ্যামনা লুরবা ৱাফম অমা হৌদোরকই: —ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদা মীওইবগী হৌরকপসি মী অমথক্কদগী শন্দোকপা ওইনা ই। ঈশ্বরসু সংসারসিদদি অমত্তনি হায়। অমগা পৃথিবীসিদা তোঙান তোঙানবা জাতিগী মীশিংদি থাবস্তু ঙমদে ধর্ম্মনা কয়াদা য়ামখ্রবা। অমগা অমগনা কয়াদা খেন্নহল্লিবা ! মীনা শাব পোৎ- থোক্তি মীনা শেম্বা ঙম্ম্ থোক্করা ? ঐখোয়সি অন্ধবিশ্বাসতা থাজমনখ্রে। নোংচুপ মায়কৈগী জাতিগা লাম্বা তৌবা ঙম্নরোই। মপাঙ্গলদা মবুদ্ধি মরোশিংদা মী অমগা মী অমগা খেন্নবদি মশানা

ভাবনি। ধর্ম্মনা নঙ্গগা চৎনবীনা মীবু অসুক খেৎনহনবসিদি অচুম্বা থক ওইরোই।

ফরিদানসু মানা খঙজবা হায়রকই; — ডাক্তর গুথর চাম্বা হাত্তোক্‌নসু নেগ্রো হায়বা জাত্তিসি গোরাগী মিনাই ওইনা পোক্লক্লবনি হায়বসি কয়া কুইনা অচুম্বা ওইখিগনি! ঐখোয়না ভাব তাক্লিদৌদা থাবু লাইরেম্বীনি খলম্বা নত্তরা? থা থা থা-বুংতোন নচা মোরাম্বী পোবিগে হৈবোং চরোং অমত্তা থাদবিরকউ। অদুগদি হৈবোংসু পাল্লমদ্রে। মৌলবী কয়ানা থাদা মী চৎপা তৌহৈদে হায়ৎনা চরা হেনবগী পাউ তারগা অমেরিকাগী এপোলো মশীংচুম হেনগৎলকই।

নোক্লিংবা মরক লৈরম্বা তায়। ফরিদানা নোক্লা নোক্লা ব্রা ঙাংই। ফরিদাগী নোকফেং তৌবা মাইথোংদ উবদা শ্যামনা মমিং কুপ্তবা মথৈ য়েংজৈ। শ্যামগী থম্মোয়দা লৈরম্বা 'তুকচবা হঙ্গোয়বা 'তু করায়দা চৎখ্রে! ফরিদানা শম্বল নমথেক্ত্না কান-শিল্লকই মথুৎমক্লা শ্যামদা ক্বা ইনবিরগা হায়রকই: —তামো নংদি নিপা নত্তে। ঐনা নিপা ওইরম্লবদি খঙগদবনি।

ঐদি থাগৎলগা চাউবা মী নত্তে নংগীদমক ঐনা পাম্বোম তিংগুরবদি ঐগী পাম্বোমসি ঙেকখ্রগা লোয়রে। নংনা ঐবু কদায় ফাওবা খংশি হায়বদো উৎলবদতা ঐনা পাঙ্গল কনগদবনি। ঐদি মুসলিম ওইবসু ঙমগনি। নংদি ঙম্মোয়দরা? ঐ নিপানি। ংগী নাক্ত নংনা লাকফম থোক্তরা?

ফরিদা রাথল তৌই। থুদক অত্তমক্তদা চন্দোল থিল্লরগা ফদোল চিংখৎলতুনা শ্যামগী মমাঙদা লেপ্লগা হংলকই—মাল্লবরা! শ্যামনা খুমই — অমানবা ঙাক্তনা অওয়বা নত্তে

— অত্থবু, ঐঙী থম্মে য়দি শাশিন্নবা নত্তে '

পিউসি পরিক্ষা ময়ানি। ইউনিভর্সিটিগী পরিক্ষা হায়-বসিমক্তবু য়াউশংগা ফাংনগল্লি ইশৌ কনবী ইঙেল্লেনা বাবা-ধনদা য়াউশঙগী মৈশা লাংহনবা হৌরক্লে। মপুরোইবগী চাগা খঙদনা পৈশা পুশিল্লক্তে হায়রনা ঙংদনা মচুক পৈত্থনতা লৈনী নূপীগী সুপা অয়াম্বা হুরানগল্লি বরাক প্রোজেক্ত মহাজন্না মথরায় শুপথিবনা ৎকানবু মীরাইবা তাঙ্গানি শ্যামসু পরিক্ষা-গীদমক শেম্ শাগৎপা মতাংনি শ্যামনা হুকানগী হিশাবতা কুপ্না য়েংশিল্লকবদগী বাবাধননা অজ্ঞা কুঞ্চদা পাউ তম্শিনগনি হায়খিবং ইংথগ্রবনি মরুওইনা শ্যামগা আগাথানগা তিন্নদনবা শিল্লরগা মংনা মঙ্গল ওইরবদি ফৈ; নত্তত্রনা আগানা মাবু তাঙ্খোরকপা তারবদি মা ইঙেল্লে কায়নবগী ফিভমদা লৈ। অত্থনা মা ইচং থৌবা ঙমদ্রিবনি হুরানবা হায়বসিমক্তবু খুদাংচাবা য়েংনবা ঙাক্তনি। মমাগী থাদা শ্যামনা পায়রম্বা হিশাব থরা শেংদোক্লবা রাৎলম্বনা শ্যাম অহিং অমা আগাথানগা উন্নবা চংশুই মহাজননা হুকানগী হিশাব বোইজু পুথোরকই কুপ্না হোৎলবদি ফনা য়াম্না হোরম্বা য়াই শ্যামনা চাউরাক্না য়েংবদা শুপা চানি-রোম হোরে মত্ত তিনশিনবা শোয়বা নত্তে। হুকান্দার সুলৈমাননা ইশিনবা রশিদশিংত্তদা বাবাধনগী মথুংন শেমদোক্-পনি। নোংম-নোংমগী শেল প্রে শিংকী জমা তৌবদা বাবাধননা থাইদোকখিবনি। বাবাধনদি হুকানগী কেরানি কম-কেশিয়ারনি সুলৈমানদি পোৎ য়োঙ্গবগনি হিশাব পুন্নমক্তী দায়িত্ দি বাবাধননি। শ্যামনা হিশাব অত্থ চুমই হায়নিংঙ্গে

থংনবা শুমিত্তা বাবাধননা রোষ্টর লৌবা চংউবদা মহাজন্না

হায়রক্লে ঃ— চেনিং অমদা অহুম চখখো। ইবুংঙো শ্যামনা হিশাব অসি চেক্ তৌগদবা য়াংলি। শেলগী কারবারনিনা নয়া পৈশা অমা চেন্নবদা চিংনগদৌরিবনি। শ্যামানা হিশাব অসি চুম্মে হায়রমদে।

হুরানবা নকোক্তা নাপী পক্লে হায়বগা চপ মান্নরে। মতু ইঙেল্লৈগী ইন্নফীগা ফনেক্কহুদি বাবাধননা খন্নুবা ঙমদে। মমিং অনিহু লাওনা পাঙথোক্লগা শ্যামগী মায়কৈদা য়েংলক্লে। দুর্ব্বাসাগী মিৎয়েংনি। নারদকী য়াঙাং ঔরাইখরে। জুদাগী মীনোক্কা লোয়ননা কৃষ্ণদাস উন্নবা লাক্লে। মপুকচেল পিক্পা মীগী হৌনশা শ্যা-কহ্নাই লৈতবা তাঞ্জা য়েংহ্ননা বাবাধন থৌনা ফররে। থুংলরে হুরানবগী চীরোন্ অপঙ বগী কন্থী হৌরক্লবা।

কৃষ্ণদাস উবদা বাবাধননা মকোক লৈবাক শোক্লা থুরমই। বাবাধনগী ভক্তিহু উবদা কৃষ্ণদাস মুর্ত্তি ওইনা লেপ্পা ঙমদে। মাগী গুরুগী অয়া অনা হংজে। শ্যামগীদমক্ লেপ্পমক্ পরিক্ষা ঙম্নবা প্রার্থনা তৌই। মাগী অজ্ঞাবু স্বর্গ য়ৌনা থাগৎলমই। অফবা হায়রবহুদদি কৃষ্ণদাস হরাওজে। মমৈদা পোতপ থাংজিল্লকই:—ইবুঙো শ্যামগুম্বা মশক ফজবা হায়বা ইনবা, লাইরিক ফবা ছাত্রসি ঐখোয় লক্ষিপুরসিদা অতাঙবনি অজ্ঞা। মাগী লমচৎ অসিদংগা নহা ওইরিঙৈসিদা নিংথিজনা লমজিংবিরবদি ফরিব-সগী মথক্তা ফখ্রনিদকো

মচাবু ফনবা শেম্নবগী মায়কৈদা হৌদোরক্লিবা বাবাধনগী সজেসনবু কৃষ্ণাসনা সমর্থন তৌরি। বাবাধননা চিন্না পাউদম্নকই। মচেৱবুদি য়ান্বনি হায়ববু কৃষ্ণদাসতদি হাৎপগা চপ মান্নখ্রে। মচাহুপানা পাংঙলগী মথুৎ চাবা। পৈশানা মচাবু লৈরগা

পাংঙল মুপীবু বাঘোনদা থাজগদবগী থৌরাং তৌরে। সাধুনা সৈতাল পোক্লে। মচানা মপাবু নোরো ক্লা ইম্বনবা হোৎনরে। লাইরিক ঔরাইদরে পাংঙলগী ইমুংদা পাংঙলগী থবক্ শূত্বনা লৈরে। মসিদা করম্বা ব্রাহ্মন্না করম্বা মপানা হয়াওকম্ থোকই! মঙোন্দা থুরমইবা মীনা অসিগুম্বা ব্যবহার তৌকম থোক্কবা রাফম অসি হৌদোরকপসিদি কৃষ্ণদাসকী মমায় অপাকপত্র কদায়দা লোৎকনি? শাউবনা মৈ হৌরে। মশাগী ইজ্জৎ অমদি সম্মান ঙাক্লব হোৎ-নবদা লাইরেনগুম লফু কাবগী ফিভমদা লৈরে মৈনা চুরম্লগা বাবাধন নাম্ভোকখ্রে। চৎলমদাইদা মাগী অঙ্গাগীদমক্ মথরায় রানা মেঞ্জরমই:-। মনিন্দদি থোকহনবিগনু। পাংঙল মা-নবু শেন খরা পায়রগা মীবু অসুক উশিত্তবদি। শ্যামসি ব্রাহ্মন মচানি হায়বা খঙ্না-খঙ্না মানা ফারিবনি ব্রাহ্মনগী ইজ্জৎনা লৈখা তাখ্রবদি হিন্দু ঐখোয়দি মাঙ্লেদো।

অচুম অরান মশক খঙ্দবা হায়বসি অশাওবগী মগুন্নি। শাওরিঙৈদদি মীগুংশিসু পোকে, অচোপ-অরেমসু খঙদে থৌনাসু ফৈ। তুংগী রাখল খম্বরুবসু লৈতে। অমাং-অশেঙগী চৌকিদার কৃষ্ণদাস লীচৈ মরু পায়থৎখ্রে রাধিকানা মপুরোই-ববু ফিংকত্তনবা ফনা থামজে। কৃষ্ণদাসনা মনাদা হাপতে। লাইয়াম্না সমুদ্র নৈবগী হাক্তামহাদেবনা কৈলাসতগী পাইথরক-পগুমই কৃষ্ণদাসপু থিংবিনবা মুহিনীদি কনানা শাবিগনি?

কৈথেল হায়বসিমক্তবু কৈথেল শতম নত্রবসু দুকান পরেং লৈবনিনা মী তিনবা মশানা তাবনি। দুকান মমাংদা লেপ্লগা আগা থানবু কৃষ্ণদাসনা কোথোক্লে। মচাবু করিগী ফাত্থনা শিজিন্নরিবনো, শেন কয়ামুক পায়রা মীনো শ্যামবু জাৎ তাহনগে

থৌরাংবদি মত্তিক কয়া লৈদনা তৌরিদ্রো, পাংভল হায়বসিদি অমাংবা জাতিনি; হিন্দু ধর্ম্মদা মুসলীমনা শীংনবগী শক্তি করি লৈ? কৃষ্ণদাসনা ভাংউবসি অঙকপনি। অহানবদা মখোয় আনদা ভাংনরম্বদগী মীনা কবোক্, ভায়রে। লক্ষিপুর বজারদু মীনা পিক থনখ্রে। পুলিশ ফাওবা চেনশিন্নরক্রে। আগা থাননা কৃষ্ণদাসপু শাউদনবা কয়া হায়জে। কৃষ্ণদাসনা তাবা লৈখিদরে। আগাবু থীনা থানা চেবা হেরক্রে। মমৈদ আগানা তুমিন্না থাঙথিবগী ফবনি নত্রবদি হিন্দুগা মুসলমগা নাপাক্ তান্নঙনা রৈনা শুনা থোক্পগী তয়ারাদা লৈনরবনি লক্ষিপুর থনাগী ওসিদু মীহুন শুখিদরে। রায়োৎ থোক্তনবা খাম্বা লাক্রি। আগা থান মীনা লাকচবা য়াবা মী নত্তে। অদুবু মমায় ঈচপমুক ভাংনা তুমিন্না লেপ্ত্রনা লৈ। ময়াম্না কৃষ্ণদাসপু থামই -- ওকএ অজ্ঞা ওকএ। মখাক্ খরসু মথম্বিয়ু। মীগী জাত্তি পন্দুনা চৈবা হায়-বসিসু মতম অসি মহোশাগীদু নত্রে। লেঙশিন্নসি অজ্ঞা, শঙ-গায়দা।

কৃষ্ণদাসনা হায় — ভারতবর্ষ অসি হিন্দুগীনি। অদুনবু হিন্দুস্থান কৌবিরনি। মপুকচেল শেংদবা মখোয়গী মরৈবাক্তি পাকিস্থান। হিন্দু ঐখোয়না ধর্ম্ম লৈমনবদগী মখোয়বু তাংজকম পিবিরগা মখোয়না নিংথৌ শারেনে। অমাং অশেংসু খঙদবা, ইরুজবগী মথোঙসু নাইদবা শা য়েন চাবা মখোয়বু ঐখোয়গী ইনাক্ত লৈহনবসি ঐখোয়গী দোষনি! ঐখোয়না নোংপোক্ ওল্লি মখোয়না নোংচুপ ওল্লগা কুল্লি। ঐখোয়না নামৈ য়েপই মখোয়না ফনেক শেংলি। ঐখোয়না মায়দা চন্দোন থিল্লি। মখোয়না মকোয় থাক্ই। হিন্দু ঐখোয়না ইমানি খন্না পুক্লা

তেরিবা শন হাৎপা কাংবু অসিবু হিন্দুস্থানগী মরুপ ওইবা হায়বসিদি অকবা মঙ্গল থক ওইরোই। মখোয়সিদি তুবদা কাওবা হিন্দুগী ওয় তৈনবদা তোরবা হিন্দুস্থানগী মাঙনা তারকপী মশক ওইরবা লাক্তিনি। মাগুম্বনম্ভ ঐঙোম্দা শীংলবা শারি পাকিস্তানদগী হিন্দুশিংবু শা ষন হোইদোরকপগুম তাম্বোররগা ভারতনা মুসলিমবু পাকিস্থানদা হে ইজিনথিদবা অসিমক্তা পকিস্থাননা হিন্দুস্থানবু উশিত্ত বনি। শকফম মান্নদবা, ফিজেৎ তিন্নদবা, ধর্ম্ম তোঙানবা, চিঙ্গাক্ খেন্নবা হায়বসি পুকচেলম্ভ খেন্নকম থোক্ই। পুকচেল তিন্নাবা মী শঙ্গ অমনা পানবা লৈবাক্তবু করম্বা তুমিৎ থাদা চাউথৎকনি। অমনা পন থিংগনি অমনা হোশায়গনি। হিন্দুস্থান্দা পাকিস্থান লৈহল্লোইদবনি।

শাউমনখিবন অথিংবা লৈতনা পংঙাং ঙাংউবদগী পুলিশনা কৃষ্ণদাসপু ফারমগদবা থজ্জিক ঙায়। আগা থানবু চৈবা য়াবা মথৈ চৈরম্নগা হনখ্রে। ময়াম্ন নমঙুন' ময়ুমদা পুশিনখ্রে। পাউ তাবদগী শ্যামকহ্নাই চেল্লক্রে। খৎনবদি লোইখিরম্রে। আগা থানগী মরুমদা শাউদনবা শ্যামনা কয়ারক হায়জে। মচাগুম্নবা শ্যামনা মথরায় রাজবথ্ন উবদা আগানা তপ্না হায়রকই —শ্যাম। ঐ করিম্ভ শাউদে।' অজ্ঞানা চৈরিবদি ঐবু নত্তে। মুসলীম্বুনি। হিন্দুস্থানদা লৈরগা পাকিস্থাননি খনবা পাংঙল মচাশিংবু ঙাংবনি মজিজি চৈফম থোকপনি। ভারতত্তা পোক্লবা ভারতকী লৈমায়থক্তা চাউরবা ঐনা হিন্দুদগী করিগী তোঙালনা লৈকম থোকই। ঐম্ভ ভারতমচানি। ভারততা লৈনিংগ্রবদি পাকিস্থানদা নক্সগা অতোপ্পা মুসলীম দেশতা লৈথিগদবনি। ঐ করিম্ভ শাউদে শ্যাম অহুবু থজ্জিকংদি ইকায়। ইচাহুনী করিদাবু মীয়াম মমাংদা

মুসলীম্নি হায়রনা খোঙ্গোইনরম্বা অসিগী মরমদি ঐ থিনিংই।

শ্যামনা ময়ুম য়োরকপদা মপা মচা রাকংনরে। কৃষ্ণদাসনা মচাবু মশাগী মশক থগুজদবা, হুই হোৌদোংগী শাজুৎ চৎপা গধানি হায়রুনা চৈবিরে খুম্নিংবা রারোলদি শ্যামনা থম্মোয়দুংদা মরোল মরোল লৈববনি অদুবু মপা কৌবনিনা মথৌনা রাংলে। থৌনা ফরুরবসু চৈ চাবগী ফিবম্নি। মপানা চৈ থাংবহু তাবদা থাংবা ওমলক্রবগা শ্যামনা মতোমত হায়জে— ব্রাহ্মণবু অসুক পওবদি।

পরিক্ষা ময়াগা ওইরে শ্যাম ইমুংদগী মপাল থোক-হনখিদরে জেলদা থম্বগা চপ মান্নবা মপানা ওাক শেনখ্রে। আগা খানগী ইমুং চেকশিনখরে বাবাধন হুকান্দগী তানথোকখরে। হৌজিক্কি আগা খানগী ইমুংগী অরোনবা পাও লক্ষিপুরনা তাবা ফংলরোই।

রারক চেৎপা কৃষ্ণদাসনি। পরিক্ষা হেক লোয়খিবগা শ্যামকহ্নাইবু কলিকাতাদা থাদোকখরে। আগাগা মুক্ররুবনা মবম ওইনা কৃষ্ণদাস লক্ষপুরদা লৈবা হুণ্ডায়রকত্রে। ময়াম্নদি খামই অদুবু মশানা লৈনিংগুক্তুনা ইম্ফালদা ইংখোল অমদি হুকান লৈরগা ময়ুম হোংলক্রে।

থৎনখিবা অ০ নিংশিংউরগা কৃষ্ণদাসনা লমন খুম্বনি হায়-বিরসি মমৌ চন্দ্রাবালীগী চিঠি পারুরগা কৃষ্ণদাসনা অশিবা মীগুম চৌকিদা মখোঙ থাঙ্গত্তুনা ফম্নগা রাখল তৌরি। আগা খানবু মানা চৈখিবহু থরদি হেনমনথ্রমাল্লে। কৃষ্ণদাস হুণ্ডায়তবা পোক্লে। অ০বু ম০মক নংলমুম্নবদি শ্যামকহ্নাই এম এ পাশ তৌরমদবসু য়াই। কৃষ্ণদাসনা মনিপুরদা চহি অমরোম লৈরবা মতুংদা লক্ষিপুরদা অমুক চৎলুই। মাগী মম্নপ মপাংশিংনা

তরাম তরাম তৌবিরই। মানা তৌখিবা ধর্ম্মগী ফলনি খঙ্গছনা
নথরায় হরাওজে।

কৃষ্ণদাসনা লক্ষিপুরগী মন্ত্রপ সেঙ্গোইসনাদা হংই:
আগাগী মচানুপীছ কনদোখ্রে ?
সেঙ্গোইসনা থুমই।

ফরিদাবু ওইরবরা অজ্ঞা। মাদি ত্রিপুরদা লুহোংখ্রে।

৮

খবরদা ফোঙখিবত্তগী মতুংইন্না নহারোল শঙ্গ, অমা লাক্লে। কৃষ্ণদাসতা হায়জররে। করম্বা বিষয়দা ভাষন পিবিগদগে? সভা অহূদা য়াওবিদবা য়াদে। ময়ামগী মরক্তগী মাবু থনগৎ-লবনি হায়ররে। ময়ামগী দোরিদগী কৃষ্ণদাস সভা য়াউবদা তারে। গৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী মরমদা ইবা লাইরিক থিবা হৌরে। মথং মথং পাথরকপদা থেংনরে। জোগাই মাধাই মচিন মনাওগী য়াউগী শঙ, য়াউগী শঙ মৈ থাদোক্ল,বা। মৈতৈনা য়াউশঙদা হরাও মথোয় কাবা। মথংদা লৈরে। জোগাই মাধাইবু হিন্দু ওইহনবা। কৃষ্ণদাস মকোক্ ঙাওরক্লে। নহান মথৈ মাদি লাইরিক পারমক্লে।

চন্দ্রাবলীগী চিঠি অহনা মানা পারিবা লাইব্রিকী চেথন ওইরি। কৃষ্ণদাসন চিঠী অহু অমুক ফাক্তোকতুনা পায়। রাধিকাসু তারি।

—ঐদি ব্রাহ্মন নিঙোল নৎচদে। ঐদি ইসলাম চহুনি। পাবুংনসু নিংশিংবিরমগনি। ঐদি লক্ষিপুরগী আগ থানগী মচাহুপী ফরিদা জলান হায়বীগনি ... ... ।

রাহে থরা অসি কৃষ্ণদাসকী মনাকোংদা শুংহনতা লৈরে। অমুক হোনা ঙাংলকই। খোঞ্জেল অদো অমুক পিকথখি। জ্ঞান তারকপা মিকুপতা কৃষ্ণদাসনা নিংশিংলমই :— ঐনা লক্ষিপুরদা চৎলুবা চহি অগদা আগা থানগী মচাহুপী অহুদি লুহোংখ্রবনি। মতম অগদা শ্যাম কলকাতাদা বি এ দমক তম্নি। আগাগী মচাবু অনি শুবরা ?

রাধিকানা খুমলকই:— আগা থানগী মচাদি অমথকতনি। মহোয় পাবুংনা লুহোংখ্রে হায়রিবা আগাগী মচাহুপী অহুনি। ঐখোয়গী ইমৌ ওইররিবসে। নিপামচানা হায়বনি।

লৈশাবিসু নত্তবা তু-মল ! জাতিসু মুসলীম্ !

কৃষ্ণদাস মকোক ঙাওরক্লে। মমিৎ তন্দনু পাইরে। রাখলদা মশাহু লেকথরক্লে। মনৌ চন্দ্রাবলীগী মেঙলবা খোঞ্জেলনা লাউরি।

ঐদি ব্রাহ্মন নিঙোল নৎচদে। ঐদি ইসলাম চহুনি। পাবুংনসু নিংশিংবিরমগনি। ঐদি লক্ষিপুরগী আগা থানগী মচাহুপী ফরিদা জলান হায়বীহনি ... ... ... !

— ও ! লৈশাবীসু নত্তবা তু-মল্ ! জাত্তিসু মুসলীম্।

# ৯

চন্দ্রাবলীগী শক্তম অমদি থম্মোয়, মানা ইরকপা চিঠী পুন্না মমি তারি। য়েংবা চৎলুপ্রবস্ শ্যামগী মমিত্তা চন্দ্রানা চারম থক্লম খঙদনা লেপ্লিবা মতম। চন্দ্রানা খল্লিবা রাখল উদবা নত্তে। চন্দ্রাগী অরোয়বা আশাগী মঙাল শ্যামগী থম্মোয়দগী ঙানবা হৌররে।

অনিমককী মনাক্তা পোথাফম লৈত্রবদি অহুমশুবা অমগী মনাক্ত চৎপা তায়।

চন্দ্রাগী রাখলনি। শ্যামনা কাউবা ঙমদরে। থদুনতা লৈরে।

হিন্দু মুসলীম খৃষ্ট্যান। শ্যামনা থিরকই। মশামক হিন্দু ব্রাহ্মণ। চন্দ্রাবলীনা মুসলিম। খৃষ্ট্যান হায়বদি কনানো।

মখোয় অনিবু পুন্না নাউকোনবীগদবা ধর্ম্মসি লৈত্রবরা। মখোয়না লঙজখিবা পাপসি কোকপীবা য়াবা ধর্ম্মসি খৃষ্ট্যান নত্তনা লৈ-ত্রবরা। খৃষ্ট্যাননা মখোয়বু থুংলাম তোয়না কৌরি। জেস্নুনা হায়— ঐগী ইনাক্তা লাও। ঐঙোন্দ চংজরকউ। ঐনা নখোয়গী পাপহু লানৃবিগনি, ঐনা নখোয়বু সর্গদা পুবিগনি।

কয়াদা পুকচেল চাউঙবা প্রভুনো? অসুক মিয়োক মিচান ফজবা ধর্ম্মা অসি চত্তনা করি ধর্ম্মা চংকনি। লঙজখিবা পাপকীদমক অথেনপোৎ থরগা চর্চদা চংলগা শেঙনা হায়দোক-চরুবা মিকুপ্তা পাপ পুন্না কোকপিবা ইবুংঙো জেস্নু লৈরি হায়-বসি শ্যামনা নহান মথৈ নিংশিংনুদবসিগীদ-ক মশানা মশাবু রারো-জরম ই। হিন্দ, মুশলীম অনিমক্কী চংজফমদি খৃষ্ট্যান ধম্ম দনি।

হিন্দু ধর্ম্মাগী সভা অহগী ফল ঙাইবদা শ্যাম পোথাফম খঙ-ত্রে। কান্নবা ফংলয়োই হায়বসি খঙ্গরে অংবু বেপটাইজ হেক তৌবদি মা ঙমদরি। মা খৃষ্ট্যানদি শোয়দনা ওল্লগনি।

পৃথিবীগী মায়কৈ মরিদা খৃষ্ট্যানগী মপাঙ্গল নোংমা নোংমগী কনশংলক্লি। মীশিংস্নু অঙকপা ফংনা হেনগংলক্লি মনিপুরগী তীবশাং খৃষ্ট্যান ঙম্না ওন্নখরে। তম্পাক য়োরক্লবা মতমনি। অমাং অশেং থায়বা, জাত্তি বীজাত্তি থীবা মপুকচেল পিক্লবা হিন্দু ধর্ম্মা অসি থাদোক্লমলগা মৈতৈ থুল কয়া খৃষ্ট্যান ওনখ্রে। খোঙথাং থুদিংগী পাপ পুরগদবা হিন্দু ধর্ম্মনি। হিন্দু ধর্ম্মনা মীংচং মীথায় অসুক নাইরমগনি অমদি ব্রাহ্মন হায়বা জাৎ অসি অসুক তোম্না লৈ হায়বসি শ্যামনা খক্ থাজরুদে। মা মরিং ভম্বা প্রজা অমনি হায়না খল্লুই। অদুগদি মীনাই ওইরম্লে। মীনাইগা মপুসা থেম্নদবদি জেস্নুগী ধর্ম্মদনি। প্রভু মাদি

য়াকৎচগদবনি। দগুিনা, নমথাক্না নত্রগসু ওইজবা থিবগীদমক ইশাগী ধর্ম্ম ওনগদবা নত্তে। নশানা অচুম অয়ান বিচার তৌজবা ওমত্রবা নংনা ধর্ম্ম ওল্লগা করি তৌরুনি? ধর্ম্ম হায়বসিদি মশা মশাগী য়ানি ফুরিৎ ফিরোলগুম্না অমগী মফি অমনা হেক্ক শেংচিনবা য়াবা নত্তে। অমনা নংনা খৃষ্ট্যান ধর্ম্মবু কোন্সিল্লগা নং অফবা মী হেক্ক ওইগদবা অমদি মুক্তি ফংগদবা নত্তে। অফবা মী ওইনবা অমদি অশেংবা মুক্তি ফংনবগীদমকদি ধর্ম্মগী মমিংনা ওইদে। থম্মোয় শেংবদনা ওইগদবনি। নং কাউরমাল্লে ঈশ্বরদি অমথক্কনি। মী মীগী রাখল খেন্নবগী মতুংইন্না ধর্ম্মা য়ামজ্রখিবগী রাদনি ঈশ্বরদি অমথক্কনি। অতুনা সংসারগী ওইবা ধর্ম্মা অমথক্কুং লৈফম থোকই

হিন্দু, মুসলিম, খৃষ্ট্যান হায়না তোঙান তোঙানবা মিংগৌ থোল্লবা ঐখোয় পুন্নমকসে মপা অমত্তগী মচানি মুসলমানশিংগী অল্লাহগা হিন্দুগী ঈশ্বরগা মশা অমত্তনি। মনিংসিদা অমমম্ ওইবগী বাফম লৈত্তে। মশক তাক্কনদা খেন্নবগী রাদনি। মীমচা কয়ানা মাগী মাগী রাখল খেন্নবগী মতুংইন্না জগৎকী মপু ঈশ্বরবু মতিক মগুন কয়া শক শোন্দুনা মশক তাক্কবা হোৎনরি। মখোয়না লাউজবগী রাদনি। ঈশ্বরদি মখোয়না থাগৎলিবহুগী শক্কক চান্মা হেন্না মতিক মগুন লৈ। ইবুংঙো মাগী মশক্কি কনানসু তাকপা ঙম্লোই। রাখলনা মাগী অওইবা মুত্তি ফাওবা লাক-শিনবা ওইথোকে ইবুংঙো মাবু চাং ওনবা কনানসু ঙম্দে। অতুনা ঈশ্বরবু থাজবা হায়বদদি মীওইবা পুম্নবু ইচিন ইনাওগুম্না থনবতনা ওইগনি। মতুন ধর্ম্ম পুন্নমকপু ব্যবহার তৌবা ওইনসু থোক্কনি।

বিনোভা, অমসুং প্যারেলাল জেলদা লৈরিঙৈদা অহারীক্ক জবুৰি, কোরান পাহনা মতম লেনখি।' খান সাহেবনা হিন্দুগী আশ্রমদা লাক্লগা রমায়ণ তারে, গীতা পাঠ তৌবা য়াউখি। মস্লিদা করি কায়?

ঐনা পাম্বদি মুসলিমশিংনা অফবা মুসলিম ওইবা, হিন্দু-শিংনা অফবা হিন্দু ওইবা, খৃস্ট্যানশিংসু অফবা খৃষ্ট্যান ওইবা: মশাগী ধৰ্ম্মবু হোংবগী মরমদদি ঐদি সমর্থন কদৌহুংদসু তৌরোই। মরমদি ঐদি সনাতন হিন্দু অমনি অহুনা ঐসি খৃস্ট্যান অমনি, বৌদ্ধ অমনি অমসুং মুসলিম অমনি হায়ন ঐদি দবী তৌরিবনি।

পঙগহুনে শ্যাম। হিন্দু ধৰ্ম্ম হায়বসিদি অচুম্বা অমদি অহিংসানা যুক্কম ওইরগা শেম্বনি। মরম অহুনা হিন্দু ধৰ্ম্মদা অতৈ অতোপ্পা ধৰ্ম্মগা য়ানরোইদবগী অমদি খংনবগী জগহ লৈত-বনি। নশানা নশাগী অচু। অরান [ভ্রম] খণ্ডরবা হৌনদেরে, অঙাং! ঐনা হায়রিবসিনি, ধৰ্ম্ম খুদিংমক অচুম্বমকনি তৌইগুম্বসুং মীওয়বনা শেম্বগী মতিক মপুং ফাদবনি। অমদি মীওয়বগী হৌনবী নমথাক অমসুং মপুং ফাদবগী মখি লোয়না তাবনি অহুনবু ঐনা খৃস্ট্যান ধৰ্ম্ম শম্দোকপশিংনা মখোয়গী খৃষ্ট্যান নত্তবা অতৈ ধৰ্ম্মবু অচুম্বা নত্তে হায়বদগী মখোয়গা তন্তুন খংনত্নিবহনি।

স্বৰ্গ হায়বসি খৃস্ট্যানশিংদগী রিজার্ভ নত্তে খক কাউগহু খোঞ্জেল অহু অমুক তাখিদরে। শ্যাম মিকপ থোক্লগা কোয়না য়েংই। নোং ভানগদবা ভাইহাকতমক ভাইরম্লে। মাগী কা মনুংদা কনাসু লৈতে। থোঙসু হাংদোকলমদে। ঘড়ীগী কাতাসু অরেপ্পা লৈতনা চংলি। লেদদনা লৈরিবা হায়রবু

মনাইগী অহাং ফাওনা চামথোকপি। অশোমনা অমা কয়াম্ভু কহনবী। ফত্তবা পাপীশিংগীদমক মথরাই রাবিশ্ৰু ওমই। প্রকারী য়াইফনাকীগমক মশামকী থরাই ফাওবা থাদোকখি। জেন্নুদি ঈশ্বরগী অশেঙবা মচানিপানি। মাদি য়েংববুদু মুংখি। মাগী মমানদা জাতি বীজাতি লৈতে। মঙোন্দা চংজরকপা খুদিংমকী চনজরাব পিখি। মাদনি অশেংবা ধর্ম্ম অবতার। খৃষ্টান ধর্ম্মদুনি চংকবা মরম অসিদগীনি হিন্দুধর্ম্ম মরাঙ্গ চায়থরক্লিবা। রাখল অসি লাকপদগী শ্যামগী মায়থোংদা মঙাল অমা ফাওরক্লে। মানগু হায়ঃ —অসিমকী মকমদা পোখাকম্ কংম্রবদি অহুমকবা অমগী মনাকতা চৎপা তায়!

মসি খেৎকম লৈত্রবা রানি। হুপী লোনবা মীগীম্নু মত্ত্রনি।

ব্রাহ্মন মচা অমা পাঙলদা জাৎ তাখ্রে হায়ববুদি খৃস্ট্যান ওনখ, হায়বনা হেন্না মিংচৎ ফক্লে। মসিদা থোয়না ইকায়নিঙায় ওইদে। শ্যাম অমসুং চন্দ্রাগী থম্মোয়গী সুংনাংবা পুম্মা মাঙখ-গনি। হুংঙায়না পুন্সি লেনবা য়ারগনি। গোপীম্নু বিলাততা চৎপগী খুদোংচাবা ফংলগনি। শ্যামনা হায়ঃ —অসুক ফবা খুৎলায় লৈরমবু ঐনা করিগী ঙাওচৎনগনি। ঐ ঙসিদগী য়ু থক্লরোই। ঐ অফবা খৃস্ট্যান অমা ওইরগদবনি।

মথরায় হুংঙায়রবা শ্যাম ঙসিদি হুংঙায়না তুমথখরে।

হুংঙায়না তুম্মুবদগী মিকপ থোরকপনি। তুম্নিংদবদি নত্তে। মখিৎ শিংদ্রি, থোক্লেল অমনা মাবু হোৌদোকপগুম তৌখি। মা নিংখিংবদি ঙমক্লে। থেঙলবা অহিং অহুদা ফক্লাংদা য়াল্লিবা ঘড়ি অচৌবস্তু তেং হায়না অমুথকং ঢৈখি। কয়াগা পুংখায়নে। হায়ংনা য়েৎথোক্লরুই! পুং অমা মথায় তারে। কা অহুদা কনাম্নু লৈবা

উদে থঁড়ি অহুগী মনাক্তা গাব্বিজীগী চাউরবা তবীর অমদি নৈবা উই ? শ্যাম অমুক তুমথগে তোই ।

—শ্যাম। ঐনি নংগী বাপুজি । হৌগৎলু য়া হায়গে ।

—বাপুজী !

—নহৈ নশিং তম্বা লোয়রবনিনা । নপাক্তল নম্নৌশিং চাউরক্লবনিনা । এবু কাউরবরনে শ্যাম্। অঙ্কিন ওইনা পোক্লগা নংনা য়াথল অহুক থেল্লিবা কয়িগীনো হিন্দু ওজরক্লবী করিদা জালানবু নংনা খৃষ্ট্যান্দা পিথোকদৌর্বিব করিগীনে ? নংদি গৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী অবতারনি । জগায়-মাধাইবু সনাতন ধর্ম্ম পিথবদি ঈ তানরগা পিখিবনি নংদি সুংশিবনা খুৎলায় ওই-রগা ফরিবা জাগানবু ইসলামগী পর্দাসুংদগী হিন্দু ওলহনবনি । হিন্দুস্থানী অমা ওইহনবনি নংগী নতিক নগুন তুংগী মীওয়না শোম্নরগদবনি । নহাক্তুম্বা থৌন ফবা নহারোল ভারতমাতা খুৎলা তোয়না কোরি । এদি হিন্দুগী লাইশঙদা হরিজনবু পুশিল্লবনি হিন্দু ধর্ম্মগু অচুম্বা থিবদা ধর্ম্ম অমনি, পৃথবীগী ধর্ম্ম খুদংমক চপ মান্নে হায়না থৎনরবদনি নংনা ফরিদাগী লমচৎ হোংদোক্তুনা লাইশঙদা হৈ-নৈ কত্তুনা খুরুমহল্লবনি নং মায়থা-বগা মায়পাকপগা খেন্নবা খঙল্লে ।

—শন্দোক্তা তাকপিয়ু বাপু !

—নংনা খৃস্ট্যান ওহবা পামলবদি খৃষ্ট্যান ওন্দনা খৃষ্ট্যান অমনা চৎফ থোকপহু চৎপা, তোফম থোকপহু তৌবা অমদি খনফম থোকপহু খনবদি য়াদবরা ? ধর্ম্ম ওনবগী মঅংদা সমাজগী করিগু মথৌ নৈতে । ধর্ম্ম ওবা হায়বসিদি থম্মোয়গী অমদি মরমচাবগী-য়ানি ওনগদৌরিবা মী অহুগী মশাগী লমচৎ শাক্তংনা

গান্ধিজীগী তম্বির অহৎদনি। শ্যামনা ইপা পাথংনা হায়রকই :

—চনদ্রা ! অনিদা পোথাফম থিরগা অহমগুবা পুসিল্লকপগী আর্থ করিনো ? সুপ্নগী অমথক্তদা চংজগদবনি, মংদা ঐখোয়গী পোথাফম ফংগনি। ঐ খৃস্ট্যান ওনবগী রাফমদু ভুম্নরোই। ঐদি হিন্দুনি। ইমা ! ইমা ! চনদ্রাবলীহু কাছাড় বোরবিনগী অজ্ঞা বিবিষনগী মযুমদা লৈবনি। কৌশিনবিরু। চংজরকপা মীবু তাম্নোকখিবা হৌনদে।

কৃষ্ণদাসকা রাধিকাগা চেন্সিল্লকই। মচানিপাগী থগৎপা মওংহ উবদা রাধিকানা শোম্থাংননা হায়রকই।

—লাই খুরমথোক্ত বা য়াদরে।

অজ্ঞা কৃষ্ণনসু শোললি।

—উম। কছাড়গী মহৈদি হায়নরিবনি।

## ১০

পিক্লিবা মশুবু হুন্দোক্লম্লগা মমৌনা মপামদা চংখিবগী থবায় হুংঙায়তনা লৈরবা কৃষ্ণদাসনি হুংনাংলিনৈদা পাম্মুজরবী মখো চনদ্রাবলীহ্ব ব্রাহ্মনী নত্তে হায়জিললক্লে। মচানিপামক্লস্নু অচুম্বনি হায়রে। ফরিদা জলানবুদি মাস্তু নিংশিংলি। মাদি অতোপ্পা হুপাদা লুহোংখ্রবনি। চনদ্রাবলীবুদি মানা থাগৎচরিবী মমৌনি। মশূ গোপীগী মমানি। ফরিদা জলানগা চন্দ্রাবলীগা করম্না মশা অমত্তু ওইগদৌরিবনো? অহু ওইরবদি বামোন গোপ লদি কনা? সমাজগী ফমথক শগাইদা খোংগ্রাই চললগা। কৃষ্ণদাস মকোক ঙাওবা মখৈ রাখল তৌরকইবা কুইরে। গোপালগী চিঠি থুংলরে। কৃষ্ণদাসকী মফমদদি তাইবঙপান অসি মঙলৈবাক

ওইরে। য়েংখিবা থুদিংদা সংমক্ত উরে। মহাক কদৌগুৈ হিংগদৌরি?

—অজ্ঞাগী মফমদা ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা ননাওনা ভক্তি কচ্ছখিবনি। অপরাধ খিবিক ঙাকপিগনি। কৰ্ম্মবুদি বিধিনা কনখিবনা মতাং ওইখিবনা হিংদবা য়াদবা পুন্সিসিগী লানফমদা ননাইনা পাঙথোকচখিবা থৌদাং, ঙসিদি অখাকপা লৈতনা তমজরগে মসিগীদমক শাপ তৌবিবা তার'সু ননাওনা অপত্তি তৌজরোই দুর্ব্বাসাদদি নিংশিংবিনি।

ঐহাক বামোন লৈকাইদা পোকপা ব্রাহ্মণ মচা অশেঙবনি। ঐনা শস্ত্রেন শনঙাক ঙমম্ভ্রিডৈদা অহল লমন পুম্বা থ পখিবনা মীগীদা চাকরী তৌত্রনা চাউবা ঙাইজরকই খাবৈ চেগপ পায়বা ঙমলক্রবা মতমদা হোটেলগী পুজারী ওইনা পুন্সি লেনবা তাবনা ব্রাহ্মণ অমগী পুন্সিগা খরা থাপ'তারবা তাখি। ক্ষেত্রী মচা অমা ওই। পাঙ্গলনা ইরৌশিং ওইরগা ইমান্নবা মরক্ত তিন্নবা হোৎ-নরবই। নোংমা নোংমগী ইম্ফালদা হিংনবগী লম্বি খুজিল্লকপনা ঐ আসামদা থবক শুবা চৎপশিংগী মতুং ইন্দুনা শেন তানবা চৎপদা তাখি। চহি খরা আসামদা মাঙলরগা মমৈদা আগা খানগী ঠিকা মফমদা লেবরশিংগী পুজারীসু ওইনা ওইনা তফাগী থবক তৌরমই। মতম অত্থদদা ঐগী পুন্সি হিংলে খঞ্জখি। আগা খানগী থৌজালনা ঈশ্বরবু ঐনা নিংশিংদবা ঙমজরক্তে। আগানা পিবিখিবা তেঙবাং ঈশ্বর মাগী খুজিল ওইফম থোকই। ননাওগী হাওন্নুবীসু আগানা লুহোংখিবনি। অদুনা আগাগা ঐগা মরুপ ওইবসিদা অজ্ঞাদা থোইনা ঙক্সা থোকপিগনু।

অহিং অত্থ নোং কম্না তাই। মহাজন আগাগী ইমুংদা ঐবু কৌই। ইমুং মনুংদগীদা ওইনা মিটিং অমা তৌই। রারি

চখরকপদা ঐবু কৌবগী মরম ভাব তাবা ঙমদে। মথং চখরকপনা অজাগা খান শাহেবকা থৎনবগী রা তাবা ফংই। অদুদগী মকোক মরু ফারবী ফরিদাগী কপ্পা কপ্পা রাকৎপা রাগী পরেং মহাজননা অমত্তা ঙায়জরবী মচানুপীগী নিংজবা থ,ংনবগীদমক মচাবু বলিদান তৌনিংবা, ফরিদানা শ্যামকহ্নাইবু ঙুংশিজরুবগীদমক ইসলামবু থাদোক্কে রাশকপা। মুসলমান্না হিন্দুবু লম্না তৌরগা মাইথিবা পিনিংবগী রাদি কনানসু পন্নদে। মীওইবা মশেনগী মরক্ত থল্লিবা খেন্নবা অসিবু শীংনবগী রাকম ওইনা তৌই। খান সাহেবনা ফরিদাদা কয়ারক হংই। ঙম্নগদরা? অম্নক নত্তনা তোয়না ইমাঙমক্ত হংখি। শোয়দনমক্কী ঙম্নগদরা? মহাজনগী রাদি, মাগী থস্মোয়না লৈরিবমখৈ ফারিদাবু পুন্সিগী ওইনা চেৎনা কোন্দুনা থমগনি অল্লাহনা কশন রাহৈ অমা ফাওবা নাতৈ কাংলোই, মচাগী প্রেমগী মমিংদা চংফদবা মফ দা থক লেপ্পরোই। মহাজনগী হুপী বীবীসারাদি মাগী অশেঙবা মোং ফোংদোকপা ঙম্খিদে। অদুবু মপুরোইবগী মতুং ইনগনিদি হায়খি। ফরিদানা খৌনা ফনা খুমই—হিন্দুস্থানদা ব্রহ্মণসি মীওয়বা অমা ওইরম্নবদি মা হিন্দু অমা ওইবদা থক মায় লৈহনা চেল্লক্লোয়।

চিক্না ফরিদাবু ঐনা কয়ারক থেমজিল্লি। জাত্তিগী বর্ণ ধর্ম্মদা খেন্নবা অমদি চৎনবীগ্নী রাফম কয়া শুগায়না ঐনা খঙজবা মথৈদি ফারিদাদা খঙহনখিদবা নত্তে। মহ তাবদা ফরিদা নৌরিবী হুপী মচানি, শ্যামগীদমক মপি ঈরা চেন্না কপ্পা ঙমই। শ্যামগী অপামবনি। শ্যামনা কলকাতাদা চৎকদবগী অহিং অতুগী অথেংবদা রাশকহল্লপ্বনি। শ্যামগীদমক মপুন্সি মাঙহল্লগনি হায়না ফরিদানা কপ্পা কপ্পা হায়জবদা নত্তনা ঐবু হুংশিবা মশক খঙদবা চন্দালগুম

ফরিদানা রারৌথি। ঐসি হিন্দু অমা নক্সবরা, শা-রা, ইতোমতা থল্লকথি।

শ্যামনা কলকাতাদগী ইরকপা চিঠিস্থু ঐঙোন্দা উহনখি। চিঠী অদুগী মরোলদি : ঐবু পাবুংনা মালেম লৈকোইবুং অসিদা মীওয়না পোকপিবনি, ইপানা ঐগী পাঙ্গল হাপ্পিবনি। ইমানা নাউকোনবিবনি। ঐগী পাঙ্গলনা চাউরক্লবা মতমদা, রাখল খন্নবগী শক্তি লৈজরক্লবা মতমদা ইপাদা তৌবিমল থঙবা উৎপা, ইমাগী খোম্মাং লমন শিংবা হায়বসি ঐগী ইথৌনি। মখোয়না লঙ-শীল্লম্বা শেন্দোন কয়া ঐনা শিংফম থোকই। লঙশিল্লম্বা পাপকী প্রতিকারস্থু ঐনা কৎফম থোকই। সি অচুম্ববু পামজরুবগী রানি। হুংশিবগী মশুংলাংগীদমক্নি। পুন্সিগী খোঙলোয়নী খঙ্গরিবী নংনা ঐবু তেংবাংবিম্নবদি ঐখোয় ভারত মচানি হায়বগী থুদম করম্না ৎকনি? মরায় চায়থরক্লবা সমাজ অসিগী মমাঙদা ঐ মায়থিজরগে ফরিদা। নোংমতা ওইরবস্থু নং হিন্দু অমা ওইনা ঐগী অহন লমনশিংগী মমাঙদা অমুক্ত লেপ্পিয়ু।

নোংগী জম জম লাউবা খোঞ্জেলনা মখোয় ইমুংদা কপ্পা লাউ-নবা কয়াদো ইমুংত্নদগী মপান থোকশিদে। ঐঙোন্দা ফরিদাবু শিন্নরকপা মতম অদুদদি ঐ খুঙ্ফম থঙদনো ফনা কুইনা তুমিন লৈজবনি। ঐনা হোয় হায়ত্রিঙৈদা অসিমকংদি হায়জে। ঐ শ্যামগা অমুক্তং উন্নজবা ফংলবদি ওম্মোক্না হুণ্ডায়জগনি। মতম্থু ক্ষায়দনবা মহাজননা শীনগনি হায়বদগী ঐনা ফরিদাগী হিন্দুগী ওঝা ওইবা তাথিবনি। মখোয়না পিবিবা মনা মথুমগীদমক ঐনা হোয় হায়জখিবা মত্তে। ঐনা ব্রাহ্মন অমা ওইনা মীওয়বগী সেবা তৌজনিংবদগীনি।

তুমিং অহুগী নোংঙানবদগী ফরিদাবু ত্রিপুরাগী মহ জন হাজি অমগী মচাদা থাজখরে নিক শোল্লগনি কুইরম্লাই লুহোংবদি কলকাতাদা হোংগদৌরিমান্নে। হায়বা পাউ অসিনা লক্ষিপুরগী প্রজা খুদিংমক্কী রাহ্নি ওইথি ঐ ইশামকসু পাউ অহ শন্দোকপা য়াওখিদে হায়বদি চিন-লৈ কেনগদবা রানি অজ্ঞা।

অচুম অরান ইথুংঙৈ শ্যামদা হংবিহ্ন। ঐনা হিন্দু ওঝাগী ফর্সি লক্ষিপুরদা ফংজবা মস্তে। ফারিদাগা লোয়মনা কলকাতাদা লৈরিঙৈদা শ্যামনা ঐগী রাশক কয়া লৌরগা পিবিরকপন ঐনা শ্যামবু অমদি ফারিদাবু মাঙহনবা ওমগন, খান সাহেবঃ নমথাক তৌরগা পুলি শেনবা ওকবা শন লৌথোকপসু থাইন লুনা থোকংবনি। অহবু ঐ ইশানা শবচখিবা রাশক অহুবুদি ঐনা থওইদব ওমখিদে। হৌজিক ফরিদাগীদমক্কি শ্যাম মংনা ওঝা ওইখ্রবনিনা ঐনা ঐগী রাশক লৌথোকচরবনি কাবং বেগগগ শ্যামকন্নাইগ অশেঙবা লুহোংবদি কলকাতাদন। ফরিদাগা শ্যামগা কলকাতাগী গ্রান্দ হোটেলদা হাপ্তা অমা লৈমিন্নৈ মত্তুগী মতুংদা ননাও বদ্রিন, ব্রিন্দাবন পুরী, যৌজরুই। ফারিদাগী মপান্থোংগী কুয়োম কয়া গঙ্গা তুরেলদা হুম্বহ্মগ শ্যামনা পিবিরব চন্দ্রাবলী হায়বা মিংথোল অসি লোয়রগা ঐখোয় শ্রীগোবিন্দজিবু দর্শন তৌবা ইম্ফালগী যাত্রা তৌরকপনি। চন্দ্রাবলীগা মরী লৈনজ্রবা মহাজন খান সাহেব শিলচরগী কুম্ভীরগ্রামদা কুমথহৌই। মগী ফম্ফমদা ননাইগী হাওহুবী চন্দ্রাগীনা মমাঙোন শচিহ্নানীনা মচাহুপীবু কোন্দুনা পুবিরকই।

অশেঙবদবু হাংদোকচনিংহনা পত্র অসি থাজখিবনি। ইবেমগী মপাবুংনা থারকপা শন মরুপকী পৈশানি হায়না খন্দুনা

ঐনা খরচ তৌখি। ঐখোয়গী শচীরাণীনা মচাহুপী চন্দ্রাবলীবু মীগী ময়ুমদা চৎথ্রগা মোক্ত খুম্নৌ চনখিগদম্না রাজবদগী হুপী অমগী শিন্দম শিম্না কয়া তম্বি তাকপিখিবা, ফত্তবা শরৌ শিনবা ওইনা লৌবিগনু। মতমগী নহারোলশিংগী কল্লক মিহৌ লাংবু কিজবদগী ঐনা নহারোল গুণ্ডা কয়াবু তিম্না তোংবক্তরগা চন্দ্রাগী ছম্রি ওইনা কোম্বোং য়াংমদা অহিং হুংখিল মিশেল খাঙজখিবা শেনগী মিনাইগি হায়নমকস্ন খনবিনু। চন্দ্রাবলীনা খামোন নৈকাইদা চহি মঙা নৈবগী মহুংদা ঐনা খঙজগা হায়ববু মা হায়বাইনবী হুপীমচা অমনি, রাহৈ খোম্বোক হুংশি, হুপীগী মথৌদা অরাবা খঙদে, সতী অশেঙবীনি মপুরোইববু ঈশ্বরমক্নি খঙ্গে। খম্মোয়হুংদা ঈশ্বরগী ভক্তি চেংনা নৈ। মীপুম খুদিংমকপু মচিন মন ওঙ্ম খঙ্গে; কল্লকপা মীহৌবা অ৷দি ফত্তবা রাখল মতোম্দা নৈতে। শম্না হায়রবদা চন্দ্রবলীগী মরমদদি অজ্ঞাগী ইমৌনি। হেম্না খঙবিরম্মনি।

রাব্রিগী অরোইবদা ঐনা রাশকচরি অজ্ঞা। মনিপুরদগী কছার য়ৌবসু ঐ অমসুং মমাশাবী শচীগা লোইননা চৎমিন্নবনি, হৌজিক্না বোরবিন্দা অজ্ঞা বীবীষনগী ময়ুমদা তং‌বুম নাম্মা তেক্তনা চন্দ্রবালী, মপুরোইবগী দর্শন অমদি মনেম মকুগী য়াথং চ্ছায়হনা নৈরি। পুনমক অসে ঐদি লোন থোক্তবনিনা খঙনিংবা মী কয়াগী নাকোং খুদিমক পঙলগদবনি।

ঐ অমুক ইম্ফালদা থোক্লকপগী রাখল থাদোকচরে। লক্ষিপুরদা পুন্সি লেনজরগে। পঙলবা নচা ননাইনা অরানবা লম্বি কয়া চৎখিবা জগৎপু লানবিরিবা ঈশ্বর মাগী পুরোহিৎ অজ্ঞানা থৌজানবিয়ু।হিন্দুস্থান য়াইফবা ওইসনু। জয় হিন্দুস্থান।

—শ্রীগোপাল শর্ম্মা।

হৌজিক কৃষ্ণদাসনা করি রাখল খনগনি। মচা নুপানা যৌবন নিঙোন লৌরে। পাংঙন নুপীনা থোংবা চাক মা চাখ্রে। পাংঙন্না পোকপা মচা মনমদা থোংলি, হেকপা লৈ ঈশ্বরদা কৎথরে, লাই-শঙগী রাই তৈরম্নে। হৌজিক মা ভাৎ তারোইদবগী মরম করি লৈরি? মুসলমাননা খাজিঙং ফিজি-ফিনানা হায়রম্বদদা হন্দোক্কে তৌরম্বা অজ্ঞানি মা হৌজিক করি তৌবা তারি? করম্বা তুলসি মচুম থল্লগা করি ইরাৎ পুজা তৌরগা, করি মন্ত্র শোল্লগা মা শেং-দোকপা য়াগনি। শাউবগী পনখৈগ্নু লাল্লবনি, রারৌবগী রাগ্নু তম্বম খঙদ্রে। মতোমন্তা থোয়দো শাউগৎচবনা মতোমতা অম্মা-ম্বাট তৌজনিংলে। মহুতদা মাগী থম্মোয়গী শান্তি ফংলগনি খল্লক্লে। অহিংসা নিতিদনা ধর্ম্মগী পোলোইনি হায়বসি মাদি মতমগী ব্রাহ্মণনিনা য়াফম থোক্তে। মানা শক্রি অহিংশা হায়বসিদি মরিং-জেন পান্দবা পাংদবা মীগী থুৎলাইনি। কৃষ্ণদাসনা নিংশিংলকই, শ্রী কৃষ্ণগী আর্জ্জুনদা পিথিবা পাউজাক, য়েক্লববু তুম্না হাত্তোকউ মহুতদা শান্তি ওইগদবনি। চন্দ্রাবলী, গোপাল আগা খান মাগী য়েক্লবা ওইরে। তুম্না হাৎলবদি মাগী শান্তি ফংগনি। মগানিপা শ্যা'না কমদোবা? মাবুনা ইনথোকপা। পলেপকম লৈত্রবা রা-খলগী লাংদা থুরবা কৃষ্ণদাস চক্রবেহু মনুংদা অভিম্যন্যু ওইরগনি। সমাজনা মাবু কনবিরগদ্রা? পণ্ডিত কৃষ্ণদাস মাগী য়েক্লবা মশক খঙজদরে।

## ১১

ঐথোয়গী থম্মোয়না চাউথোকচরি, তোয়না য়েংজনিংই শকহেনবি চন্দ্রাবলী। কৃষ্ণদাসকী মমো চন্দ্রাবু মুসলমান নহারোলশিংনা চথোয়গী ওইনা ফংবদা য়ারগনি থংজংনস্থ কলক মিহৌদবা গুম্ত্র। মৈরানবীনা মৈরি উবদা থরায় মাঙগনি কিদনা মৈহুংদা চোংশিনবগুম চন্দ্রাগী নাক্ত মোংলরি। চোংশিনগদবগী থৌরাং তৌরি চন্দ্রাগী গাইথোং অতিয়াদা থোকপা থাজনি। অউবা মীশিংনা থাগৎত্রবদি নোরোক তাগদবোই নিংই পাউ তাবা মীশিংমা য়েংনিংবগী ঈহুল পোকই। অইংবা মিকুপ্তা হিমালয়গী উনগুমই। অশাউবা গতমদা মীয়ামগী পোথাফমগী শক্তম পুবিনি। মগুংলাংগী রাথোক্ত কৃষ্ণদাস নিংহন্নরে। মমৌবু পাম্মুজহনস্থ নিপামচা থৌদাঙ উৎপা চিংনরে।

নায়ত্তোম লেপচনিংলে চন্দ্র বলী, য়েক্কবপুঙবু মায়োক য়াংনা মদোম পুন্সি লেঙনিংলে। অত্তনা পাঙ্গল শোনবী হুজ্জানি করম্না মদোম লেপ্পা হুমগনি। মতু আগা থাননা থংদবা নত্তে। মশামক্কী শিন্ন-থোকখ্রবী চন্দ্রাবু মাগী থুত্তমদা অমুক থম্না পান্নকলে মশাগী থুংলাই শাস্ত্রবু অজ্ঞা কৃষ্ণদাসনা তুংওইনবে হায়শা থান। থঙশংনা অচেৎপা থাজবগা লোয়ননা গোপীবু ভিক্ষা নিরগদৌরি। পিক্লবা রাফমদগী অচৌবা রাথোক থোকখিবমক্কনি। মখোয় অনিদগী রানি। হিরম অসি ব্রহ্মা সভাদা করম্নসু পুংথোকউনি। মীযাম মাঙদা পুথোকউববুদি অনি য়াশিন্নবনা হেন্নংম লেমগনি অত্তবু প্রজাগী পোং হায়বা অমা নৈরিবনিনা মত্তুসু পাক হেক য়ারা নত্তে। থল্লিঙৈদ কৃষ্ণদাস থোংগ্রাই চল্লি, ধ্যান তৌরি শননা শোয়দনা রাইগনি। আগা থাননা টেলেগ্রাম তৌরক্লে; অজ্ঞা ঐ নিংথৌবাবা তুমিন্তা ইাম্ফালদা লাবচগনি। হঙ্গোইনিরবা ঐগী ইশু ইবুংঙো লৌজবগে! মমা কপ্পুনদা নৈরে। ঐ এম জী হোটেলদা থুংজগনি। ঐনা হেক য়ৌশিনজরকপনা ফগদরা! অজ্ঞাগা মিনিট থরদং রারি শামিন্নবা মফম অমদি মতম থঙহনবিরকউ

লাযথ্রবা রাফম্লি। লুনা থল্লবগী রাদনি গোপী পিথোখ্রগা লোয়রে। চন্দ্রাবলী কোক থাইনখ্রগা বামোন্নবী অমা থমজিল্লগা কৃষ্ণদাসকী করি রানিঙায় নৈরি? মত্তুদা শ্যামনা বেরা চক্রি তেরবদি মচাসু য়ুউনা বোব তাম্বোবহুগা লাইরে স্বাধিন পাম্বা মীদা স্বাধিন পিথোক্কনি। চিনা পাম্বা কাংবুবু চিনাগা মরুপ শাহনগনি। বর্মাদা তিনগে হায়রকপা কাংবু য়াওরবদি মখোয়হসু বর্মাদা তিঞ্জখ্রো হায়গনি। পাকিস্টানগী মিচং চংনিংবা কাংবু পকিস্টানদা

চৎহনখিগনি । ব্রাহ্মননা ব্রহ্মন মরম্নাই লৈজহৌরগা লোয়রে। কৰি ৰানিংঙাই লৈ ? মসিনি ঐখোয়গী রাখল। অদুবু মীগী রাখলগদি থম্না খেন্নরি। নাইতোম তাব শন কৈগী শিকার ওইবা শোয়দবনি। মীদি তরাগী চৈশুনা লেংথোং ফাবা পামই। পুন্না চৎমিন্নরগা পুন্না পন্থ্ংফম য়োমিন্নবা অসিনি। কৃষ্ণদাসতি করি খল্লি ?

অচৌ অশাং ওইবশিংনা থবক চথফম খংলকত্রবা মতমদা মচা মনাইদা অমুক্তং ওনশিল্লকপা হায়বসি শোয়বা লৈত্রবনি। মরমদি কৃষ্ণদ সনা রাধিকাদা হংলকই:

—তারিবরা মমা ! হৌজিক কমদৌবা ?

- মপাগী রাখল মঙায়রে।

- হোয়নে অদুবু হায়বা। গোপীসি পিখিবনা চুমগদরনে ?

- ইশুবুদি কদাবগী পিগদোরিবা ?

—মমাগা মচাগা কায়নহবাসবু—

—ইমৌ কয়াসু কায়নখিবা য়াই। কায়নখ্রবা ইমৌ কয়াবু নিংশিংদনা মনেখোক কয়া হিংনরি। ফুরাইলাৎপম মচাবু করম্না জাৎ তোঙানবদা পিথোকখিদোরিবা, মপা নংবু ঙাওরবরনে ?

—মদু ঐ চুমদে হায়দেনে। অদুবু ঐখোয়গী মৌ কায়নবগা অতৈগী খাইনবগা মান্নরিবরনে মমা নংবো। ঐ নিপানি হায়দুনা ঐঙোন্দ ঙাকসু ইম্বোকনু। য়ুথুরেল্দি মমা নংনি।

- ঐগী রাদি মদু অদা খঙদে ইশু পীবা শুকঙম ঙম্মোয়। ঙসিদগীদি মপানা ইশুবু পুখিবসু তৌবিরনু। ঐগা শাগোন্নজরগে।

—অদুগা। নিপামচাগী মোৎতি।

—ঐনা হায়জরিবসি মাসু য়াফম থোকই। মরমদি মা

কলেজগী ছাত্র ছাত্রীশ ওঝা অমনি। নিপামচানা মাগী অপাম্বগী-দমক চংখিগে হায়রবস্থ ইশুদি য়ুম অসিদা লৈহৌগদবনি। অজ্ঞা। ইশু পিখিবা য়াদেকো। ইশুগীদমক উকিল ওইবা ফাওবা শুপ্ন-য়োইদরনে?

লোম্না কুমৈ য়েংগদবগী থৌরাং কয়া শিল্লিবা শ্যামদি কম-দৌরমগনি খংজ্রে। কৃষ্ণদাসতি মিহুন য়াওজ্রে আগা খান রা ঙাংবদা লৈয়েং ফাজিনখ্রে। কৃষ্ণদাসকা আগা খানগা মায়োক্কনা লেপ্লিব মিনিট তরামুক ফারক্লে কৃষ্ণদাসনা য়ুম্,নি। আগা খাননা অতিথিনি। লাক্লিবত্থ কনানো, শানা হায়গদৌরিবনা করিনো খংলবা কৃষ্ণদাসনা আগা খানবু কেৌবা শুমদরে। তুমিন তুমিন লৈনৈ। মখোয়গী শুমাং মতোম্দা আগা খাননা লেপ্লগা দারি মপাম্দা শান্নরিবা গোপীবু মুন্না য়েংহনা লেপই। আগা খান্না হায়রকই:—গোপী। নমাগী মনাক্তা চৎলসি লাকও! ঐ নংবু লৌবা লাকইবনি।

মকোই চোমলবা মুসলমানচদা গোপীনা তিঙক তিঙক য়েংহনা লৈ। রাধিকা ইমুংদগী চেস্থোরকই মগুবু পমলগা ইমুংদা চংখরে। আগাগী মিৎয়েং চোয়বা লৈতে। গোপীদি উব ফংদরে। ইমুংদস্থ লৈতরে। রাধিকানা মনিংলোমদা থাপ্না থৈদোকখ্রে। তৌনরিবা ইরাংত কৃষ্ণদাসস্থ উরে। কৃষ্ণদাসনা হায়রকই: —খুদাদা লেঙশিনশি। করি তাকপিগদবা।

শুমাংদা থারিবা মোরা অত্থ শুমাং মতোম্দা পুথোক্লগা খান কমই। কৃষ্ণদাসকী রাহং তাবদা খাননা হায়রকই:—কদৌঙৈ অঙাং পুজাখিবা য়াগদগে।

—ইশু নিপাগী রা ওইরবরা?

—অহোয়। ইশূগী।

—ঐগী ইশূদি কনাগুম্বদা পিখিবা লৈত্তেনা।

—অজ্ঞানশু খঙবিরে। ফরিদা ঐগী অমত্তা ভায়জবী ইচানি। ইচাগীদমক ঐ হিংজরিবনি

কৃষ্ণদাসনা হংলকই :—মথুদা করি অকায়বা লৈরবগে?

—থা ফাজিল্লক্লে। ভসি ফাওবা অজ্ঞাগী ইমৌগী মরমদা রাখলা তৌবিত্রে। মচা পোক্লবী ইচানি। ইচাবু মীরাইবিহ্ননা হল্লানবা তারবদি মচাসু য়াউনা থাদোকপিরকপা ফৈ। মমাগা মচাগা কায়নহনবসি ধর্ম্ম থোক্কে অজ্ঞা। ইচাগী মতৌ য়েংবা ভমদহ্নেনা ইথোঙ থোংন লাকচরবনি। অহুঙৈ অজ্ঞানা কল্লক পেন্না ঐবু ভাংবী শকপিথিগা ঐনা তুমিন্না থাঙজখিবনি। নহান মথৈশু ইচাগী নিংজবা আশা থুগায়জনিংদবদগী খোঙ-খুৎ তেক্লবা মরোন থোক্ক্রবা মী অমা শাজরক্লবনি। ইশুনিশাশিদা পিনবিয়ু। ঐ পুন্সি চুপ্পা তুমিন্না অমুক লৈজখ্রগে।

—চুমই খান সাহেব। মতম অমদা ঐগী হাশাওবা পু ফমন্থু লৈখিরম্বা য়াই। অতুগা সাহেপশু খুদোংচাবা ভাইবদা কনবিরম্বা য়াই। ঐনা খজবদি রারী শাবসি থোক্না দরকার লৈক্ক্রবরা নিংঙৈ।

—নিঙোল পোকপা মপাবুদি করম্না থৌনা ফবা ভমগদগেদো অজ্ঞা। অতুবু ইচাহুপীগী মরল মুনবিহোরে হায়হ্নুনা মপা ভইবা ঐঙোন্দা রাকৎলরবনিনা শোল্লবহু লেপ্পদবা য়াজ্রঘনি অজ্ঞা।

—রাগী রা ফজনা ভাংনবনা ফৈ খান সাহেব। ঐ মীগী মরল নমহ্নুনা ভসি ফাওবা লৌদরি। ঐবু হরানবা শিগে থৌরাংবিরক্নু ঐ থাঙবা ভমজরোই।

—ঐসু ৱায়ী শাংথজনিংদে। অচুম্বগীদমক্ত মিচঙসু থোম-ঙরোই। অচুগা ঐগী থুং শোল্লি হায়হুনা ঐনা অচুম্বগীদমক্তদি মায় ওন্দুনা চেনগদবসু নত্তে। থোংথাং থুদিংদা ঐগী মরম্বা ঐগী উপকারনা ঐবু শেন্নবিরি। ফরিদাগী মরমদা করি থনবিরিবগে অজ্ঞা ?

— ফরিদা হায়বদে ?

—অজ্ঞাগী ইমৌনুপী। গোপিগী মমা।

—ঐগী ইমৌনুপীদি চন্দ্রাবলীনি। ঐ থান সাহেবকী ইচানুপী ফারিদাবু মশক থঙজদে। ৱারোৌবিগনু।

—ফারিদাবু থঙবিরবসু ইমৌ চন্দ্রাবলীগী মপাদি থঙবিরিনি হায়না থৈ। চন্দ্রাবলীগী মপানা মঙ লোৗবা লাকচরি। করি হায়বিরিবা ?

- ঐগী ইমৌদি লুহোংলগা লৌবনি কৃষ্ণদাসনা থুমলকই অহনলমম থঙদনা অমদি য়াউদনা কন্য অমবু লুহোংবদি ঐথোয় হিন্দুদ চৎনদে। শুভ বিবাহগী নিমন্ত্রন পিয়েং তাবিগেরা। ইমৌ চন্দ্রাবলীবু পোকপা অহন লৈরমহুনা মগুগী থোঙ্গুন লিবা পান্নবদি চন্দ্রাবলী নত্রগা ইবুংঙো গোপাল থারক্রমগদবনি। অহুদি নত্রহুনা ফরিদাগী অহনমক থারকপসিদি শক থঙদে হায়বদগী হেন্না ঐগীদি হায়নিংঙাই লৈরোইদৌরি। মমাগা পিক্লিবা মচাগা কায়নহনবা হায়বসি ঐথোয়দা হুঙাইতবা পোক্‌নসু লল্লানবা মীগী মথুত্ত ইশুবু চিঠিগুম শিন্নবদি ওইথোকপদা থরা ৱানা থোক্লে: ঐ বাজারদা থবক মচা অমত্তং লৈজরি।

—তানবিহ্নবসু চৎথিগদবা লৈরবা মীনি। তুমদবা মীদি ঐগু হৌদোকপা ঙম্ফম থোক্কে। ঐনা মনিপুরদগী থঙনিংবা

খঙলবনিনা ফারিদাসু হয়াওজরনি। মতম খরদং তুমশিন্নবগ্রনা তশেংনা তুমথখিবা ওইসনু। ঐগীদি ইণ্ড ফংজবসু য়ারে। হকচাং অসিদি অশিবা নাইবনি উফুল ওন্দুনা লৈবাক্ত তিনখিনি, মাঙজখি-সনু। মাইথীগদরা খল্লম্বনি। অচুবা থবকী অশেংবা মহৈ ফংলব-নিনা ঐদি পোঙনা হনখ্রগদবনি। করি পাউ চেনবিগদবা?

—খরা থুনা হনখিবা কৈ। মতনা লেম্বা হেনগনি। লোয়্না চেনখিবী সুপীবু হুরানবী কৌদনা মপু অমনি হায়নদি কনানসু হায়রোই। হুরানবীগী মশকপু মপুনা মুন্না খঙলবদা দথি ফংলোই-দবগী মন্নমসু লৈরম্লোই। হুরান পোৎয়াবা মীগীসু মন্নান লৈফম খোকই। ঐ হৌজিমক্তি মপু ওইরি।

—খুজাই মপু কাদোক তাবা কেসসু লৈতবা নত্তে।

হায়রম্লগা আগা থান চৎখরে। কৃষ্ণদাসনা ফাক ফাক নোক্লগা হায়রকই:—অতোওবদা লেপইবা ঐবু মাইথিবা ওইনা লোজবা শারি। মখোয়দি মপুন্সিগী সুগুায়বা ফংলোইদৌরিবনি। অঙাংসিদি খক পিররোই। মচাসুপীত্রনা কর্ম্ম নোক্কে য়েংগে। অমত্তা পোকচবা মচানা কপ লাওত্রনা লৈরগা মপানা কদায় ফাওব মথরায় হরাওবা মুসলীমগী গুন য়েংবা তারে। মানা চন্দ্রাবলীগী-দমক গপ তৌরবদি ঐসু গোপীগী মমা চন্দ্রজিনী অমা নেঙ্কনি নক্ষত্রগসু দময়েন্তী অমা মরাইনা লাকচগনি। অদুগা লাম্বা তৌহনগনি। ঐগী লন, ঐগী লম পিখোকখিগনি। চন্দ্রাবলিগী লম্বা অমা মী থারগা মপোঙ পায়ত্রলা হায়জরুগনি অত্ত ওইরবদি ঐসী রাজনিতী হৈবা মী অমা ওইরেদনা। মখোয়গা খৎনজ্রবদি শান্তী পাম্বা মী অমা হায়বত্রসু কায়ত্রে ইংগী, সমাজগী, ধর্ম্ম-গীদমক ঐনা খরা রাশিন্নবদগী হেন্না করিগী দায়িত্ব পুরুগনি।

ঐগী শোয়ত্রগা লোইরে। ঐগী ফিভম চেংনবা হোংনগদবনি। ঐনা হিংলিঙৈদদি ইচাগী শরুক থাক্রমত্রবস্নু, সমাজগী মায়দা কালি তৈজরবস্নু, ইমুং অসিনা মচেৎ মচেৎ কায়রবস্নু ঐনা ইমুংগী মকোক ওইদবা য়াদে। লৈকাইগী মমাংদা ঐসি রাজনিতী হৈবা প্রজানা য়াবা লিংজেন লৈবা মী অমা শাদবা য়াদে। ক্ষোম্ন-থংদা থোক্লক্কদবা চন্দ্রাবলীগী রাথোক করিস্নু বেরা লৈতে ঐগী মতমদবু থোক্ত বদি। তুংগী রাদি পাঞ্জি ফাওবস্নু খঙদে। ঐনা করম্না খঙজিল্লখম থোকই! ঐ ব্রাহ্মন মংানি। পণ্ডিতকী কাংবুনি। আগেদগী চংনরক্‌ইবা নিয়ম্নি। লম অসিদি ব্রাহ্মন্না চাউগদবনি। ঐবু উবদা মকোক নোন্না খুরুমহনগদবনি।

রাধিকানা মথরায় মাতৈরহ উবদা কৃষ্ণদাসনা মথৌ পোংঙনা হায়রকই:—ঐনা থীনা চৈথ্রবনি মমাই ইচপমুক ঙাংনা হনথ্রবনি।

মপুরোইবগী মথৌনা উবদা রাধিকা হরাওজে।

তুমিং অমদা হিন্দু ধর্ম্মগী সভা ফমগদবনি। কৃষ্ণ'স ব্রাহ্মা শাবা ফাইল কোম্নহনা এরিয়ানদা চংখ্রে।

# (১২)

এরিয়ান হেংলদগী হল্লকপদা কৃষ্ণদাস শরক্ত চৎপা মী মশক থঙদরে। মীনা কোরম্বা থুম্লমদরে। শরক্কী মতাইদা মরু লুকথরহুনা মথোঙ তপ্না তপ্না থাংলি ময়ুম য়োৌরক্লবা ফাওবা রা ঙাংবা কাউরে। মপুরোইবগী মতৌম্ব উবদা রাখিকায়ু রাখল থন্দবা ঙমদরে। কৃষ্ণদাস চৌকিদা হুংগী মুর্ত্তিগুম ফমথখরে। নানক্সাউদা শিংপা হুংশিংকুম মাগী রাখল মনিং তমখ্রে। কুপ্না নৈনরক্লবা হিন্দূ ধর্ম্মনা আসামগী অঙ্কি হুংশিং ওইনা মাগী থোপ্তা শিংচিল্লক্লে। কবা থল্লবা মমিৎনা য়েংজবদা ঙায়রে। মনানা তাবদা ঙাইরে। মাগী রাখলনা রা ঙাংলি, হংলি। কৃষ্ণদাস মকোক ঙাওরক্লে। অঙৌঙবা ঈশিং থক্লবস্থ মকোক্তমক চিক্ত্না তোক্লনি কৃষ্ণদাস হিংলিবরা কনানা হায়বা ঙমগনি ?

- নহাক কনানো

--ঐ ব্রাহ্মন অমনি ঐ কৃষ্ণদাস শর্ম্মনি।

– ঈশ্বর য়েংলগা হায়য়ু। নং মী নত্তরা ?

—মাগ্নি।

— উম মতু হায়গদশনি নংদি ব্রাহ্মন নত্তে। নংদি মাথা য়াওদবা মীনি। নংদি, নশামক হিন্দু অমা ওইরগা হিন্দু ধর্ম্মসু মশক খঙদে। মীওইশগী মৈহৌরোলগী রা নিংশিংউ। মাগ্নি, মাগুশা ধর্ম্ম শাস্ত্র নিংশিংবা ঙম্বরা ? মাগুনা সংসারসি শেমখিবদা পাংঙল করম্না পোক্লকই। মতসু তোক্লো গ্রিসকী নিংথৌ অলেকজেণ্ডরনা ভারতবর্ষবু জয় তৌবা লাকপদা শিন্ধু তুরেল মপান্দা তারবা জাতিবু শিন্ধু অত্তদগী মমৈদা হিন্দু। মসিগী মমাংদা হিন্দুগী মমিং করি কোরনই ? দান মশক খঙদবা, ভিক্ষা া আর্থসু খঙনবা, হৌজিক চংনরিবা ঈরাঙ ক্ষাওা খঙত্রবা নংনা ব্রাহ্মন মচানি হায়জবা শায়। নংবু ব্রহ্মনলনে ?

– মসিদা ঐগী করি ইরাল লৈ ! ঐগী ইমিং ফুরালাংপম কৃষ্ণ দাস শর্ম্মনি। কৃষ্ণদাস সিংহ নত্তে।

— অহুনবু হায়বনি শর্ম্মগা সিংহগা করি খেন্নৈ। মী অমগা মী অমগা খেন্নবা নং পুথোকপা ঙম্বরা। ছাত্রবু ওঝানা তম্বিবা হায়বসি মহৌশানি। অহুনবু ওঝা উরগা ছাত্রনা খুরম্নরি। করিসু খঙত্রবা শর্ম্মা ছাত্র অমবু সিংহ ওঝা অমনা তম্বিবা তারবদি শর্ম্মনা সিংহদা খুরক্ষম থোকতরা ? মৈতৈদা খুরম্নিংত্রবদি নং মৈতৈগী ওঝা ওইনবা হোৎনগদবনি। মীগী মংক্ষা খেন্নবদি মপাঙ্গন অমদি মবুধিদা খেন্নবনি। মীওয়বা খুদিংমক ঈশ্বরগী মচা ঙাক্তনি ঈশ্বরগী মিয়েংদা কৃষ্ণদাসসু আগাখানসু চপ মান্নবা মীনি। মিং

তোঙানবগী য়াদনি।

—মতুদি অতুক হায়জবা হায়বত্তনি। হিন্দুগা মুসলিমগা খেন্নবা খঙত্রগা মাইন্নে করম্মা হায়ম্বিবা ?

—ঐখোয়না খঙদবা ভাব তাদবা য়াথলহু লাম্নি হেক্তা হায়রদি অচুবা ওইরোই। চুমই হিন্দুগা মুসলিমগা চাংদম্নবা য়াবা য়াই। ধর্ম্ম অনিসি তোঙান তোঙানবা লম্বীনি পন্থুংফমদি মান্নজরবস্নু। অত্তবু খায়দোক্করবদি চপ মান্নবনি। পোকপদা মী খুদিংমকসি চপ মান্ননা অমস্নুং মনিং তম্না পোক্লকপা ঙাক্কনি। অমনা অমদগী হেন্দে আত্মাদি অমত্তনি হকচাংদনি তোঙানজবা। ঙ অমগী মশা লোঙবগুম মনা কয়ামরুম পানবগুম জাত্তি কয়া খায়জখিবনি। মাগী মাগী থাজবা কয়া লৈবদগী ধর্ম্ম কয়া লৈজবতনি। ধর্ম্ম খুদিংমক চপ মান্নে। ঈশ্বরবু ফংনবা থিবা ঙাক্কনি। জগৎ সংসারসিদা ঈশ্বর অমথক্তনি। অদনা হিন্দু মুসলিম মশা অমত্তা ওইফম থোকই।

—মরৈ যেৎপা হায়বসিদি ককচেং মহুস্নু চফূনি হায়না য়েৎপস্নু ময়াগনি। হিন্দু অমত্তা মুসলিম ওইনা পোক্কে। মুসলিমগী ইমুংদা হিন্দু অঙাং ঙসি ফাওবা পোক্তি।

—ও, অঙাং হায়বসি ঈশ্বরগী মচানি। ঈশ্বরনা য়োকপনি। নং থাজবা ঙমদে। ঐখোয় খুদিংমকসি শিরগা লৈবাক মহুংদা চঙনরিবা ঙাক্কি। হকচাং পূম্নমক উফুল ওনগনি। হুংশা থাবল অমদি নোং, ঋতু অমদি ঈশিংনা হিন্দু মুসলিম ট্রাইভেল খায়রবদি হায়খ্রিবা অদুগ অসি ঈশ্বরনা শেমলকপদা তোঙাম তোঙানবা শেমলকপনি হায়বত্থ ঐ য়াবিরগে। গঙ্গা তুরেলনা হিন্দু মুসলিম মিচং মিথায় নাইত্থনা ব্রাহ্মণ নংনা কবিগী মিচং মিথায় নাইদ্রি ?

ঈশ্বরগী অয়াহঙ্গা করি খেৎস্ল ?

—করিগী খেৎলদনি। ঐখোয়গীদি মূর্ত্তি নৈ। মখোয়গীদি নৈতে।

—য়াম্বায়নগী য়ারি তারবদি সীতা কনাগী থুগাইনো থগুবনা ফৈ। ঈশ্বরদি মকম খুদিংদা লৈবনি; হিন্দু ঐখোয়না থুরুপদি মূর্ত্তিদা নত্তে, মূর্ত্তিগী মনুংদা। লৈরিবা জগৎকী মপু অদুবুনি। মুসলিমনা মজজিদতা নমাজ শোল্লি। করি খেৎস্ল। কৃষ্ণ, রাম আল্লাহ, জেসু বুদ্ধ তোঙান তোঙানগা জাত্তি নত্তেনে কৃষ্ণদাস। মমিংদা তোঙানজবনি। মখোয়শিংসিনা ঈশ্বর ওইবা তারবদি অমত্তনিনে অমত্তা।

—হায়রিবা য়াফম অদো হায়রিবা মী অহুগী অচুম্বা ওইসনু।

—তৌমুদা কৃষ্ণদাস। য়াফংনরকপা মতমদা অহুম্না চেনবা হৌনদে। ঐনা হায়রিবসে হিন্দু ধর্ম্মনা হায়বনি। হিন্দু ধর্ম্মদি চাকচা ইথক, ফিজেৎ অমদি চৎনবীদা শেম্বা নত্তে অচুম্বনা য়ুম্ফম ওইরগা অহিংসানা মচাক ওইনা শাগৎলিবা দলাম্নি। গুহা মনুংদা লৈবা হত্তোইগুম্না, গুহাগী অকোয়বদুনা সংসারগী সিমানানি হায়না হিন্দু অমনা খনগদবা নত্তে। অদুগা হিন্দু ধর্ম্মদনা অচুম্বগী শয়ং মূর্ত্তিনি, অতৈ ধর্ম্মদি অয়ানবনি হায়নসনু খল্লোইদবনি। পুকচেল পিকপা হায়বসি হিন্দু ধর্ম্মগী য়েক্লবনি।

—ত্তম হিন্দু ঐখোয়দি পুকচেল চাউখোকদবনি। য়েক্লববুনু তুংশিগদবনি। হিন্দুগী লাইশংবু মুসলিমনা থুগায়হনগদবনি। ঐখোয়গী সিংহসনদা মখোয়বু চহি চা কয়া নিংথৌ ওইহনগদবনি। বৃটিশ লোনা কাংবুবু চংজকম তাংজকম পিগদবনি। অদুগা লৈবাক অসিদা মখোয়বু ঐখোয়গী মপু ওইনা চহি চা কয়া অমসু থমগ-

দখলনি। পাকিস্তান থাইদোকখিগদবনি। চিনাগা মরুপ শারগা হিমালয়দা লান মায়থিগদবনি। কবো ভেলী. পিথোকখিগদবনি। মনিপুরগী শাস্ত্র অসিদি ঐখি থেংনরক্তে।

—থেংনরকপা অদুনবু থোকত্রিবগনি। থোক্রগদি খণ্ডলক্নি। মহৌবু হিন্দুগী দোসনি হায়গে নিরা। পণ্ডিতকী দোস নত্তরা। করম্বা মতমদা প্রজানা ব্রিটিশ অমবু গভর্নর হাপখি। মুসলিমবু দিল্লিগী সিংহাসনদা ফিথৌ ওইনবগীদমক প্রজানা হিন্দু নিংথৌবু হাংখিবরা। ঐনা মনিপুর মাইথিনবগীদমক ব্রিটিশকী মথুত্তা মনিপুরগী মেপ থিল্লুবরা? কবো ভেলী পিথোকখিবরনে? লৈবাকী রায়েল পথাপ পায়রিবা অমদি প্রজানা খরা ব্যবহার তৌরিবা মীওয়না লৈবাক শেম্বদা নত্তনা মাঙনা তাক্লবগু শীনবনি হায়বসি কাউগনুনে কৃষ্ণদাস। শাস্ত্রসু খণ্ডদবা নংনা রাজনিতিগী রাগু ঙাংগদগী হোৎনরি। নংনা পারিবা খইবশিং অদুদি শাস্ত্র নত্তে। ঈশ্বরগী রাদি কনানসু লোশিনবা ঙমদে। ঈশ্বরনা হাইবসু ঐখোয়না পাবা ঙম্ষম থোক্তে। নংনা চিনফা পুরিয়া অদুদি মীনা ইবনি, মীনা শেমদোক শেমজিন তৌরিবনি। শাস্ত্র হায়বগুদি পুন্সিগা মরী লৈনবা রাফম অত্তবুনি। নংদি যুম্বাম্নোনসু খণ্ডত্রি নংনা করম পণ্ডিত শাগনি। অহিংসা সত্য অমদি ব্রহ্মচার্য্য মশক খণ্ডত্রবা অমদি অহুম অসিবু ঙাক্না চংপা ঙমত্রনা মী অত্র শাস্ত্র খণ্ডত্রবনি।

—বেদ, পুরান, উপনিশৎশিংসি থাজরোইদবগী মরমদি—

—ঐনা হায়বদি থাজগনু হায়বা নত্তে। ভাব তাউ হায়বনি। বেদ, পুরান, উপনিশৎ, রামায়ন, মহাভারত, এখোয়গী অরিবা লাইরিক্নি। সনাতন হিন্দু ওইবশিংনা মখোয়বু থাজনবদি করিবু থাজরুগনি।

ঐনা হায়রবদি তুলসিদাসকী রমায়ন ব্যাসকী মহাভারত হায়রিবা কবিগীনো থঙজিনবা কৈ হায়বনি। রমায়নদা করি হায় মীওইবগী য়েক্লবা অমদি রাজনিতিগী শক্লোন রামই। পুন্সিগী লানকমদা মায় পাক্কে হায়রবদি 'অচুম্বা' হায়বা পুংলায়রদো পায়গদবনি। মহা-ভারতকী অযুক থল্ল। হকচাং অমত্তসগী খাইদোক্লিবা অংগ মঙাবু মচিন মনাও মঙা ওইহল্লে। পাণ্ডুরবা থরায়না দ্রৌপতী ওইরে। হকচাং কযাৎশিংনা থরায় অসিবু ভাকশেনবদা মায়োক্লগদৌরিবা য়েক্লবদি চাম্মঙানি। অঙোবা চেবোংদা কালিনা লীরিবা মহাভারত রমায়ন অত্তদি অহলক্কায় কয়া য়াওরবনি। মীরোল কয় গী পামজ-বগী মতুংইন্না শেমদোক্লক্লিবনি। হৌজিকস্তু তোঙান তোঙান্না আর্থ হন্নরিবনি। কৃষ্ণদাস নহাক অযুক্ত খন্ধখো মহাভারতসি মীওইবগী ইতিহাস নত্তরা। মহাকব্য খুদিংমক অমম্বা অমসুং অঙানবগী লোঃবা নাইররোইদবা লানগী রারি ভাক্তনি হায়বদা য়ানিংক্লিবরা?

—ঐবু শাস্ত্র হৈতবা মীনি হায়বগী কান্নবা থিরকইবহুস্তু ঐ খঙদবা নত্তে। অপিকপা মীনা অচৌববু চিংথুরগা মান্ননিংবা মশানা তাবনি। ইনাক খুনবগী মরন মথুম্ব, লায়রবশিংদা লেম্না য়েম্বোকপিরবদি মশীং য়াম্বা লায়র-চুদৎনবশিংনা কয়াদা হরাও গনি। ১সি নত্রা হৌজিকী সমাজনা পাম্লিবা? ঐখোয়গী লৈবাকসি সোসিয়্যালিষ্টকী দেশ অম ওইবা। অরা অনা থেন্নবা লৈতবা রাম রাজ্য।

—ওইবা য়াই।

—মত্তুদি কদৌঙৈদস্তু ওইথোক্লোই। খোঙত্তেকপা মীবু শৌগৎলগা লমজেল থোইহনগে হায়বসিদি চুম্নদা তাগদবা মঙায়। ইনাক খুনবগী মরিংজেল, মপাজল অমদি মবুথি লৈত্রবা লায়রবা

অমবু উম্রাকখুনবা ভয়ানা শৌগৎপা ওমকন থোক্তে।

—মহাক্না হায়খিবদু চুমদবা নত্তে। ঐগী য়াকমসিদু অয়ানবা তাহনগদু। ইনাক খুনবশিংনা প্রজাবু লায়ন্নরক্লবদি, অচৌবনা মচাশিংবু মাময়কদৌরে হায়রকপা য়েথুমবদি করি তৌবা ভায়। মসিন্ন থক্লু। নহাক্না খল্লিবা অদু ঐগী ভাবনা লাখা কংদবা নত্তে অহুবু কৃষ্ণদাস! হৌজিক চুরাম্বাবা চৎলিবয়া, পিক্লিবা অঙাংবু লুহোংবিবা নং কয়ারক য়াউকরে, মপুরোইবা শিবদা গুণীবু সংস্কারগী মৈন্থুংদা হিংনা লৌবা উরবরা? মিনাইগী মপোক্তা কনা পোক্লি মন্নিং হায়বা ওমগদরা? থায়না চৎনরমই হায়রকনবু হৌজিকস্থ নং অদুম চাউনিংলিবরনে?

—অশোয়বা জবান ফংনবগীদমক শাক্তিবু শাউননবা ওাংবা উকিলদু অদুম শাবিয়ু। ঐ ব্রাহ্মণ্নি, মুসলিমবু অশেংবা জাতিনি হায়বসিদদি ঐ য়াবা ওকওম ওস্মোই।

—চুমই। নহাকীদমক্তদি রাহৈ থদিংগী ব্যাখা তৌবা দরকারনি। হিন্দু ধর্ম্মনা হিন্দুদবু কোম্লিগা অতৈ জাতিবু তুকজবগী রা অতৈ। নংগী থম্মোয়দুংদা লাক্তুনা থমইবা পুকচেন পিকখ্রবা মীগী রাখল অমাং অশেং অদু থাদোকপনা অফবা ফল ফংলোইদবগী মরম লৈরমলোই। কৃষ্ণদাস ঐথোয়গীলক্ত তিজররবী চন্দ্রবলীবু কৌশিল্লু। হিন্দু ঐথোয়সি থুকন পাঙ্গনবা জাতি অমা ওইসি হায়রবদি তিনশিনবস্থ হৈসি।

—অমাং অশেং থায়রম্বনা অফবা অমদি ফত্তববু মশক তাকপা ওবগীদমক ওসি ফাওবা হিন্দু ধর্ম্ম মন্নিং লৈরিবনি।

—অশেং অমাং থায়বনা হিন্দু ধর্ম্মবু লৈখা তাহনগদৌরিবনি। অনিসি চৎমিন্নবা অমদি শন্নবা ওইথোক্তে। হিন্দু ধর্ম্মনা

হিংবা তারবদি অশেং অমাং হায়বদি মরাকনো, মুখংকদবান। অশেং, অমাং কৈদবা তারবদি হিন্দু ধর্ম্ম লৈরোইদবনি। মং অমাংবা মথক খঙদরে। ঐখোয়গী মুস্তিগী কায়থাবদা অকায়বা পিরিবা ফক্তুবা রাখল কয়া থল্লিবা, ওইদবা ছাংলিবা, কলক মিহৌচাউবা অমদি মীঙোন্দা নমথাক তৌরিবা মীওইশিংসিনী ঙশেংনা শোল্লা শয়রোইদবা মীওয়দি। মুসলীমবু নত্তে। অশাউবা মীহৌবা অমসুং অতৈ অতৈ ফক্তুবা রাখল পোকহল্লিবা অদুবু শাস্ত্রদা অমাংবা ওইনা লৌবনি। য়ু-বুদি ব্রাহ্মণা থল্লি, মশা নমশা মহৈ মশীং হৈরবা পাঙলবুদি অমাংবনি হায়না ইস্থোক্লি। কৃষ্ণদাস অমুক্তদি হৌনা নোকনিংসিদনা।

কৃষ্ণদাস নোক নোক্না কপ্পিংলকই। থল্লকই। অহিংসানা ঈশ্বরবু ফংনবগী লম্বেল ওইরবা। মুংশিংনা ধর্ম্মগী মপ্রগা স্বার্থ-ত্যাগকা মন্না ওইবা তায়বদি তুম্না নাইবা হকচাং অনিদি ইশাগীদা যানদি ওধর্ম্মগী হৌরবক্ত ওইবা তাই। অমাংববু তুলসি মনা অমদি ঈশিংনা থিক্লগা মোক থরা থীরগা শেংদোক্পা য়ারবদি ঐগী রাখলসি শেংদোকচরগা ঈশান অমদি মখোয়বু ভাকপিব য়াগ্রবরা? ঐ হৌজিক কয়া ব্রাহ্মন ওইথিগনি। কয়া ঐ ব্রাহ্মন মত্রে হায়দোকনি। সনদাই অমা তৌদবা য়াদে।

মমিং লাওনা পাঙথোক্পা রাখল তৌরি। ঠৈরানীনা থোক্ত মরুমদা মপুরোইবগী হিকথরবা ফিভম্ভু য়েংলি। অহোংবা নাইবা জগৎনি। পুং কুনমরি লৈত্তনতা লৈবা পৃথিবীনি। লেঙদবা পোৎ অমদি অরেপ্পা থম্মোয় লৈবা ওইথোক্তে। কাইনথংদা মা জ্ঞান লাক্লে। মহারোনগী অনৌবা য়াওনগী মমাংদা মা কুইন লেপ্পগী অধিকার লৈরক্তরে। প্রজানা পেয়অবা মিনিস্টরদি

## (১৩)

ছুটি লৌয়গা শ্যামকাহনাই ইম্ফালদগী মাঙথরে। মরম তাক্লমম্রবসু ময়ুমদদি থম্নৈ গোপীগী মমাগী মনাক্ত চৎলমগনি। সি-আই-ডি নদি চিংনরি। প্রোফেসার শ্যাম পাকিস্টান য়ৌখ্রে। আগরটালাগী পাউনি, লাইরিক লাইও হৈরবা মৈতৈ নহারোল বেঙ্গ অমা পাকিস্টানগী সিমনা লাপ্লিনখ্রে। পেকিং রেডিওগী পাউনি হায়ছনা নহারোলনা ভাংনরি। সরকারনা মৈতৈমচাবু থওইবিদ-বদগী চিনা য়োরক্রে' চিমানা মৈতৈমচাদা অঙম্বা মক্কেং পাংগলৌরি। মরক অদিদা ছাত্র-ছাত্রী অমদি পবলিক লিদরশিংনা মনিপুরদা প্রেসিডেন্ট রুল চলাইবদা পেন্দবা উৎলি এম এল এ শিংনা মিনিস্টর কম মুম্রবদগী এ:সম্বগী উথাইথিবনী হায়বগী রাখলদা প্রজাশিংনা মৈ হৌনা শাওরি। তাঙ্গাসিদা থুদোংচাবা লৌবা

কাংবুনা রুমথোলনগী হোৎনরি । ইম্ফালদ। নোংমৈ অমদি ওয়ারেনশিংনা

ছত্রি তৌথুরে। সরকার ওয়ালুনা থাজা, মৈতৈগী চীংনৌগা

অমত্তা ওইবগী রাথল্লদা খুদশিন্নবা হোৎনবা কাবর, লম্লাংবনা

লৈবাক থাকপদা মৈতৈমচাগী মসাইদমক শিরিবা অমদি মবক

কংবগী পেন্দবা কোলাইবু থম্মোয়নুংদা থুমহ মৈতবা হায় মহারোল

চোংথোরক্লে হায়রনে। অসুম ওাংনৈ শুমগা চিংলিপা খেমবা চৈথকরে,

এলেক্ত্রিক কপুদি পোদোয়া হেন্না ওয়রে, শহরক কোইলাশকী মহুত

উকুলনা শিনথরে, পোৎকী মমল হুকাংদারদা হুৎনবদি ৭৬০৭ পীর।

লৈত্রে, নোংমৈ পায়বা মীনা মী হাবথোক্লগা আজোল পায়বা শীবু

ফাবিরে। পুরানগী পাউত্তাক থুংলক্লে। অমৈবনা অসায়দা চেনখ্রে।

অক্ল চৈনা মতাইদা ।মনিপুর মহোৎশাগী মনিপুর মক্লে হায়নবক্লে।

কাংথোং চাইরে। স্কুল অমদি কলেজ নহারোলগী য়াকাবুং ওইরে।

ব্লোকওফিস মপুং পনদগী গুডাউনগী শক্কম লৌখ্রে। লৈবাক কায়বগা

প্রমান তৌনরিবা থাইরস্থন বজার থুরক হাংদনা কারশিল্লক্লে। চৈ-

রক অসিদা আসামদা মেঘালয় স্টেট হায়বা অমা ভারত সরকারনা

পিরে হায়বগী পাউ খবরদা ফোংদোকখরে। অস্তু মপান্দদি

মনিপুরগী পাউ খোইথুমৈ। ডিষ্ট্রীক দশা থোক্লা থায়রে।

ইন্দষ্ট্রী কয়া লিংখৎনবা থৌরাং পায়খৎখ্রে। লোক্তাক প্রোজেক

লাইগদৌরে। ইম্ফালগা জিরিবামগা শম্নবা লম্বি অসি বদরপুর

য়োরগনি লৈমথোং প্রোজেক ঈশিং রাৎপনা বিজুলিগী শক্তি

শোম্বনি। নক্কবদি। বরাক প্রোজেক অমসু য়ায়া থুনা হৌগদৌরে।

মনিপুরী লোন এইট সেড্যুলদা চন্নগনি। ইউনিভরসিটি লিংখৎ-

লগনি। দিল্লিদা এম পী শিংনা মনিপুরবু ষ্টেটহুড পিনবা রা কয়া

ভাংলম্মি। অসিনচিংবা রগনীগা গদৌরেগা পরেংসি তাবদা

লুট তৌনিংই, মুংশিদবা মী নোংমৈনা কাপথাহ্নিংলমজি। অস্তু ঐখু কনানা কনখীগনি ? মনিপুরদা সুবাস লোক্লিনে, ঐনা কেন্দ্রা চংলকা মতমদা ঐ লাইব্রিক তম্ব। তোকপা ত্রাবনি, মৌকি, ফংলরোই, ইমা ইপা ভিক্কারী ওইহোগনি। মসিগীদমক ঐ থোনা ঋবা ওমজিবনি। অস্তুবু মতম লাকখিনি

পাংগাংদা ওাংনৈ। পাংথত্তা থংনৈ ইবোহলনা হায় তুম্লাপ আলিদি বেক বেনচরনি। নয়া পৈশা অমা তাহোবগীদমক পৈশা তরাগী উচান লৈরগা থিবা কাংবুনি। তুরাব আলিনা হায়— মৈতৈমচাদি কুম্ভানী তৌরিঙৈদা চরা শেনবা কাং-বুনি। হরাও কুম্মৈদা থরায় লুপচবা কাংবুনবু লৈবাকী ইকোনোমীদা কল্পি এতেং পাংবা ওগনি। থু য়োনকমদা থাজনা থীবা কনবা মীগী মরাবু কননা লৌবিগদরা। চাওথংপগী অশপ্পা আর্থদি চাদিং হপ্পবা চাগা হেনগৎহনবা। ছাত্র ছাত্রীনা ফরক অমদি সিনেমা হোলদা কৌবগী মহৎতা লাইব্রেরীদা লোৎলবদদা ঐথোয় নহ'রোলবু কিগদবনি জোন শিক্ষনা মরক থংলকই। অহোংবা পায়বদি লান অমা দরকার ওই। খুৎলাইদি মীভোন্দগী মূলহোবস্ন য়াই। মফমনা অরুবনি। ইস্কাল সহরদা লাল্লুম্না কল্পি কায়নি। ডাকু ওইগে হায়রবদি অকোকপা মফমদা লৈতবা তাই। সি আই ডি না ছিক্ থুরবা ইস্কালদদি সিবাজী কাওব্রা লোৎপা ওম্মোই। অহুনা ঐথোয় মশেন অমত্ত ওইগদবনি পুম্না চৎমিন্নগদবনি। ইবেমাইমথোয়গী কাংবুলা করি ওাংনরি। পুলিশ তরাদনা পুবদা থাইরম্বন বাজারসি ফের তোবা য়ারমদে। সিফাই তেঙ্গোল অমা হেক থমজিল্লে অহুগা ঈম্বাড় তত্তনা থোকহল্লে। মথল মথেলগী য়ায়িনি। মচং

হিন্দু মুসলমান ট্রাইবেল ময়াং অমত্তনি। মণিপুরদা লৈরুরাদুবনা মণিপুরী ওইরকপ লোকই। করিগী থাইবুং থাইবুং লৈগনি? রাখল অসিদা শ্যাম ইস্কালগীদমক যাত্রা তৌরগে। দক্ষিণপুরদা মকুরেৎক উত্তরকই। হিন্দু মুসলমান অমত্তনি হায়রগনি প্রচার তৌরবা র'ক্তম কথা থম্লগ মা মণিপুরদা চৎলগে। কলেজদা চাক চান্নবগী রা চৌদোর্রবে মুসলিম ছাত্রীনা থোংবা এহাং লৈতে বতোন থাক্কনা চবা মুসলীম ছাত্রীগা লৈতে ছাত্রগা চাদুক পুনবা, ট্রাইবেল গাল'গা মুসলীমগা অমদি লৈতেগা হঙ্গ ইনদনবা শিল্লিবা শ্যামগী থৌরাং কননা ওইথোক্কবনি হায়গুনি। শ্যামনা হ'ব স্কুলদ অমদি কলেজদা তাঙান তোঙানবা জাতিগী ছাত্র-ছাত্রী পুন্না বেঞ্চ অমতদা ফমদিন্নরিবা মচু অমতগী ইউনিফর্ম শিজিন্নহল্লিবা অমদি পড় অমত্তা তমিন্নরিবা, লৈতেথোলনা ট্রাইবেল লৈতে মুসলমান ময়াং রারি শিংগুন তৌনরিবসিগী আর্থ করিনো? ঐখোয় মশেন অমত্তা ওইবগী রাকম মত্তরনে? চারো মোরোনবা য়ারোইদবগী মরম করি লৈরি মাইকৈ কয়াদগী আপত্তী লাকনি হায়বা থঙলবনু শ্যামদি বনুখিবারগী কারমগী শক্তম লৌথরে।

মমৈদা ছাত্র-ছাত্রীগী মোং লৌনরে। তোং লোমবদা পাম্নবনা মশীং হেনথিবনা মিজোলুসন মচা অমা পাল তৌথরে। মশা মশা য়ানা চারো-মোরোনবগী মতাংদা অপনবা অয়েৎপা থোরকপদা ছাত্র কাংবুনা অঙম্বা মতেং পাংলগনি। হায়রিবা রাকম অসি মণিপুরগী মাইকৈ নম্বিদা লৈরিবা স্কুল অমদি কলেজগী কক্রাংব মমি তা-নবগী প্রচারগী দায়ত্ব প্রোফেসার শ্যামনা পায়থংলে

চারো-মোরোনবা, মবাকনগী জাতি তোঁতানিবগী মমিংসি মুথংপা,

হিন্দু ধর্মগী অমাং অশেংগী রাখলসি· মাওহনখিবা,১ গা ১ পা লুংশিনবা অনম্ভা ওইবা হায়বা অসি মীরমবু থুম্বন চনশিন্নিবো কাংবুনদি করম্না পামকন থোকই? ভারতকী ইতিহাসনা মতম শাক্লীনি। মণিপুরবু মীনা থুহম চনখিবত্ত মসিনি। অঙ্গনা শ্যামকন্হাইগী মরমদা ভোকত অমা শন্দোকহল্লক্লে মা পাকিস্থান মৌরুরে। মানা পাকিস্থানগী সপাই ওইরমনি মানা মুসলীমবু অন্মুক থাগৎলিবসে। চিংমনিংঙাইম্ভ ওইরে মরমদি জাতি তিম্নদবা লুপী চেনবগী থরচ কাওবা মানা পুথোক্লি। কলেজগী মৈতৈ ছাত্রী অমা পজাবীদা চেনশিনখিবগী মরাং লেমথত্রিঙৈদা মরম্নামী লুপী অমা ইবোতোম্বীনা পুরক্লে। নেসা থাজুনম্মু লাইশ্রম চাউবগা লোয়নবা লোংখিবা ওসি তরুক্তি ওজিল্লক্লেদো। উখ্রুলগা মোজীপাগা কেপটেন জয়কুমারগদি অনিরুদ্ধ পুংহোংখি ফ্চ'তা অমুক, ইম্ফালদা অমুক। শ্যামকন্হাইগী থবক্সি মচাদগী চাউথোরক্লে। মতিক চাবা মন্নাল থিবা ওইনা থরা তপথবগী য়াদনি, কাগদবগী থৌরাং লোইশিল্লক্লে টেলেফোনগী পাউ অহু মানা থাজদবা ওমদরে। অতবু হংই:

—সবরসীথ একটিবিটিজদা ঐবু কাগদৌরিবা?

—ওইবা য়াই।

—ওকে ভায়, কনাগুম্বনা ইণ্টরসেক তৌগ্রবদি কত্তরে। ফোন থম্মগে। মি কিয়ারফুল। ফারনি হায়বিরিসিনি।

—লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক থবক তৌবা মীবু ফাগনি হায়বসিদি ঐদি আর্থবু থংদরেনে। চাউথং থোংথোং থাংবম্ববু অরিবা ইতিহাস কাকপা হোনরে। অনৌবা লমায় হাংদোকদবনি। শ্যামনা ফোন তপ্পা থনই।

মহুৎ য়ৌরগা শ্যামলা রাস্তি লিশাং থারকই। মহাক্নিনা মপুক্কিংস্থু থুংশিন্নরকই। মশিং ঙাঙা ঙেল্লি। অমুকস্থ শাউরকই। থাজিন্নু মৈজগী থাক্কিনতা ডিবল শাজলল কৰিগী তৌকর লোকই? চন্দ্রাবলীবু অমুকস্থু থুংশিন্নরকখাক্লে। চন্দ্রনা থাবকপা চিঠিস্থু টেবল লেম্প মনাক্তা পুশিল্লগা হয়া হয়া পারিঃ

"গোপীগী পাবুং,

—ইমা ঠৌরাণীগা অজা পাবুংগনা ঐগী অশেংবা শক্লোন্ থঙলবনি হায়বসি খল্ল,বদা ঐবু করম্না ইশ্কালদা থোরক্লসিগে। ঐগী অকিবসি করিনা কোক্কদগে লিংজেননা য়ৌরকদবা মঙায়রে। থম্মোয় মাদি নিংহন্নরে অহবু থাবাজীনা তাকপিবগী মতুং ইমা লাক্লিবা আগষ্টকী তাং ১৫ দা ঐ শোয়দনা ইচাগী মশক য়েংবা লাকচরগে। মনাও ভাগদোরবা গোপীহবু করম তৌরিবগে, কয়াম চাউরবগে। ঐগী লাওক্করবা পুক্নিং অসে মণিপুর হেক য়ৌবগা তামোগী থুক্তা শিন্নজরদোরিব ন। ঐবু ম রাইবীগন্থু, ঐবু থাদোকপি-গণু:কো ত মো। পুন্সিগী থোদাংদা থরায় ঐ তাওবা নখোকপদা মিপাই-দবী ওইহনস্থু নিপা ওইবগী মরুম থুম্মা হিংজবী হুপী ঐখোয়নি। ঐবু ওকপিরগত্তবদি ঐবু হাংপা পাপ পুজনি অহুগা অমনা তামো। পাউ ভাবদা ঐ চারম থরুম থংলে। ঐগীদমক সমাজগা লাম্বা তৌবিক্লগন্থু। তামোনা জেল চংথিবা থোক্লবদি গোপী ইমা ইচাদি করম্নাহিংগনি? ঐনা মণিপুর থোকচরদোকখিবসি তামো নতুংলাংগীনি। মহোৎশাগী তামোগী অথাং কনবহবু কম্না থাওখ্রবগে। তামোগী মতম হায়বহবু থক লাক্লরোইদবা। তামো! কিকটিন আগষ্ট হুনিজা ঐবু ওকপিরমউকো—"

# ১৪

আগষ্ট তাং ১৪গী অহিংদি ওন্দরগ্রাউণ্ড নাগাগী ইন্দি'পেন্দেন্স ডে পালন্ তৌ'গ্র ভারতকী লান্তৌনবা থৌরাং লোইরে অঙাম্নবদা পাঙথোক্নবা থৌরম কয়াগী পোত্সেম অমমা অহিংদা য়াংনরি। আগা থান্না কৃষ্ণদাস শর্মাগী থ'ম্মায়গী অরোয়বা চাংয়েং ওইনা মচাম্নগী ফরিদা জলানুৰ্ব মণিপুরদা থাগৎলৌরি পোংচঙ লাঙবা লোয়'গ্র। করিদাগী মপুক্কিং থৌগৎ য়ারি কয়াগ লোয়ননা আগা থান্না হায়রকই :

—চঙনা শিবগীদমক্তি লায়কঙনবা ওলী নৈ না-য়গ শিবদনি হিংগৎপা য়াদবা অকোনুবগী অশিবা অসিদি লোংথ লোয়রবনি। অদুনা করিগ্ম য়ানিংঙায়- নৈতে। পাপ পুণ্যগী

য়াখল থাংলোকউ, মসিদি অহিংবা ঐথোয়গী থকবা ওবা নত্তে। চুপী ওইবী নখোয়গী ঈবাবদি নপুংরোইবনি। নপুংরোইবগী সেবা মতোল লোয়া তৌরিবী চুপী অসে, খর্ব কায়রখবনি। করিগীলো নংনা করিবগে? মীওয়বগী থাজবা হায়বগিগী শক্তি নং থওদি। মসিদি লেঙজবা চীংজাও কাওবা লায়না চুকপনি। পংনা মুসালম অমদি হিন্দুগী মরক্ত মতম কুইনা তংথুরবা চুংশিনবগী মরী অমুক নৌহৌমনা শম্নবনি। মতুগী লেঙজবা খুদম ইশু গোপীনি।

থংনবা চুংশিনদবা হায়বসিগী শন্দাই পুরক্ৎবগীদমক ওসি পৃথিবী অসিদা শকাইরবা মী কয়া মকোক শা-নরি। লান ওয়গা অমদি অওন্বা শক্রগা শান্তি ফংগদবা নত্তে। ইন্ডিয়াগা পাকি-স্টানগা, ভারতকা চিনাগা, আমেরিকাগা ভিয়েৎনামগা অমসুং ইজ্রাইলগা আরবকা চুংশিনবগী য়ারী শাগ্রিমথৈ, চুংশিনবগী শাজৎ চৎনগ্রিমথৈ, চুংশিনগ্রিমথৈ কদৌচুংদগী তেশিনবা য়ারোই। পুম্নমক্কি ময়ায় চমবদি চুংশিবগী থম্মোয়দদনি। নহারা চৎকদৌরিব'স নচানিপা গোপী অমদি নপুংরোইবা শ্যামকন্হাইগী নত্তে। ভারতকী নাগরিক অমগী খোদাং পাওখোকপা চৎলিবনি। ইন্দিরাজীগী হুকুম্নি হায়না থনগদবনি। চৎলো, চুপ্তারনা পোখাক্রগো। হয়েংদি অনৌবা পুলিশগী খোঙচৎ য়াওনবগীদমক নহাক এরোপ্লেন তোং-গদৌরবনি।

অদুবু মসিনা করিদা জলানগী অকিববু কোকহনবা ওমথিদে। অয়াওবা গাডিদা কয়িবা কাংবুনা মীচম প্রজাবু চুংশি-চানা য়েং-বিগনি হায়বসে মানা থাজবা ওনক্তি। শিবা কিবগী য়া ওাক নত্তে, গোপীগীদশক্তি। শ্যামগী অনৌবা চুংশি খুদোলবু পাম্মুজবগীদমক

মাখন ল্যাল্লা হায়রকপগুমক তৌরে। ষ্টাট মুৎথ্রে শেন্দা লাক্লরি-
তৌরেপা এরোপ্লেন পাইরক্রে শ্যামগী থরায় ইয়ার ফিল্ড য়োথরে।

চন্দ্রাবলী চিংনবা পোক্রে। মাইকৈ খুদিং কোয়না য়েংই।
মমৈদদি আত এ লিগী বসতা কাথৎথ্রে। বসকী মথোলগা লোয়নন।
মাগী চিংনবস্থ ঈশিং ইচাউগুম চেন্‌শিল্লক্রে। মমিৎ অনিমক
ক্রং-ক্রং চোংবা হৌরক্রে। খর চাউরক্রে। মপি ঈরা চেল্লক্রে।
শ্যামবু য়েংবদা চন্দ্রাদো মমিৎ কুপ খত্রে। করম্মা অমুক হংগনি
কনাদা চংগনি। উঁপায় গৈতবনা থৌনা ফবা তারে। মপুক্লিংদা
ঈশ্বরবু চেৎনা খাগোনজরগা চন্দ্রাবলী মপু'রাইবগী মঘুব তম্মা
চুমজিং চৎখরে। মংথাওনা পুবিবনি, মথরায়দি য়াওত্রে। শুনাং
মতোন্দা শেপ্লরে। কৃষ্ণদাসপু উবদা মকোক লুকই। রাধিকা
থোংজিন মরুমদগী য়েংলকই। গোপিদি উদে।

কৃষ্ণদাসনা মাঙ্গোন্দা চপ তিংনা লেপ্লরুনা চন্দ্রাবলীদা
চাথোক্কদবগী মওংদা য়েংথরকই। মাগী মমিৎ অনিহু অশাওবগী
মৈরী কামথোরকপগুমই। চন্দ্রা মক্লাক নিক্লক্রে। চংশিন্‌বা শুমদরে।

রাধিকানা,—হায়মা গোপীগী মমা নত্রনে অসিবো ?

চন্দ্রাবলীনা খঙ্গরকপা অহু চুমলে। কৃষ্ণদাসনা নোং থাক-
পগুম্মা শুংলক্রে :—হায় তোওশী ! থারো অমোম নং মকম
অসিদা করি তোবা লাকই ? ইচানিপাবু চিকপদা নত্তনা
ঐথোয়বুস্থ চিক্কদবগী য়োৎকদবগী লাকইবরা ?

—ইমা ঠৌরাণী, আজ্ঞা পাবুং। নমোনা থুরুমজরি। ঐগী
ইরাল অপুম্বা শাকপিমু। ঐ ইচা পোবা লাকচবনি।

—করি ! অজ্ঞা পাবুংগক। হায়দনা, চিঙ্খিবী ! পাণ্ডনগুবী
নংনা বামোন শাহুনা হিন্দু ধর্ম্মবু মাগুহনুগে থোরাংলম্বগী করি

দশি কংগনি খঙজ্ঞা? হূর নবী নংগী নশাক য়েংনিংদে, চংশ্রো চংলু।

—অজ্ঞা পাবুং! পেন্নবা ঐবু চৈবীয়ু। ঐ মফম অসিদা অমুক হন্না লাকচর'রাই। ইপ উসু তাহজররোই। ইচা গোপীগী মশক অমুক্তদি উহনবিয়ু। ইচাগী মশক উদনা লৈবা ডমজদে, ইচা পিবিয়ুনে অজ্ঞা।

—মসিগী হুপীসি ইকাইবা লাইমা খঙদেদা। হৌদোংগী জাংনিনে। হায় পাঙম্নবী! নং প্র-প্রব চংখ্রো—

—ইবেম্মা! চংলো চংলো। নিপামচাম্নু লৈতে। নং পাবুংনা নিংথিজনা হায়রিঙৈদা চংহৌরো র ধকানা হাযরকই।

—ইমা ঠৌরাণী ঐবু অহুম্না তাম্বোকপিগনু। গোপী লৌবা লাকচবনি। গোপী পিবিশ্রবদি ঐদি চংলবোইদবনি। ইগাগী মশক উদনা লৈগদবগী শরুকপুদি মফ। অসিদা থরায় থাবনা হেন্না কৈ।

—মসিগী হুপীসি থোনা য়'ম্না ফরমাল্লেদা। নং ঐনা ফজনা হায়রিঙৈদা চংহৌরো। নত্রবদি—

—করমনোনে তৌদোরিসিবো? রাধিকা পাখংলে। থা-রাং চেনবা হৌরে। —নিপামচাহনা কদায়দা চংখ্রিবনোনে? হায় চাউবা হো তোম্বা, নিপামচা অমুক্ত থিরুচোনে।

চংত্রিডৈদদি চংত্রিইনি চন্দ্রাবলীগী মশাদা অকিবা পোক্লে। শাউবনা হুংশা মপি হোল্লক্লে নাতোন নাকচি অনি ফজোরক্লে। মমায়ত্তু হমাংনা চোংলে। মশা পুম্বা চেং থৈবঙম নিক্লক্লে। ম াঙোন্ অম্না চংশিনখ্রে।

— কদায়দনো নংনা চংগদৌরিবা ? মাঙ্গোন কাওবা কাথংপা য়ারোই

— করিগী য়াদনি। ঐ ইমুং অসিগী মৌনি। অঙ্গাগী পোং লোগে হায়বা নচ্চদে। ইচা লৌজগে হায়বনি। য়ুম অসিদা ঐগীশু হক্ লৈরিবনি।

—নংগী মচাগকা লৈতে মকম অসিদা। নখায় মাঙনিংঙবদি চংখ্রো চংলো হায় পাণ্ডম্বী !

— পাণ্ডম্বী ঐগী ইচাবু করিগী লোংপিরি। পুথোকপিরকউ গোপী। মচাবু মমাগী মথাদগী মুনবা ওমগদবা কনানো ?

চন্দ্রবলী মাঙ্গোল দারী কাথংলক্লে।

অশাউবনা থুন্মংখিবনা অমদি থাম্বিনবা লৈতবনা কৃষ্ণদাস থুং থোক্লক্লে। মমৌগী মথৌরি পায়রগা দারী মথক্তগী লোংনা ইম্বরক্লে — ,মসি সুপীসি লম হেনবা শারদনা !

ইমুংদগী মাগী লিচৈহ্ লৌথোক্লরগা মমৌবু তাম্ন-তাম্নহনা ফুরক্লে। কংসনা দৈবকীগী মচা সুংপাক্তা হাইহংতুনা হাংকুমই। অত্তবু চৈ চারগা হেন্না থৌনা ফরবী চন্দ্রাবলী মাঙ্গোল্দা অমুক কাথংখরে, — হো গোপী, হো গোপী ! ইমানা কৌবসি তাত্রবরনে, গোপী নঙবু থোরকওগবা, গোপী। লৈকাইদা থৈগ্রবা গোপীবু চন্দ্রানা হন্না হন্না কৌরকই।

— নংগী গোপীদি অসিনী ..

হন্দক অমুক কৃষ্ণদাসনা মাগী লীচৈহ্নুনা মমৌগী মপুকমক্তদা কনথংপদদি চন্দ্রাহ্ চুরীদা লোংনা হাইথক্লে। চুরীদা থারিবা সুংপাক মথক্তা লৈরিবা বাতিন অহুগী মথক্তা উপ্না তাশিনখ্রে। চন্দ্রাহ্ অমুক হোৌগংলক্লে। রা ঙাংলকখিদ্রে।

শ্যামকহ্নাই তকিং-তকিং ইয়াম্ন কিন্ড য়োকয়ে। সিটি ওফিসতগী থিরুরে। মখোয়গী হোটেলদগী চন্দ্রাবু হংগুরে চন্দ্রা থুংলয়ে হাক্সবদি খঙলগা থিবা কংজ্রবদা শ্যাম লম্বিদা নিঙাইদনা নৈথোকপা ওমরে। মাখোন লাললী চকান মমাংদা জীপতু থনল্লগা ময়ুম তাম্না চেনচৎ চৎলক্লে।

চন্দ্রা থরা থরা লেংলক্লে। মথুৎ অনিনা মবুক্ত কম্না নম্নগা মমিৎ চেক্কেৎ উইশিল্লগা মতৎ মতৎ ওইবা খোম্বোক্ত হায়রকই, — অয়ো ইমা, ইমা! ইস ঐ করি্নো অমা তৌরে, ঐ করিনো অমা তৌরে। ঐ স্বর হোনবা য়াক্রে। গোপী, ইমাগী ইবুংঙো গোপী। গোপী নংবু কদায়দা লৈক্রবগে? ইমাগী মাংদা অমুক্তদি লেপলোগরা। ইমাদা নংগী নশক্ত, অমুক্তদি উহল্লোগবা। গোপী গোপী ইমাগী ইবুংঙো গোপী, ইস অয়া ইমা ঐ স্বর হোনবা য়াক্রে —

চুরীগী ঈফূল মরক্ত ফিক্কেৎ লৈতেং নিংথিজরবী চন্দ্রাবলীনা থরো থরো ওন্দুনা লৈরম্বদু উবদা শ্যামকহ্নাই জ্ঞান মাংখ্রে। মাঙোন্দা লেপলিবা মপাবুংগী মথুক্তা পায়রিবা লীচৈদ্রদা মুম্না য়েংলকই। চন্দ্রাগী মনাক্ত চেনশিল্লগা চন্দ্রাবু কোনথৎপিরগা; —চন্দ্রা, করিনো তৌরম্নিবসিবো?

—ঐ করিনো অমা তৌরে.........

—চন্দ্রা চন্দ্রা ,নমিৎ পাংথোকউ। চন্দ্রা নং ঐনা কৌবসি তাক্সরা?

— ঐ য়াররোইদমাল্লে। অক্সা ঐ করিনো অমা তৌরে। ঐ স্বর হোনবা য়াক্রে। ইচা গোপীগী মশক অমুক্তদি উহনক্সিু। গোপী অমুক্ত য়েংজগে —

শ্যামবু খিবদা লৈকাইদা খা-খ্রাং চেল্লুরবী মীপাই চাউবী রাধিকাদু ইথক থগৎনা চেনৃশিল্লক্লে।

মথুং ওইনা চন্দ্রাবু কোল্লগা য়েংনা চন্দ্রাগী মায়দগী হুমাংহু নাম্বোকপিরগা শ্যামনা,—চন্দ্রা নং করিস্নু ভোরোই। খ্বর শাংনা অমুক্ত হোম্বো। ইমা! গোপী কদায়দা লৈ? গোপী পুরকউ। মী মশাস্নু রাই শংত্রবীসিদা অম্রমা ভৌবসিদি ..., চন্দ্রা চন্দ্রা—

চন্দ্রা লেকথরক্লে। মমিং পাওখোরক্লে। মতং মতং হোল্লম্বা স্বরস্নু হোবখিজক্লে। শ্যামকহ্নাই খোঞ্জেল খোল্লা কপ্লক্লে।

—চন্দ্রা! ইমা ইমা! গোপী পুরকপগী দরকার লৈত্রে। চন্দ্রা, ঐবু রারোগনু। ঐ খরা থেওত্রে। ঐসি মহাপাপীনি। পুন্নমকসি ঐদা খোকহনবনি। চন্দ্রা, নওবু অমুক্তদি খুম্মকউগবা। ইচা গোপীগী মশক্ উদনা চৎলবরনে চন্দ্রা—

—করিনোনে হায়রিবসিবো। ইনেমগী ইবেম্মা চন্দ্রাবলী করি রানোমে তারিবসিবো?

মচাগী মথুক্তগী থরায় য়াওত্রবা মমোগী হকচাং পোলাংবু তম্পাক্তা কৈবমনা পল্লগা রাধিকাদো মমোবু কৌহনা কপ্লক্লে, —চন্দ্রা ইনেমগী ইবেম্মা চন্দ্রা, গোপী লোররো, হোগৎলো। গোপীবু কনাদা শিন্নরবগে ইবেম্মা, ইনেমদি মাওজরেদো—ইনেমগী ইবেম্মা, নওনা ভৌরমইবসি করিনো?

শ্যামকহ্নাই অমম্নুং কৃষ্ণদাসকী মরক্তা চন্দ্রাবলীগী অশিবা মশা লৈরি। মচানা মখাদা মপানা মথক্তা। চপ-চপ তিংনা লেপ্লগা মিৎচানরি। মচাগী মিৎয়েং মমাংদা মপা লেপ্লা রারে।

আশাগী দলান্না নিংথায়শ্রবদা শ্যাম্ হিক্লা হিক্লা কপ্নি।

—নিপামচা, হোগৎলো। রাধিকানা মচানিপা শ্যামকহ্নাইবু

হৌদোক্লি। — নশা ওরত্রবরা ?

শ্যাম্ ইফিং ফিংনা হৌগৎলি। কৌরঁরেং য়েংই। মমাদা মুন্না য়েংই। মাইক্তী মখোল তাক্লি,—"শুনো চলো হে দুনিয়া রালো, বাপুজী অমর কহানী ..... । রাধিকানা হেল্লা ওকৃস্রে।

— থাংমৈবন্দ ফুলদা ফিকটিন্ আগষ্টকী খোংইবা মাইক্লি, কদৌরগে নিপামচা ?

—ওসিবু ফিকটিন আগষ্টলনে ইমা ?

—মাল্লি কদৌরগে। ওসিনিনে ইমৌ চন্দ্রা লাক্তনি হায়বদো, নংবু কাউরবরনে ?

শ্যামনা থাজবা ওমত্রে। অমুকস্থ হংলকৃই,—ইমা ! চন্দ্রা লাকনী হায়বৎবু ওসিরনে ?

— মাল্লিনে

— চন্দ্রাবু লাক্তিরবরনে ?

—ওসি থুংলগদবনি, কদৌরগে ?

—শোয়ব্রেকো ইমা ? শ্যামনা অমুকস্থ হংই।

—হৌজিক ফাওবা শাজোন্ লোইজিংবনে ? মপাবুং কংস মহারাজনা চিং-লেম্না হায়রকই,—প্রেন্ থুংলবা মতম ওইরে। ইমৌ চন্দ্রাবলীবু তরাম্ তরাম্না ওকৃপিরুচো। জীপ পুখো। নমাগা ঐগস্থ লাকনি। চৎলো থেঙব্রেনে।

শ্যামকল্লাই মপাদা য়েংলগা তুমিন্না লেপই। অঙকপনা জয় তৌথ্রবা মীদি হুংগী মুত্তি মাল্লি।

## ১৫

হল্লকখিগনি থাজব্রবী চন্দ্রাবলীবু ওক্পনি হায়রুনা শ্যাম-ফঙ্গাই টুলিহন্ ইয়ারফিল্ড য়োররক্লে।

অয়ুক্ত স্বজিং মরুমদগী সূর্য্যদেবনা নংহৌররোই হায়রুনা চেনৃথংলকপগুমই। লাইমতোল মরুমদগী শিলচরদগী প্লাইররকপা এরোপ্লেন্দো ইরং লংনা পাইথরক্লে। আই এ সি গী বসম্ থুংলরে। কৃষ্ণদাসনা মাঙ থাররুনা মশু গোপীবু পল্লিবী রাধিকাসু বসন্তগী কুমথরক্লে।

শূন অতিয়াগী যাত্রিকচু শ্যামগী মমাংদা লেপ্লরে। পেসেঞ্জর কুম্থনরক্লে। স্যুট শেংপা হারী শেংপী। কৈজোম্ শেংপা। অমা অনি অহুম মরি মরী মরী। পেসেঞ্জর তরা গুবা কাওবদি

চন্দ্রাবলী মানবী উদরে। —লাকপু লাক্‌ত্রবা কন্নিনো? রাধা কৃষ্ণ মিহন্‌ চোংবা হৌরক্রে। করিগুম্বা লাক্‌ত্রবদি মথোয়গী প্রেম গ্রাম কমদোৎবা? পাঙিনা পিবা যাত্রাগী পুংফম অরানবা ওইরগদ্রা? শ্যামকহ্নাইদি অমুক হন্না উবা ফংগনি থাজত্রবী চন্দ্রাবলীগী শক্তমবু ভাবনা লাকশিল্লগা মমিং কুপ্তবমথৈ য়েংলি।

থম্বাল মচুগী ময়েক নাইবা কনেক অমা শেৎলি। টেরেলিনগী অঙৌবা ইন্নফি অমনা ফিরুক হাইকেৎ থুন্নগা চোল্লপ ইল্লি। চন্দোন্‌ অদো হমাংনা মুখৎপা গুমদে অরাম্নদগী উবা ফংই। চিল্লিবা লৈ অমদি নেক্লেস অদো হুংশাগী মঙালদা ইরঙ্‌ লংই, লেঙ্‌-লেঙ্‌ চৎপগুমই। অমুবা মচুগী পাত্রবা সেন্দল অমা ভোংই। মখৈথংদা প্রেন মহুংদগী মৌ অমা কুমথরক্রে। মাগী শম্বুল অহু চাউমনবনা ফিরুক থুম্নিবা ইনফি অহু নাম্বনিং নাম্বনিং তৌই। প্রেম্দগী হেক কুমথরকপগা তথক্লবা মিয়েংনা কোইয়েং য়েংলকই। মাবু উরকংদা শ্যামকহ্নাইনা অঙাওবা মীগুম খোঙ্গাও থাহনা লাউরকই,—চন্দ্রা!

মীনা য়ংবহ নামাবু চুংদনো শ্যামকহ্নাই প্রেন্‌ মনাক্তা চেনশিন্‌খ্রে। চন্দ্রাবলীনা পায়রকইবা উহৈ অমুনবা য়াউরিবা প্লাষ্টিকী বাস্কেট অহু ওকপিরুরি। মপুন্নোইবগী হরাউ মথোই কারবা হুংশি মাইথোংদা মোমোন্‌ মিনোক্নী মমি তাবহু উক্তবদা তনিক্লম্বা চন্দ্রাবলীগী থম্মোয়হু মিকুপ্ত মাঙখ্রে। ইকায় হুংশি য়াম্নন্না নোকফেং তৌজে। চন্দ্রবালীনা হংলকই, —ইবুংঙো পুবিরক্লরা?

—ইমাসু পাবুংসু লাকই। গোপী ইমানা পমই, ভু— আদা লৈরে।

—ইমাগা পাবুংগনা··· ··· ···

—হৌজিক্তি করিনত্তা চিংেকয়গনু চন্দ্রা, নহাকপু তরাম তরাম্না ওক্ল,চো হায়রুনা প্যবুকো ঐবু থারকইবনি।

মনেম্ মকুগী মনাক্ য়ৌশিন্নকপদা চন্দ্রাবলীগী খোঙথাং তপথখ্রে। শকফম হক্কিনখ্রে। মক্ত লুকথখ্রে।

—ওকনু চন্দ্রা কিসনু। লাঙ্ট করিগী কোইরি? কৃষ্ণদাসনা তশ্না হায়রকই,—ঐখোয়গ্ত মীওন্নবনি। মতমগী য়াওনুগী মনাই ওাক্লি। নখোয়গীদমক ঐখোয়গু হিংনিংই অনৌবা য়েন্নিং হৃন্নক্লবগীদমক অকংবা উনা কেনবদা করি অকায়বা লৈবগে? অহনবা নাইনগ্রবদি জগৎসি তুম্নরেদনা। অহবু নহাক ফরিদা জলানদি নত্তেকো—

—নত্তে নত্তে অক্তা পাবুং, ঐদি ফরিদা নচ্চদে। ঐহাক চন্দ্রাবলীনি। গোপীগী মমা চন্দ্রা।

তনাম তরান্না রাধিকানা মখোন্ নিক্লপ্না হায়রকই,—হুপীমচা, নং য়ৌরক্লেদনা। তেক্ত কায়দনা য়ৌরকপা ফরে ফরে; গোপী! নমা ল'ক্লে—

পিক্লিবা গোপীনা মমা উবদা মখুৎ তিংথোরকই। মমাবু উবদা কপ্পকই। চন্দ্রাবলীনা মনেম-মকুবু মকোক লৈবাক তানা খুক্লমই। অহ্নগা মতম থন্না শেৎনা খায়নক্লবা মচাবু চেৎনা কোল্লগা হিক্লা হিক্লা কপ্পকই। গোপীবু হন্না হন্না চুপই। থাম্নগা শ্যামদি কুম্মে য়েংলি।

—হৌজিক চৎকদবা পেসেঞ্জর পুম্নমক প্লেনদা কাখৎপিরো।

মমৌ অমদি মশুবু য়েংনা য়েংনা অরেপ্না লৈতনা মপি শিন্থিন্নবা কৃষ্ণদাসনা তশ্না হায়রকই:—হুপীমচা চন্দ্রাবলী। নহাক ঐগী লুহোংহনা লৌবী ইমৌনি। কনানসু নত্তে হায়বগী মতিক

লৈদ্রে। নহাক, জগৎনা শেৎনা থায়নহনবা য়ারম্নোইদবা ইশুগী মমানি। কম্বিগী নপামদা লৈফম থোকই নপুম্নোইবা লৈনা লৈনা। মচা মযোগী, মন্নালবু মগা মপা ওইরিবা ঐথোয়না ঙাকপিদনা কনানা ঙাকপিগনি। নখোয় হুংঙায়না পুন্সি হুংশাংনা পানবা ওইসনু। ঐথোয়গী বরদগী নখোয় নকোক কাওবা চিক্নবা ওইসনু। নিপামচা শ্যাম। লাউ চপা রা হায়রমগে পুন্সি চায়বসি লানফম্মি। মায়থিবা অমদি মায় পাকপা পোরমদা লৈবনি। খোঙফম চেৎনা থাংগবা হোৎনৌ নিংজবা আশা থুংহনবিনবা মতম পূম্বদা ঈশ্বরবু চেৎনা থাগোম্নো নমাগা ঐগদি মতম কুইনদগী নিংজরক্লবা শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা লৈরুরগে। ইপা য়ো র ইপুগী ইবুংঙো গোপী! ইবুংঙো শ্নামতুম .. ... ।

রাধিকাদি রা ঙাংবা থোক্করে মশুবু য়েংলগা খোজেল থোক্কা কম্লক্রে মখোঙ থাংবা ঙমদবে হূপীমগা ওইত্তনসু ইচং থৌনা মপুম্নাইবগী মতুং করম্না ইনবা ঙমগনি। অঙ্গা কৃষ্ণদি মপি তৈথোক তৈথোক্না এরোপ্লেন তম্ম চৎপা হোৎরে।

—ইমা ঠৌরাণী। ঐদি করিগ্ন থঙজদ্রবীনি। ঐবু হুম্মোকরম্লগা করম্না লেঙথিগে গৌরাংবিারবনো, পঙলবী নগানি খনবিওনা অমুক্তদি নাউকোনবিরমখোনে ইমা ঠৌরাণী। অজ্ঞা পাবুং, নশু গোপীনা চাউভ্রিবা ফাওবদং এখোয়বু হুংশিবিয়ুনে অজ্ঞা।

চঙকহনা ঙহাক্ পঙথরুরবী মনেম্বোকপু চন্দ্রানা খামজরকই। মকুবোকতম্ন হায়জরকই হুঙায়বগী মিকুপ্ত ক থনবা তারকপসি শ্যামকহাগনা করম্না আশা তৌফম থোকপগে? অহুবু মপা হুংগা মমাগা পুকচেল অমত্তা ওইম্রে খামজবা য়াদরে।

— পাবুং! তশেংনমক লেঙবিগদৌরবম্না? বেদিংদি—

—ওমা বুক তৌগ্রে প্রেন্ থাবা মতম ওইরক্রে নিপামচা ইপাগী নিংজবসি কায়হল্লগন্থ। নমাগা ঐগা শ্রীধাম বৃন্দাবন্ চুক য়েরুখিগে। নখোয় মুণ্ডায় য়াইকনা পানবা ওইসন্থ। তরক তরক চণ্ডক্ররক্লিবী ইমৌ চন্দ্রাবলীবু লুনা চান্না তৌবিয়ুকো ইবুংঙো। ধর্ম্ম ওইগনি। ইপাখোয় য়েরুখিগে। মমা, লাকও লাকও।

চন্দ্রাবলীনা খুরুমহুনা কয়ারক হায়জে। মনেমনা শিন্নরবা শো চবুলহু লৌয়োইদবগী হোৎনজে। পুন্নমক অরেম্বা ওইরে। মনেম মকুগী লেপখ্রবা রাখল হোংহনবা রারে। চন্দ্রাবলীগী মিৎলুদগী চেন্থরকপা পিরাং লৈমায়থক্তা তিনখ্রে। শ্যামগী পুনশিনবগী থৌরাং থাইদোক্লবা ওইরম্রে। থম্মোয়হুংদদা ঙায়রে পুনগদবা, অরোয়বা ওইনা মতম থরদং পুন্না লৈমিন্নখিনবা শ্যামনা হারুজরুবা, তুংদা অমুক উন্নবগী বার্ত্তণ ওইনা থোকখ্রে। মমৈদা উপায় লৈত্রবা মচাগা মমৌগনা থুরুম্বদো হন্না হন্না য়েংলহুনা কৃষ্ণদাস প্রেন্ কাথৎখ্রে। প্রেন্ মনুংদা চংলমদাইদা তান্না লেপহোরবা শ্যাম্, চন্দ্রাবলী অমদি মশু গোপীবু নিংঙমদা মিয়েংনা য়েংলকই। এরোপ্রেনদো পাইখৎখ্রে। হু'মদাংরোইরমদদি রাধা কৃষ্ণ কলকত্তা য়ৌখ্রগনি। শ্যাম্ শর্ম্মগা ফরিদা জলানুগা ইস্কালদা মুণ্ডায় মুম্বাল তমহৌরগনি।

শুন অতিংঙাদা পাইরিবা প্রেনুগী খুরবা থোংনাওদা মশে মরাং উরিবা থুংশিজরবা মচাগা মশুগবু য়েংলগা কপইবা রাধিকাবু কৃষ্ণনা থেমজিল্লি,—মমা! য়েংনা য়েংনা ভামহোরগদবনি মিয়েং রাংমদা লৈহোরগনি। য়েংলুরম্থু উররোই। পুম্বি হায়বদি অসিনি—ত্যাগনি। মসি কায়নবা নত্তে, থুংশিনবগী লিচিং কনুশিনুহনবনি।

ঐখোয় খরাক কলেবা দেশ অমুগী প্রকাশি। ওমি হায়বা মুহিং অসিদা ভারত শিনবা পুম্নমক্কা স্বাধিনতা দিবস পালনা তৌরি।

—চুমই, শিবদা কনাগু লোয়নগদবা নত্তে, অদুবু—রাখিকুনা হায়রকই,—অঙাং ওাকনি, লম্বুক্রহৌরগনা হায়বগী রাদবদি ওমদে। করে, শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী কৃপা ওাক্লি

মিচুপ হুম্রবা মীওম চন্দ্রাবলী মেনুনা পাইখিবা মাইকৈদা ওন্দুনা লেপ্লি। শ্যামনা হায়রকই,—মেনদি মণিপুর রাংমা লানথ্রে। অসুম লেপ্লদা করি কুনবা লৈরিবগে চন্দ্রা? যুমদা চংলসি ত্মাকও।

মখোয় অনিনা মযুমদা হল্লকপদা লখিদা মাইক খোংলমই। মাইকৈ মরিদগীগু খে লেনদে ওারকই:—জনা গন মনা অধি নায়াকা জয়াহে, ভারত ভাগ্য বিধাতা। পঞ্জাব সিন্দু গুজরাট মারাঠা দ্রাবির উৎকল বঙ্গ, বিন্ধ হিমাচল জমুনা গঙ্গা, উৎচলা জলধিতরঙ্গ। তবা শুবা নামে জাগে, তবা শুব আশিশ মাঙ্গে। গাহে তবা জয়া গাঠা। জনা গনা মঙ্গলাদায়েকা জয়া হে, ভারত ভাগ্য বিধাতা। জয়া হে জয়া হে জয়া হে··· ··

—ইনেম ইকুগী সেবা ফংজত্রবী ঐনা যুমদা চংবদা করি চুঙায়নিংঙায় লৈরিবগে?

—অহু ওইরবসু চন্দ্রা, নহাকপু দি হায়দোক্লমক্রেদনা—

—করিবো ··· ···

—হরে কৃষ্ণগী মমৌ।

*The End is the Beginning of my story*

থাংজম বীরচান্দ

গী ফোঙগ্রবা লাইরিক অতৈ

মৃন্ময়ী

মেমা

পুলিশ এক্ট, ১৮৬১

ঐ মীহাৎপনী

জেক বিদ্যশাগর

ঈশ্বরগী মীওয়বা